ওঁ নমো গণেশায়

# কথা চূড়ামণি

শুভাকাঙ্ক্ষী—

শ্রীফুরাইলাৎপম জিতেন্দ্র দেব শর্ম্মা

শাস্ত্রী, ইম্ফাল।

ওঁ নমো গণেশায়

# কথা চুড়ামণি

শুভাকাঙ্ক্ষী—

শ্রীফুরাইলাৎপম জিতেন্দ্র দেব শর্ম্মা

শাস্ত্রী, ইম্ফাল।

অফোংবশিং :—

১। শ্রীফুরাইলাৎপম জয়দেব শর্ম্মা, ব্যাকরণ শাস্ত্রী।

২। শ্রীফুরাইলাৎপম দেবানন্দ দেব শর্ম্মা।

৩। শ্রীফুরাইলাৎপম প্রেমানন্দ দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী।

৪। শ্রীফুরাইলাৎপম গুণেশ্বর দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী।

সিংজমৈ, নাওখেং লৈকাই ইম্ফাল।




কোপী [illegible] (লিশিং অমা)

ফোংবা—তাং ১৮।৬।২০০৮ ইং,

ইঙাগী পুর্ণিমা য়ুমশকৈশা নুমিৎ, (স্নান যত্রা)



মমল্—লুপ ১১০/

স্বত্ব পুন্নমক অইবগীনি ]

নমফম্—দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন্ প্রেস, বাবুপাড়া, ইম্ফাল।

# অইবগী রাফম থরদং

কথা চূড়ামণি হায়না কৌবা লাইব্রিসি অয়াম্বা গ্রন্থ কয়াদগী লৌথক্তুনা ইবনি, ঐগী ইয়াম্বা শ্রীজয়দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী ধর্ম্ম চক্রবর্ত্তী ব্রহ্মসভা ইম্ফাল, অসিনা ভীষ্মস্তুতি-বিষ্ণুপুরাণ কৌবা ১ ফোঙব্রে। ঐগী ইনাও শ্রী.গুনেশ্বর দেব শর্ম্মা কর্ম্মকাণ্ড শাস্ত্রীনম্লু শ্রীদাম চরিত কৌবা লাইরিক অমা পিতৃদেব পাবুংনা অরাবা পুম্বা থাদোক্তুনা (শ্রী.ব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা স্মৃতি, ব্যাকরণ, কর্ম্মকাণ্ড, ধর্ম্ম শাস্ত্রী শ্রীশ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা ব্যবস্থাকারী, গোলনেদালিস্ ধর্ম্ম শাস্ত্র অমদি সাহিত্য এরাড্ ফংগ্রবনা) ইতুনা ফোঙহনবিবনি মতুদা ঐম্লু পামজরুবনা অপাম্বা লাইরিক মতাং থরদি তাম্নজৈ। মরু ওইবা মতাং মতাংসি য়াওহনসি হায়জবদা পিতৃদেবনা য়াবিতুনা থরম্লু তমজৈ। অম্লুম্না তাকপিতুনা ফোঙজবনি, অশোয়-অঙাম য়াওরম্বা খিবিক চুমথোকপিতুনা পাবিয়ু অপরাধ খিবিক ঙাকপিয়ু।

শরুক য়াজরিবা—

শ্রীজিতেন্দ্র দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী

শিংজমৈ, রাইখোম লৈকাই।

# য়াওফম তাকপা



—:{(o)}:—

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## (অষ্টম অধ্যায়)

শ্রীসূত উবাচ।

অথ তে সম্পরেতানাং স্বানা মুদকমিচ্ছতাম্।
দাতুং সকৃষ্ণা গঙ্গায়াং পুরস্কৃত্য যযুঃ স্ত্রিয়ঃ ॥ ১
তে নিনীয়োদকং সর্ব্বে বিলপ্য চ ভৃশং পুনঃ।
আপ্লুতা হরিপাদাব্জ রজঃ পুত সরিজ্জলে ॥ ২
তত্রাসীনং কুরুপতিং ধৃতরাষ্ট্রং সহানুজম্।
গান্ধারীং পুত্রশোকার্ত্তাং পৃথাং কৃষ্ণাঞ্চ মাধবঃ ॥ ৩

(কুন্তীনা শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি তৌবা যুধিষ্ঠিরনা অরাবা মৈচাক্ ফংবা।)

---

সূতনা হাঈখি—হে শৌনক! অদুগী তুংদা পাণ্ডবশিংনা অরাম্ শীবাংবনা তিন্দুনা প্রেত ওইগ্রবা লানদা শিখিবা মচাশিংগী শাস্ত্র-বিধি মতুং ইন্না তর্পণ তৌনবগীদমক্ নুপী ময়ামবু মাং থাহন্দুনা মপুংডা কৃষ্ণগা লোইননা জাহ্নবী তীর্থদা চংখিরম্মি। তীর্থ য়োরগা অখোই পুম্নমক্ স্নান লোইনখি, অদুগী তুংদা তেংথা নাউরোইবগা লোয়ননা উদকাঞ্জলি পীরগা শ্রীহরিগী পাদপদ্মদগী চেন্থরক্লিবা পবিত্র ওইরবা তীর্থদা অমুকা হন্না স্নান তৌনখিরম্মি। স্নান লোইরবদা মফম্ অদুমক্তদা যুধিষ্ঠিবনচিংবা মচিন-মনাউ ময়াম্, ধৃতবাষ্ট্র, বিদুর, পুত্রশোকাতুর ওইরবী গন্ধারী, কুন্তী, দ্রৌপদী মখোই পুম্নমক্ অসিন লানদা শিগ্রবা মরুপ-মপাং অমদি সম্বন্ধবর্গ কয়াগীদমক্তা অন্নাবগী চিন্তা তৌনখিরম্বা, পুম্নমক্ অদুবু উরগা ভগবান বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণনা তাক্পীখি।

সান্ত্বয়ামাস মুনিভির্হতবন্ধূন্ শুচার্পিতান্।
ভূতেষু কালস্য গতিং দর্শয়ন্ন প্রতিক্রিয়াম্ ॥ ৪
সাধয়িত্বা জাতশত্রোঃ স্বরাজ্যং কিতবৈর্হৃতম্।
ঘাতয়িত্বাঽসতো রাজ্ঞঃ কচস্পর্শক্ষতায়ুষঃ ॥ ৫
যাজয়িত্বাশ্বমেধৈস্তং ত্রিভিরুত্তম কল্পকৈঃ।
তদ্যশঃ পাবনং দিক্ষু শতমন্যো রিবাতনোৎ ॥ ৬
আমন্ত্র্য পাণ্ডুপুত্রাংশ্চ শৈনেয়োদ্ধব সংযুতঃ।
দ্বৈপায়নাদিভি র্বিপ্রৈঃ পূজিতৈঃ প্রতিপূজিতঃ ৭

---

ময়াম্ পুন্নমক্ মতম্ হাঙ্গৈবদুগী মথা পোল্লিবা থোদোক্শিং অসিগী শক্তিদগী কনাগুম্বা অমতনা লীথোক্পা য়াদবনি, থরার-পানবশিংনা মাগী মাগী মতম্বা থুংলরবদা মৃত্যুদেবগী মুখদা চোং-শিনবা ওাক্তনি, মতুগী মরম্দা অমুক্ থন্ননিংঙাই লৈত্রবনি, মরম্ অদুনা মতুগীদমক্ অমুক্ অন্নাবগী চিন্তা তৌনরুরগনু। অস্নুম্ তৌনা মতম্গী থিংবদা ওমত্রবা পাঙ্গলগী বিষয় কয়াবু থংহনবিবগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবশিংবু সান্তনা তৌবিখি। দ্রৌপদীগী মশম্ চিংলুবগী পাপ্পা দুর্যোধনচিংবা ফত্রবা নিংথৌশিংগী আয়ুক্ষয় ওইজখিবনি, শ্রীকৃষ্ণনা মখোই অদুগী মাংন্নবগী থৌরাং থোক্হল্লগা, ফত্রবা মখোইশিং অদুগী থোদোক্ কয়ানা অন্নাবা মাইথিবা ফংলুরবা যুধিষ্ঠিরবু নিজরাজ্যদা প্রতিষ্ঠা তৌবিখি অমসুং অশ্বমেধ অহুমগী থৌরাং তৌহন্দুনা ইন্দ্রদেবগী মতৌগুম্না মাইকৈ তরামক্তা মহাক্কী ফজরবা অশেংবা মীংচৎ কয়াবু শন্দোক্হনবিখি। অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবশিংগী অন্নাবা মৈচাক্ কোকহনবিদুনা অক-নুংঙাইগী কৃপা বানি তাহনবিরম্লগা শ্রীব্যাসনচিংবা মুনি কয়াগী

গন্তুং কৃতমতির্ব্রহ্মন্ দ্বারকাং রথমাস্থিতঃ।
উপলেভেঽভিধাবন্তী মুত্তরাং ভয়বিহ্বলাম্॥ ৮
পাহি পাহি মহাযোগিন্ দেবদেব জগৎপতে।
নান্যং ত্বদভয়ং পশ্যে যত্র মৃত্যুঃ পরস্পরম্॥ ৯
অভিদ্রবতি মামীশ শরস্তপ্তায়সো বিভো।
কামং দহতু মাং নাথ মা মে গর্ভো নিপাত্যতাম্॥ ১০

---

মতিক্ চাবা পূজা কৎহল্লি, অদুম্ তৌনা মঙ্গলগী থৌরম্ কল্লা থোক্-হনবিরম্লগা সাত্যকি অমস্থং উদ্ধবকা লোয়ননা দ্বারকাদা লেংনিংবগী থৌরাং ওইরক্লবদা মুনিশিংনা ইবুংঙোবু পূজা কৎনখি। ৪—৭

হে ব্রহ্মন্! হে শৌনক! মহাক্ অদুনা দ্বারকা গমনদা নিশ্চয় তৌরগা রথ মথক্তা লেংখৎথিবদু উরগা, উত্তরা দেবীনা ভয়বিহ্বলা ওইদুনা উয়িন কনবগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী মাংদা চেনশিল্লগা খোঞ্জেল রাংনা লাউদুনা কপ্পা কপ্পা হাঈজখিরম্মি—হে দেব দেব! হে মহাযোগিন্! হে জগন্নাথ! ননাইবু অমুক্তা শ্রীচরণনা রক্ষা তৌবিরম্মুগবা প্রভো! উরিবা সংসার অসিদা কনাগুম্বা অমতংদবু নং নত্তনা কিদবা অমা ফাউবদা উজখিদ্রি। মরম্দি—মীওইবা হাঈবসিমক্ অশিবা হাঈবদুগী মথা পোনবা ওাক্তনি। হে প্রভো! হে ভগবান্! মৈ ঈরক্লবা য়োৎস্থকা মাম্নরবা অকিবা কংলবা তেন অমা ননাইবু তম্না পাইশিল্লক্লে, মসিদা ননাইদি উৎ ওনবা শোইদ্রবনি, অদুবু ননাইনা ইশাগীদমক্তি থোইনবু রাজকদে তৌইগুম্বস্থং ননাইগী গর্ভদা লৈজরিবা গভি লৈত্রবা জীব অসিতংদদি ইবুংঙোনা কনবিরম্লরোইদরা দীননাথ। ৮—১০

শ্রীসূত উবাচ ।

উপধার্য্য বচস্তস্যাঃ ভগবান্ ভক্তবৎসলঃ ।
অপাণ্ডবমিদং কর্ত্তুং দ্রৌণে রস্ত্র মবুধ্যত ॥ ১১
তর্হ্যেবাথ মুনিশ্রেষ্ঠ পাণ্ডবাঃ পঞ্চ সায়কান্ ।
আত্মনোঽভিমুখান্ দীপ্তা নালক্ষ্যাস্ত্রাণ্যুপাদদুঃ ॥ ১২
ব্যসনং বীক্ষ্য তত্তেষামনন্য নবিষয়াত্মনাম্ ।
সুদর্শনেন স্বাস্ত্রেণ স্বানাং রক্ষাং ব্যধাদ্বিভুঃ ॥ ১৩
অন্তঃস্থঃ সর্ব্বভূতা নামাত্মা যোগেশ্বরো হরিঃ ।
স্বমায়য়া বৃণোদ্ গর্ভং বৈরাট্যাঃ কুরুতন্তবে ॥ ১৪

---

শ্রীসূতনা হাঈখি—ভক্ত বৎসল ওইরবা শ্রীকৃষ্ণনা উত্তরা দেবীগী হঙ্গৎচরক্পা ব্রাফমদা খংবিখিরম্মি। মতুদি—অশ্বত্থামা পৃথিবীদা পাণ্ডবকি ধারা কাণ্ডখুল মুথৎনবগীদমক্ ব্রহ্মাস্ত্র থারক্পগী মরোংনি। হে মুনিবর! হে শৌনক! পাণ্ডশিংনা অশ্বত্থামাগী মৈরিত্তনা পুমলং-লংলবা ব্রহ্মাস্ত্রনা পাইশিল্লক্পা উরগা খুদক্তুমক্তদা মশা মশাগী খুৎলাই অমনদি ব্রহ্মাস্ত্রবু থিংগদবা ওইথোক্তবনি; অতুবু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মাগী চরন্দা পুক্নিং অনি লোংবা লৈত্তনা রারবা অমদি খুদোং থিরক্লবা মত্তাংদা নিজ সুদর্শন চক্রন। ব্রহ্মাস্ত্রবু ককৃথৎলগা মনাইশিংবু কনবিখি অমসুং অন্তর্য্যামি যোগেশ্বর হরিনা বিরাট নিংথৌগী মজা ইবেম্মা উত্তরাগী গর্ভ-মধ্যদা লৈরম্লবা, কুরু-বংশগী অঙ্কুরবু রক্ষা তৌবিরগে হাঈদুনা নিজ মায়া শক্তিনা গর্ভবু খুনজিন্দূ না থম্বিখি। ভৃগুবংশগী লেমনিংডাই ওইবা হে শৌনক!

সত্যপ্যস্ত্রং ব্রহ্মশির স্তমোঘং চাপ্রতিক্রিয়ম্ ।
বৈষ্ণবং তেজ আসাদ্য সমশাম্যদ্ ভৃগূদ্বহ ॥ ১৫
মা মংস্থা হ্যেতদাশ্চর্য্যং সর্ব্বাশ্চর্য্য ময়েঽচ্যুতে ।
য ইদং মায়য়া দেব্যা সৃজত্যবতি হন্ত্যজঃ ॥ ১৬
ব্রহ্মতেজো বিনির্ম্মুক্তৈরাত্মজৈঃ সহ কৃষ্ণয়া ।
প্রয়াণাভিমুখং কৃষ্ণ মিদমাহ পৃথা সতী ॥ ১৭

শ্রীকুন্ত্যুবাচ ।

নমস্যে পুরুষং ত্বাদ্যমীশ্বরং প্রকৃতেঃ পরম্ ।
অলক্ষ্যং সর্ব্বভূতানা মন্তর্ব্বহি রবস্থিতম্ ॥ ১৮

---

মতম্ অদুদা থারক্লিবা, ব্রহ্মাস্ত্র অদু করিগুম্বদা অমুক্ মাংবা য়াদ্রবা খুংলাইনি অদুম ওইনমক্ মহাক্ অদুনা বৈষ্ণবকি তেজ্রগা লোয়ননা তিন্নখিবনা অমতা ওইনা শান্তি ওইমিন্নখি । ১১—১৫

থোৌদোক্ অসিগী রাফমশিং অসি তারগা পুক্নিংদা অওক্পনি হাঙ্গনা খল্লোইদোবনি মরম্দি পাণ্ডবকি মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ হাঙ্গবসে নপোক্ লৈতবা ওইরগনু মহাকী মায়া শক্তিনা অসুক্ চাউরবা জগৎ অসিবু সৃষ্টি স্থিতি প্রলয় ওইহল্লিবনি, মরম্ অসিনা মহাকী মরিদদি করিগুম্বদা অমুক্ ওক্লোইদোবনি । অদুগুম্বা মহাক্ অদুদি সর্ব্বাশ্চর্য্যময় ওইবমক্নি । মতম্ অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা মরোং অমুম্ তৌনা পাণ্ডবশিংবু ব্রহ্মাস্ত্রদগী রক্ষা তৌবিরগা দ্বারকা তান্না লেংগ-দবগী থৌরাংলক্লবদা মমা ইবেম্মা কুন্তীনা দ্রৌপদী অমসুং যুধিষ্ঠিরনা চিংলিবা মচাশিংগা লোয়ননা ইবুংঙো মহাক্পু মতৌ অসুম্না স্তুতি তৌজখিরম্মি । কুন্তীনা হাঙ্গজখি—ইবুংঙো ! নহাক্সে য়েংক্লবদা অঙাং ওইনা উই তৌইগুম্বসুং অঙাংদি নত্তে, থাঙ্গৈমক্ শেংবা

মায়াজবনিকা চ্ছন্ন মজ্ঞাধোক্ষজ মব্যয়ম্ ।
ন লক্ষ্যসে মূঢ়দৃশা নটো নাট্যধরো যথা ॥ ১৯
তথা পরমহংসানাং মুনীনা মমলাত্মনাম্ ।
ভক্তিযোগ বিধানার্থং কথং পশ্যেম হি স্ত্রিয়ঃ ॥ ২০

---

ঈশ্বরনি, জগৎ অসিগী আদিপুরুষনি নহাক্পু করিগী থুরুম্লরোইদৌ-রিবা। নহাক্ অসিদি প্রকৃতিমক্তীসু ৱাংমদা লৈখ্রবনি তৌইগুম্বসুঃ প্রকৃতি হাঙ্গৈবীতুমক্ নহাক্কি নথা পোনবী ওইরিবনি। নহাক্কি জগজ্জীবগী থম্মোই মুংদা লৈবনি অমসুং জগৎকি ৱাংমদা পুর্ণরূপ ওইনা লৈরগসু নহাক্পু কনানদি উবা ফংগবা। ১৬—১৮

ইবুংঙো! ইনেমদি জ্ঞান লৈজত্রবী মুপীনি, ভক্তিযোগগী মরিক অমা ফাউবদসু থংজত্রবীনি মায়াগী যবনিকানা খঙ্গল্লবীনি, চাংদম্ন-নিংঙাই লৈত্রবা নহাক্কি শক্তুসু ইচম চম্না নমস্কার তৌজবনি। অমুক্তা নহাকসে ইন্দ্রিয়শিংগী মমুংদা লৈগ্রবা জ্ঞান হাঙ্গৈবতুগীসু ৱাংমদনি। মমিং সুম্মংশ্রবা কুম্মৈ য়েংলিবা মী অতুনা জগোয় শারিবা অতুগী জগোয় থুংথেক্ থংদবগী মতৌগুম্না হক্চাং কায়াৎ কয়াগী মমুংদা লৈগ্রবা অমম্বশিংগী মমুংদা নহাক্পু উবা ঙম্নদ্রি। ১৯

ইবুংঙো! নহাক্কি নত্তিক নগুনবু ইনেমনা করি খংগনি, অতুক্ তাবিয়ু হে প্রাণকৃষ্ণ! থম্মোয় শেংলবা বিবেকী পরমহংস ওইবা মুনিশিং অতুমক্তনসু নহাক্কি শ্রীরূপবু অমুক্তং দর্শন ফংজগে তাম্লবদা ঙম্নদ্রি, কদাই ইবুংঙো ঐথোয় হাঙ্গৈবী অসিদি ইচম চম্বী মুপীনিদনা ঐথোয়গুম্বীসিনা করি তৌরগা থরাইগী মবুঙোবু অমুক্ উজরক্কবা? পুম্নমক্ অসে ইবুংঙো নহাক্তগী থৌজাল্লা করিগুম্বদা অমুক্তং ভক্তি-যোগ হাঙ্গৈবতুগী করিগুম্বা মরিক্ অমতংদবু ফংজরকখিগদগেনে। ২০

কৃষ্ণায় বাসুদেবায় দেবকী নন্দনায় চ।
নন্দগোপ কুমারায় গোবিন্দায় নমো নমঃ ॥ ২১
নমঃ পঙ্কজ নাভায় নমঃ পঙ্কজ মালিনে।
নমঃ পঙ্কজনেত্রায় নমস্তে পঙ্কজাঙ্ঘ্রয়ে ॥ ২২
যথা হৃষীকেশ খলেন দেবকী কংসেন রুদ্ধাতি চিরং শুচার্পিতা।
বিমোচিতাহঞ্চ সহাত্মজা বিভো ত্বয়ৈব নাথেন মুহুর্বিপদ্ গণাৎ ॥ ২৩

---

ইবুংঙো। ইনেমদি নহাক্কি নফম্দা ভক্তি খঙজদে, জ্ঞানসু খঙজদে অহুবু ইচম্ চম্না নহাক্পু নমস্কার তৌজবনা ইনেমনা ভসি পোকচবগী মহৈ য়াঞ্জরেদো। হা কৃষ্ণা! হে বাসুদেব! হে গোবিন্দ হে পদ্মনাভ! হে কমলমালিন্! হে পঙ্কজনয়ন! নহাক্কি পদ্মচিহ্ন ওইরবা চরণ য়ুগোলবু ইনেম্না হন্না ২ খুরুমজরি প্রাণকৃষ্ণ! ২১-২২

হে হৃষীকেশ! ইন্দ্রিয়গী মপু ওইরিবা! কদায়, নহাক্না হাঙ্গনিংঙাই লৈতনা রাজশ্রবী নমাইবেম্মা দেবকীবু কংসগী কৈশুমশংগী থাং, তা, কয়াগী অকিবদগী নমানি হাঙ্গহুনা কনবিখিবা হা নাথ! অহুম্ তৌনা ইনেমুসু ইচাশিংগা লোয়ননা হাঙ্গনিংঙাই লৈতবা অন্না-অনা, অকি-অখঙ্, কয়াদগী নহাক্না হন্না হন্না রক্ষা তৌবিরক্ত্রিবরা? তৌবিখ্রিবমক্কি, অহুদসু নাত্তে ইবুংঙো নমা দেবকীমক্তগীসু অমুক্না লাইররবী অগতি ওইজবী ইনেমুনা খরা হেন্না লুনা তৌবিখিবা করিগী খঙলোই। য়েংবিয়ুদনা নমাইবেম্মা দেবকীনা কংসগী করাগারদা লৈরিঙৈদা নংগা পোকমিন্নবী পোকমিন্নবা নচে, নয়াম্বা, কয়া কন্না শিখিববু নংনা অমতং ফাউবা কনখিদে, মতম্ অহুদা দেবকীনা মতম্ কয়া শাংনা রাজখিবা, মমৈথংদা অমুক্তংদং অরাবা

বিষান্মহাগ্নেঃ পুরুষা দদর্শনা দসৎসভায়া বনবাস কৃচ্ছ্রতঃ।
মৃধে মৃধেঽনেক মহারথা স্ত্রতো দ্রৌণ্যস্ত্রতশ্চাস্ম হরেঽভিরক্ষিতাঃ॥ ২৪
বিপদঃ সন্তু তাঃ শশ্বত্তত্র তত্র জগদ্‌গুরো।
ভবতো দর্শনং যৎ স্যাদপুনর্ভব দর্শনম্॥ ২৫

---

কোকহনবিখিবনি, অতুবু ননেম ঐগী ইকমৃদদি ইচা খুদিংমক্কি অরাবা কোঙ্গাই কয়াদা শিরু শিরুরবদগী অমতা ফাউবদা নহাক্কা শিহনখিদে অতুম্ তৌনা ইনেম্বু প্রাণকৃষ্ণ! নহাক্ অসিনা অপোকপী নমামক্তগীস্থ অমুক্কা হেন্না থৌজানবিগ্রবনি ননাইনা খঙই। ২৩

হে হরে! ঐগী অঙাউবা, অপংবা, ইচাশিং অসিনা ইনেম্মদি লাইরবদগী চানিংঙাই পোৎ লৈরক্রুবদা মখোইশিংনা হূ কয়া চাকবা, চাগী য়ুম্ মৈ চাকপা অমদি বন্দা লৈরম্লবা হিড়িম্বনচিংবা রাক্ষস কয়াগী মচিন্দগী করম্ তৌনা ননাইশিংনা হিংজরকপা? পুম্নমক্কো নংতগী থৌজাল নত্রা? অতুগা কত্রবা সভাগী পাশ-খেলাদা বনবাসগী হাঙৈনিংঙাই লৈতনা রাপ্রবা কালদা মহারথ কয়াগা লান্থেংনবদা থিংবা ঙমত্রবা ব্রহ্মাস্ত্র কয়া কন্নাদা নংতনা থিংবিরক্লনা লাইররবী ননেম্বু য়েংশিবদগী ননাইশিংগী মতু নাম ফাউবদা তৎহনবিরক্রে। ২৪ হে জগদীশ! জগৎকি মপু ওইবা ইবুংঙো নহাকপু ইনেম্না খুরুমজরি হা প্রাণকৃষ্ণ! ননেম ঐনদি লাইবক্ থিবদা বিধাতানা ঐদগী শরুক্কি হাঙৈনা উনবিরকপনা অরাবা কোঙ্গাইদা হেক্ শিদোক্পদি য়াদবনিনা মতম্ মতম্দা নহাক্তবু শোঙ্গেদো খুদক খুদক্তা ননেমগী মফম্দা উহনবিখিদো নংগী কৃপান', ইনেম্না নংবু দর্শন ফংজখিদো, নংতবু উজরবদি ইনেম্না অমুক্ সংসারদা অপাম্বগী মরিক্ অমা ফাউ লৈজখিদ্রেনে হে কৃষ্ণ। ২৫

জন্মৈশ্বর্য্য শ্রুতশ্রীভি রেধমান মদঃ পুমান্।
নৈবার্হত্য ভিধাতুং বৈ ত্বামকিঞ্চন গোচরম্॥ ২৬
নমোঽকিঞ্চন বিত্তায় নিবৃত্ত গুণবৃত্তয়ে।
আত্মারামায় শান্তায় কৈবল্যপতয়ে নমঃ॥ ২৭
মন্যে ত্বাং কালমীশান মনাদি নিধনং বিভুম্।
সমং চরন্তং সর্ব্বত্র ভূতানাং যন্মিথঃ কলিঃ॥ ২৮

---

ইবুঙো! খুৎকন পানগনবা শাগৈদা পোকপ্রবশিংনা অমদি ঐশ্বর্য্যবিদ্যা অমস্তুং মরাইবক্ ফরবা পুরুষশিংনদি মদমত্ত ওইখিবদগী নহাক্ অসিবু "শ্রীকৃষ্ণ গোবিন্দ" হাঙৈনা কৌবা ফাউবদা কৌনদে। অদুগা কনা লৈজদ্রবা তোল্লবা জীবতনদি নহাক্পু দর্শন পেঞ্জরি হে নাথ! তশেংবমক্তি নহাক্সে অকিঞ্চনশিংগী সর্ব্বস্বনি মরম ও দুনঃ নহাক্পু খুরুম্জরি। ধর্ম্ম অর্থ কামনা নহাক্পু আকর্ষন তৌবা ঙম্দ্রে। নহাক্সে নতোমতনা মুত্তাইজবনি শান্তিময়নি মরম্ অদুনা মুক্তি পিব ঙম্বদা নংতনি কনামত্তনা ঙমদবনি নহাক্পু খুরুমজবতনা ইনেমগী পাঙ্গল ওইজরি। ইবুঙো! নহাক অসিবু ইনেম্মা দেবকীগী মচা ইচম্ চম্বা মী অমনি হাঙৈনা পুক্নিংদা খল্লদে, করিদি খল্লে, নহাক্ অসে সর্ব্বনিয়ন্তানি, অহৌবা অরোইবা লৈতবা মতম্ হাঙৈবদুগী মশক্তি, পুম্নমক্কী মবুঙোনি, মফম্ খুদিংদা শিনথুংনা চপ মান্ননা ঙাল্লিবনি। ঙসি জীব কয়ানা নংবু খঙ্দবদগী নহাক্পু *থাল্ল-থাল্লগা মহৈ মহৈ খৎননরি, তশেংবদি নহাক্ অসে খৎননবগী মচাক্ অমদি ওইদবনি। ২৬—২৮

---

*থাল্ল-থাল্লগা—থাউমনা কপান পিবগুম প্রথাক্তনা উৎপদি য়াদবা মওংদা…।

ন বেদ কশ্চিদ্ ভগবংশ্চিকীর্ষিতং-
তবেহমানস্য নৃণাং বিড়ম্বনম্ ।
ন যস্য কশ্চিদ্দয়িতোঽস্তি-
কর্হিচিদ্ দ্বেষ্যশ্চ যস্মিন্ বিষমা মতি র্নৃণাম্ ॥ ২৯
জন্ম কর্ম্ম চ বিশ্বাত্ম ন্নজস্যা কর্ত্তুরাত্মনঃ ।
তির্য্যঙ্ নৃষিষু যাদঃসু তদত্যন্ত বিড়ম্বনম্ ॥ ৩০

---

ইবুঙ্গো ! নহাক্ অসিনা কনাবু থৌজানবিবা কনাবুনা অমুক্ থৌজানবিদবগী মরোংদা তোইনা উৎপিরি, অদুবু মতুদা অমুক্তু কনাগুম্বনা চিংনগদবদসু অমুলকনি—মরু লৈতবা অমা ওইবনি । হে ভগবন্ ! নহাক্না করম্বা রাখন্দা মীওইনা পোক্লগা মীগী মচংনা তিনবা লীলা কয়াবু শান্নবিরি মতুনক্ কনাগুম্বনা খঙদবনি । থাজৈমক্ শেংনদি কৃষ্ণ হাঙৈবা নহাক্ অসিগী মফম্দদি কনাগুম্বগী নুংশিবা মুংশিদবা লৈতবনি, মরম্ অদুনা নহাকী নফমদা থৌজাল লৈবা লৈতবা হাঙৈবসি করম্বনু খঙগবা ? মীওইবা হাঙৈবসিনা মশা মশাগী রাখন্দুনা নহাকী নথক্তা অথোই অহেন হাপচিন্নরি । ২৯

হে বিশ্বাত্মন্ ! কৃষ্ণ হাঙৈবা নহাক্সে জন্ম কর্ম্ম করি অমত্তা লৈতবনি, অদুমদি ওইরবদা পশুযোনিদা বরাহগী মশক্ লৌবিবা, অদুগা নরযোনিদা রামচন্দ্রগী মশক্ ওইনা, ঋষিকুলদনা নরনারায়ণ-নচিংবগী মশক্ লৌবা, জল জন্তুগী মনুংদা মৎস্যাবতার ওইরগা অঙকপা থৌদোক্ কয়া থোক্হনবিখি, পুম্নমক্ অসে কয়াদদি ভকপ্রবনোবে প্রাণকৃষ্ণ হে থরাইগী মবুঙো । ৩০

গোপ্যাদদে ত্বয়ি কৃতাগসি দাম তাবদ্-
যা তে দশাশ্রু কলিলাঞ্জন সম্ভ্রমাক্ষম্।
বক্ত্রং নিনীয় ভয়ভাবনয়া স্থিতস্য-
সা মাং বিমোহয়তি ভীরপি যদ্বিভেতি ॥ ৩১
কেচিদাহু রজংজাতং পুণ্যশ্লোকস্য কীর্তয়ে।
যদোঃ প্রিয়স্যান্ববায়ে মলয়স্যেব চন্দনম্ ॥ ৩২

---

ইবুংঙো ! অমুক্তসু তাবিয়ু নহাক্না মীগী শঙ্গোম চফু থুগাইরুরগা মতুদগী নরান্ দগ্তি ফংলক্লবদা নমা যশোদানা নহাক্পু দগ্তি পীগে হাঙ্গনা থুক্তা অশাংবা থৌরি পামথংখিবা, মতুদা নহাক্না নমাই লুকথরগা নমিত্তুদি কাজলগা লোইনরবা পিদনা ঈরা চেল্লগা, বাকুম্লোচন অঙকপা অকিবগী মিংকম ওইবা, নমাগী দগ্তি ফংবদগী অকিবগী মহোংদা কিগনবা ওইখিবা। অদুগুম্বা নহাক্কী অঙকপা বিচিত্র দশাশিং অদু খল্লু-খল্লুরগা ইনেমদি থোইন-থোইনদুম অমুক্তা ডকশিল্লক্লে, করম্না অকিবা হাঙ্গবা লাই অদুনা কৃষ্ণ হাঙ্গবা নহাক্ অসিবু কিবদগী লাপ্প-লাপ্প চেম্থোক্লুনা লৈপ্রবনি, অদুগা ওসিগী তাইবংপান্দা নহাক্না মীওইবা অমা শারগা মীরক্তা পোক্লম্বা অসিমক্ করিগীদি ভক্লোই। প্রাণকৃষ্ণ ! নহাক্কী মায়াদা জগৎ অসিনা শুক্কথনরি, নহাক্না অবতার তৌবগী মরম্দা কনাগুম্বা অম-তনমু থৎবা ভম্মদদুনা নহাক্কী মরম্দা নানা কথা কম্না কয়া ভাংনরি অমুক্তা করি হাঙ্গনরি—মলয়া পর্বতকী মিংচৎ শন্দোক্লবগীদমক্তা জাবচন্দন পাক্কনা ওইখিবা, অদুগী মতৌ গুম্না চান্নরবা যুধিষ্ঠিরগী, অমদি যদুবংশগী মিংচৎ শন্দোক্লবগীদমক্তা যদু শাগৈদা নহাক্না পোক্লিবনি হাঙ্গনমু ভাংনরি তাজরি নানেমনা হে কৃষ্ণ। ৩১—৩২

অপরে বসুদেবস্য দেবক্যাং যাচিতোঽভ্যগাৎ।
অজ স্তমস্য ক্ষেমায় বধায় চ সুরদ্বিষাম্ ॥ ৩৩

ভারা বতরণায়ান্যে ভুবো নাব ইবোদধৌ।
সীদন্ত্যা ভূরি ভারেণ জাতো হ্যাত্মভুবার্থিতঃ ॥ ৩৪

ভবেঽস্মিন্ ক্লিশ্যমানানা মবিদ্যাকাম কর্ম্মভিঃ।
শ্রবণ স্মরণা র্হাণি করিষ্যন্নিতি কেচন ॥ ৩৫

শৃণ্বন্তি গায়ন্তি গৃণন্ত্যভীক্ষ্ণশঃ স্মরন্তি নন্দন্তি তবেহিতং জনাঃ।
ত এব পশ্যন্ত্যচিরেন তাবকং ভবপ্রবাহোপরমং পদাম্বুজম্ ॥ ৩৬

---

অমুক্না করি হাঙৈনরি—কৃষ্ণ কৌবা ইবুঙোসে বসুদেব দেবকীনা পূর্ব্বজন্মদা সুতপা পৃশ্নি কৌরগা নহাক্পু মচা ওইনা ফংজগে হাঙৈনা অকন্বা তপস্যা তৌরুবদগী জগৎকী মঙ্গল থোক্হন্নবা, অমদি হিংচাব শাগৈ ময়েং তাহন্নবগীদমক্তা কৃষ্ণরূপ ওইনা দেবকীগী গর্ভদা জন্ম গ্রহণ তৌখিবনি হাঙৈনস্সু ঙাংনরি। অমুক্না করি হাঙৈনরি—পৃথিবী হাঙৈবীসে করিগুম্বদা য়াম্না লুম্নবা হিগী মতৌগুম্না ঈশিং ঈয়াইদা লুপফেৎ-লুপফেৎ তৌরম্বদা ব্রহ্মাগী প্রার্থনাদগী নহাক্না ভূভার কোক্হন্নবগী মরোংদা অবতার তৌখি হাঙৈনস্সু ঙাংনরি। কনাশিংনা হাঙৈনৈ—সংসার অসিগী মনুংদা পোক্লক্লিবা পোকপ্রবা জীবশিং অসিনা পরমানন্দগী মশক্ খঙজদহনা অবিদ্যা মায়াগী মথা পোনখিবনা কাম্যকর্ম্ম কয়া তৌনরগা অরাবগী ভোগ কয়া ফংনরি, মদুবু কোক্চনবগীদমক্তা ভূমণ্ডলদা তব নামবু তাজবা নিংশিংজনবগী মরোংদা অপূর্ব্ব চরিত্র লীলা কয়া কয়া পুথোক্নরি।

অপ্যাহ্য নস্তং স্বকৃতেহিত প্রভো জিহাসসি স্বিৎ
সুহৃদোঽনুজীবিনঃ।
যেষাং ন চান্যদ্ভবতঃ পদাম্বুজাৎ পরায়ণং রাজসু
যোজিতাংহসাম্ ॥ ৩৭

কে বয়ং নামরূপাভ্যাং যদুভিঃ সহ পাণ্ডবাঃ।
ভবতো দর্শনং যর্হি হৃষীকাণা মিবেশিতুঃ ॥ ৩৮

---

অদুগুম্বশিং অদুনা শ্রবণ কীর্ত্তণ কয়ানা তবনাম উচ্চারণ তৌনরদুনা মহৈ মহৈ লীনবনা মুভাইবা অম। ওইদুনা অপনবা লৈতনা তবপাদ-পদ্ম ফংজরগা সংসার জন্ম মৃত্যুগী ঈচেন্দগী মুক্তি ফংনরি। ৩৩—৩৬

ইবুঙো! কৃষ্ণ নহাকসিবু নংগী স্বজনশিং অসিনা য়াম্না হাঈজন-মল্লদুনা হৌজিক্পু ঐখোই পুম্বসি থাদোক্পিরম্লগে হাঈবিরিবরা? মদো অমুক্ তৌবিরগন্থ, হে প্রভো! ঐখোইসে নংনা লৈবিবগীদমক্তা হিংজরিবনি। মরম্ অসিনা নহাক্সে ঐখোইগী আম্মানি থবাইনি, হৌজিক্পু কুরুক্ষেত্রগী লালদা অকনবা নাপল চাউরবা কয়া কয়ানা হাঈনিংঙাই লৈনদ্রি। মতম্ অসিদা নহাকী পাদ পদ্ম নত্তনা ঐখোইগী করি গতি অমা লৈজরিবগে, ইবুঙো ভাবিয়ুনে প্রাণকৃষ্ণ! ঙসি ঐগী পংলবা ইচাশিংনা অমদি যাদবশিং অসিনা কল্লবনি থৌরবনি হাঈনরিবসে অচুম্বনি, তশেংনদি নংগী থৌজাল লৈত্রবদা কদায়? করিমত্তা কনবা য়ারোইদবনিনে ' ইন্দ্রিয়গী অধিষ্ঠাতৃ ওইবা জীবাত্মা হাঈবদুনা লৈত্রবদা ইন্দ্রিয়শিংগী করি মথৌনো, অদুগুম্না ইবুঙো নহাক্না ঐখোই অসিবু য়েংবিদ্রবদি অতিদীন অতিতুচ্ছ, অমদি মপী মপা কনা লৈজদ্রবদো য়েংবিবা ঙম্গিগদ্রা। ৩৭—৩৮

নেয়ং শোভিষ্যতে তত্র যথেদানীং গদাধর ।
ত্বৎ পদৈরঙ্কিতা ভাতি স্বলক্ষণ বিলক্ষিতৈঃ ॥ ৩৯
ইমে জনপদাঃ স্বৃদ্ধাঃ সুপক্কৌষধি বীরুধঃ ।
বনাদ্রি নদ্যু দন্বন্তো হ্যেধন্তে তব বীক্ষিতাঃ ॥ ৪০
অথ বিশ্বেশ বিশ্বাত্মন্ বিশ্বমুর্ত্তে স্বকেষু মে ।
স্নেহ পাশমিমং ছিন্ধি দৃঢ়ং পাণ্ডুষু বৃষ্ণিষু ॥ ৪১

---

হে গদাধর ! নহাক্ অসিগী ধ্বজ বজ্রাঙ্কুশনচিংবা চরণগী চিহ্ন কয়ানা মরম্ ওইরভুনা ননাইশিংগী সুখ সম্রাজ্যদা অমুক্তসু ওই-থোকখিদ্রিবা অপূর্ব্বশোভা কয়া ধারণ তৌনবিরম্ল, অমুক্ নহ রু হৌজিক্পু লেংখ্রবদা মঙ্গলশিংসে কদায় ? কংলরোইদকো অমুক । ইবুঙো নহাক্কী কৃপাদৃষ্টিতনা অসুক্ চাউরবা থুঙ্গংশিংনা সমৃদ্ধিশালি (মনিং তৌনা) চাউখৎচরম্বনিদো, উপাল, উরিগী মপৈশিংনা মনা মপাল মহৈ কয়া কয়াবু মপুং ফানা পাঞ্জরম্বনিদো । অতুদসু নত্তুনা গিরিগুহা, উমং, তুরেল, সমুদ্র মখোই পুম্নমক্সে নহাক্কুগী থৌজাল-তনা শ্রীবৃদ্ধি ওইরম্বনিদো ইবুঙো তারিবরনে হে প্রাণকৃষ্ণ ! নহাক্ হৌজিক্ হনবা তারবরা ? নহাক্না চংখ্রবদা পাণ্ডবশিংগী করি দশা ওইরকরা, অমুক্না যাদবশিংনা নংগা কাইনবদগী বিরহ কাতর—কাইনবগী অরাবদা শাগৈ অনি অসিগী লাংদাইদা ইনেম্মা হাঙ্গি-নিংঙাই লৈত্তনা—থরা রাপ্রেনে—ইবুঙো নহাক্পু হল্লো হাঙ্গবস্থ হাঙ্গুমদে । মতম্ শাংনা সুম মফম্সিদা লৈথোক্লসি হাঙ্গবস্থ কদায় ! মরম্দি—যাদবশিংসে ঐগীদি য়াম্না মুংশিজবা অমনিদো ।

ত্বয়ি মেহনন্যবিষয়া মতি র্মধুপতেঽসকৃৎ।
রতিমুদ্বহতা দদ্ধা গঙ্গেবৌঘ মুদন্বতি ॥ ৪২

শ্রীকৃষ্ণ কৃষ্ণসখ বৃষ্ণ্যৃষভ ভাবনীধ্রুগ্রা জন্যবংশ দহনান.পবর্গবীর্য্য।
গোবিন্দ গোদ্বিজ সুরার্ত্তি হরাবতার যোগেশ্বরা খিলগুরো-
ভগবন্নমস্তে ॥ ৪৩

---

হে বিশ্বাত্মন্! জগৎকী থরাই ওইরিবা নহাক্সে জগৎকী থরাইনি, বিশ্বরূপকী মুর্ত্তিনি. অসিগুম্বা লালকম্ অরি অসিদগী নংনা অমুক্-তগদি ঐবু রক্ষা তৌবিরমখো, যাদব অমসুং পাণ্ডবশিংগী মকম্‌দা লৈরমলিবা অকনবা প্রেমগী থৌরিসে নহাক্না অমুক্তদি কক্‌থৎ-পিরম্নগা চৎপিখোর্নে[হে]ৎরাইগী মবুঙো মুংশিবা। ৩৯—৪১

অহুম ওইনমক্ হে মধুপতে! হে কৃষ্ণ! গঙ্গা কৌবী তীর্থনা মাইকৈ পাংবগুম্ ইনেমগী রাথল অসিনা করিগুম্বা বিষয় অমদা নপশিল্লুবা লৈতনা অনুরাগগী ঈচেল অসিনা নঙোন্দা চেনশিঞ্জবা অসিদদি তব চরণদা কোটি প্রার্থনা তৌজরি। হে কৃষ্ণ। হে অর্জ্জুন-সখে! হে যদুপতে। হে গোবিন্দ! হে যোগেশ্বর! হে জগদ্‌গুরো! নহাক্ অসিনা পৃথিবীদা অরাবা পিরমলিনা ক্ষত্রিয় মচা কয়াবু মাংহনদুনা যগ, ব্রাহ্মণগী অরাবা কোক্‌পিনবগীদমক্ত অবতার গ্রহণ তৌবিরম্নবনি। নহাক্কী নতিক্ নগুণবু কবি অমুক্ শিংথাগনি, নহাক্‌পু থুরুম্‌জবা নত্তনা করি অমুক্ হাঈজখিসিংগনে। ৪২—৪৩

শ্রীসূত উবাচ।

পৃথয়েত্থং কলপদৈঃ পরিণূতাখিলোদয়ঃ।
মন্দং জহাস বৈকুণ্ঠো মোহয়ন্নিব মায়য়া ॥ ৪৪
তাং বাঢ়মিত্যুপামন্ত্র্য প্রবিশ্য গজসাহ্বয়ম্।
স্ত্রিয়শ্চ স্বপুরং যাস্যন্ প্রেম্ণা রাজ্ঞা নিবারিতঃ ॥ ৪৫
ব্যাসাদ্যৈরীশ্বরেহাজ্ঞৈঃ কৃষ্ণেনাদ্ভুত কর্ম্মণা।
প্রবোধিতোঽপীতিহাসৈর্নাবুধ্যত শুচার্পিতঃ ॥ ৪৬

---

সূতনা হাঙ্গখি—কুন্তী দেবীগী মধুরবচন কয়ামরুমবু তাবিবগা ইবুঙো মহাক্ অদুনা মতম্ অদুদা মোমোন মোমোন নোকপিখিরম্মি। মহাক্কী মধুরহাস্য মায়াদা পুম্নমক্ শুম্মাংনখিরম্মি। ৪৪

মতাং অসিদা কুন্তীগী প্রার্থিত বিষয় পুম্নমক্ সফল ওইরসনু হাঙ্গনা ইবুঙো মহাক্না অঙ্গীকার তৌবিরগা মফম অদুদগী হস্তিনাপুর তাম্না প্রবেশ তৌবিখি। কুন্তী, সুভদ্রানচিংলবী লুপীশিংগী মফমদগী বিদায় লৌনরগা, নিজরাজধানী ওইবা দ্বারকাদা লেংননবগী থৌরাং ওইখি। মতম্ অদুদা যুধিষ্ঠির নিংথৌনা মবুঙো কৃষ্ণগা লোইননা পোইদোক্ হেন্দোক্পা প্রেমগী সমুদ্রদা তাউথমিন্নরগা মতম্ থরদংতগা অমুক্ মবুঙোবু লৈহননিংবদগী মফম্ অদুমক্তদা পরম প্রেমগী গর্ভদা ইরাকমিন্নখিরম্মি। ৪৫ যুধিষ্ঠির মহারাজনা লালদা শিথিবা মরূপ মপাং ময়ামগী মরম্দা হাঙ্গনিংঙাই লৈতনা ৱাখি। মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা থনবিবনা মৃত্যু শয্যা, শর শয্যাদা ৱাতাথবা মবুধৌ ভীষ্মগী পরমজ্ঞাননা তিল্লবা তত্ত্বজ্ঞানগী পাউতাক্ করা তাহল্লগা যুধিষ্ঠিরগী থম্মোই ফাজিনবিগে থৌরাংখি। শ্রীভগবানগী

আহ রাজা ধর্ম্মসুতশ্চিন্তয়ন্ সুহৃদাং বধম্ ।
প্রাকৃতেনাত্মনা বিপ্রাঃ স্নেহ মোহবশং গতঃ ॥ ৪৭
অহো মে পশ্যতাজ্ঞানং হৃদি রূঢ় দুরাত্মনঃ ।
পারক্যস্যৈব দেহস্য বহ্বো মেঽক্ষৌহিণীর্হতাঃ ॥ ৪৮
বাল দ্বিজ সুহৃ মিত্র পিতৃ ভ্রাতৃ গুরু দ্রুহঃ ।
ন মে স্যান্নিরয়ান্মোক্ষো হ্যপি বর্ষাযুতা যুতৈঃ ॥ ৪৯

রাখলশিং অসি সাধকশিংনা খঙ্বা ডম্‌দে, অদুম ওইনমক্ মহাক্কী ইচ্ছাগী মতুং ইন্না থৌরম্ কয়াদি তৌনরি। মরম্ অদুনা ব্যাস-নচিংবা মুনিশিংনা ইতিহাস কয়াবু উদ্ধার তৌরগা মখল মথা অয়াম্বা পাউতাক্ কয়ানা যুধিষ্ঠিরবু ফনা থেমজিনদুনসু করিগুম্বা ফল অমা ফাউবদা ওইথিদে, অমুক্ করি হাঈগনি, স্বয়ং ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণমক্কী মধুরবানীনা থেমজিনবিরবা অদু ফাউবদা যুধিষ্ঠির মহারাজনা থোইনা য়ানিংখিদে। ৪৬—৪৭

সূতনা হাঈখি—হে বিপ্রগণ! মতৌ অসুম্ তৌনা যুধিষ্ঠির মহারাজনা মহাক্কী লালদা মথৱাই থাদ্রবা মরূপ-মপাং কয়াগী সম্বন্ধদা অরাবা চিন্তাগী পোৎলুমনা পংথবগা লোইনুনা স্নেহ মোহনা উপশিল্লকুনা হাঈখিরম্মি—ওম্মোকপনি! পংইদা যুধিষ্ঠির ঐহাক্সে ওম্মোক্লা দুরাত্মা তমথিরবা অমা হাঈবদু ওইগ্রেদকো। লমহুই অমস্তুং হুই কয়াগী মচিঞ্জাক্ ওইরিবা হক্চাং অসিগীদমক্ মগুণ লৈখ্রবা অক্ষৌহিনী তেঙ্গোল তরানিপানবু ঐগী থুৎশিন্দগী অরেম্বদা মথৱাই থাহনখরেদকো। কদাই! ঐগী লালদা মরাল

নৈনো রাজ্ঞঃ প্রজাভর্ত্তু র্ধর্ম্মযুদ্ধে বধো দ্বিষাম্।
ইতি মে ন তু বোধায় কল্পতে শাসনং বচঃ ॥ ৫০
স্ত্রীণাং মদ্ধতবন্ধুনাং দ্রোহো যোসা বিহোত্থিতঃ।
কর্ম্মভি র্গৃহমেধীয়ৈ র্নাহং কল্পো ব্যপোহিতুম্ ॥ ৫১

---

লৈজদ্রবা অঙাং কয়া অমদি ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব, বন্ধু, বান্ধব, পিতৃব্য, ভ্রাতা, গুরুবর্গ পুম্নমক অদুবু হাত্তোকলুবা মতুমক্তনা মরম্ ওইরতুনা চহি লাক্ক কয়া নরকভোগ তৌরকদৌরিবসে কনা অমতনা ঐবু কনবিররোইদো। ৪৮—৪৯

শাস্ত্রীগী রাকম্‌দা হাঈরি—প্রজা পালন তৌরিবা নিংথৌনা লালদা য়েরুবা হাৎপগী দোষ লৈতে তৌইগুম্বসুং মতুমক্ ধর্ম্ম নে হাঈরি। মসি ঐতগী পুক্নিংদদি থোইনা য়ানিংবা লৈতে মরম্‌দি—প্রজাগী মঙ্গলগীদমক্তা প্রজাবু অরাবা পিরম্লিবা নিংথৌবু হাত্তোক-পদি ময়ানৈ, অদুবু দুর্য্যোধন নিংথৌদি প্রজাবু মচাগুম্না পালন তৌখিবনি। ঐনা মহাক্ অদুবু নিংথৌ খুবম মুম্নরুবগীদমক্তা হাত্তোকলুরবনিদো, অসিগুম্বা পাপ অসিদগী ঐবু কনবিররুবা করম্বা উকল অমা লাকখিগদগে। ৫০ ওম্হোক্পনি ঐগী লালদা শিখ্রিবা মপুরোইবা, মচা অমদি অতোপ্পা মরূপ মপাংশিংগী মনাই মশল মুপী অঙাং কয়া কয়াশিং অসিনা মহাক্ মহাকী থম্মোইদা কয়াদা রারমগদৌরিবা, মতুদা অমুক্তা মরোং অমরোমদা খল্লুরগা যুধিষ্ঠির ঐহাক্ অসিবু মুপী কয়া রাহল্লুবদগী নারী হিংসাচুম তৌরমাল্লেদো : মতাংসিদা ঐনা থৈম্রে—ঐহাক্সে গৃহস্থাশ্রমগী মনুংদা লৈরগা বেদ বিধি কয়ানা থৌরম্ কয়া চথরুবদা ঐগী চাউরবা পাপশিং অসিদগী ইশানা ইশাবু কঞ্জবা ঙমগনি হাঈবা আশা অসিদদি মউদ্রে। ৫১

যথা পঙ্কেন পঙ্কাম্ভঃ সুরয়া বা সুরাকৃতম্।
ভূতহত্যাং তথৈবৈকাং ন যজ্ঞৈ র্মাষ্টু মর্হতি ॥ ৫২

ইতি শ্রীভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং প্রথমস্কন্ধে পারীক্ষিতে কুন্তীস্তবো নামাষ্টমোহধ্যায়ঃ ॥

---

মতুগী প্রমাণদি—অমোংপা হাঙ্গৈবসি অরুবা ঈশিংদা হন্না হন্না চামথোক্লগা হান্নগী অশেংবা মশক অতু কংনৈ, অতুবু অমোংপা লৈথোম মহিদা চামথোক্‌লুরবদি অমোংপা কোক্‌পা য়াদবগুম, সুরাবিন্দু (য়ু মরিক্) অমনা দোষ লৈত্রবা পোৎ ময়াম্ব য়ুনা শেংদোকপা য়াদবগুম্ জীব হিংসা কয়াগী থৌরম্ অসিদগী কোরুন-বগী মরম্‌দা যজ্ঞ চায়-চামরক্ হন্না তৌরগসু অনন্ত প্রাণিহত্যাদগী ওইখ্রিবা পাপশিং অসিবু করিগুম্বদা শেংলক্কনি হাঙ্গৈবসিমক্ ঐতদি মদো কয়া থাজদ্রে মরম্‌দি—জগৎকী মাংননবগী মরুদি মাংননবা দোষনি। ঐ মতুং তৌররোই হাঙ্গৈরগা হঞ্জন হঞ্জন তৌবনা জীবগী হাঙ্গৈনিংডাই লৈতবা অমাংবনি। ৫২

মতাং অসিদা কুন্তীনা শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি তৌবা, যুধিষ্ঠিরনা অরাবা মৈচাক্ কংবা ভাগবতকী নিপালগুবা অধ্যায় লোইরে।

---

## শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ সেবাগী পোৎচৈ অমসুং মফম

লাইরিক অসিগী মমুংদসু য়াওরি, অতুম ওইনমক সেবাগী নিয়ম হান্না খংতুনা পোৎচংশিং লাংঙ্খৌবা লুংঙাইনবা থঞ্জরুবগী ভূমিকাদা সেবাগী পোৎলম হাপচিঞ্জরে—শঙ্গোম-অকম্বা, শঙ্গোম-অনৌবা, লফোই. চেংপাক. কবোক. চেংগী য়াম, কর্পূর, হৈরুক, য়ুবী, লৈশু তুলসী-পত্র. জল অমসুং আসন অসিনচিংবা লাংগনি। আসন ৬, হৈরুক তাঙ্গা ৬, পানা তাঙ্গা ৬, জল পাত্র ৬, (দোনানসু য়াই)। ধুপ. থাউমৈ, বর্ত্তি অসিনচিংবা লাইরিক বোরিনবা ফি দক্ষিণা শেল অসিদগী থোইদোক্না সন্দেশ, তল, মিঠাই (অথুম-অহাও) কনাগুম্বা কচ্চনিংবা মীওইনা কৎপসু য়াই। থ্বাইগী মরুদি থম্মোই শেংনা ভক্তি য়াওনা পাঙথোক্কদবা ওই। (হৈরুক পানা জল ৬/৬ হায়বদি লাইরিক তৌবগীসু য়াওরবনি। পুর্ণ পাত্র অমসুনি।

হায়রিবা পঞ্চদেবতা পূজাগী মফম শুম্মাংগুম্বা ওইরবদি মথক হাংনা তৌফরোই। শঙ্গোই, মাগুবগুম্বদি কাইদে অতুবু ষষ্ঠী খরা হাপুনা অশেংবা মফমনি খংনবা তৈথোক-চামথোকপা মথৌ তাই। মনম চেন্দবা, চোৎ-চোৎ লাউদবা, মুশিংৎ-নুংশা ফংবা ওইগদবনি।

মমাই মথা ওন্না ঘট অমদি বিষ্ণু পূজা তৌগনি, মমাই মমাং ওন্না গৌরাঙ্গ, য়েত্তা নিত্যানন্দ, ওইদা অদ্বৈতগী আসন থাগনি। অসুম্না ব্রাহ্মণ অতুনা মাই অরাং ওল্লগা পূজা পাঙথোক্কনি। পূজা লোইরগা লাইরিক হ্নোগনি।

—:(—o—):—

# শ্রীশ্রীগৌরগুণামৃত

## শ্রীমহাপ্রভু মঙ্গল স্তোত্রম্

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভোশ্চরণয়ো র্যা কেশ শেষাদিভিঃ,
সেবা গম্য তয়া স্বভক্ত বিহিতা যাঙ্গৈ র্যয়া লভ্যতে।
তাং তন্মানসিকীং স্মৃতিং প্রথয়িতুং ভাব্যাং দাস সত্তমৈঃ,
নৌমি প্রত্যহ্নিকং তদীয় চরিতং শ্রীমন্নবদ্বীপজং ॥

## শ্রীগৌরাঙ্গ ধ্যানম্

প্রতপ্ত কনকপ্রভং বিমল পুর্ণ চন্দ্রাননং,
গলন্ নয়ন-বারিভিঃ সপদি সিক্ত ভূমি তলং।
সগদ্ গদ গিরিং মুদা সকল দেব চূড়ামণিং,
শচিসুত মহং ভজে করুণ-সাগর-নাগরং ॥

## গায়ত্রী

ক্লীঁ গৌরাঙ্গায় বিদ্মহে বিশ্বম্ভরায় ধীমহি তন্নো গৌর প্রচোদয়াৎ ॥

## গৌরাঙ্গ প্রণাম

পঞ্চ তত্ত্বাত্মকং কৃষ্ণং ভক্তরূপ স্বরূপকং।
ভক্তাবতারং ভক্তাখ্যং নমামি ভক্ত শক্তিকং ॥
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মুখোৎগীর্ণা হরেকৃষ্ণেতি বর্ণিকা,
মজ্জয়তি জগৎ প্রেম্নি বিজয়স্ত তদাহ্বয়া নাম্না ॥

শ্রীগৌরবিধুর্জয়তি।

অচ্যুতানন্দ গোবিন্দ-নামোচ্চরণ ভেষজাৎ।
নশ্যন্তি সকলা রোগাঃ সত্যং সত্যং বদাম্যহং ॥ ১
ইতি বৃহন্নারদীয় পুরাণে ॥

সর্ব্ব পাপ প্রশমণং সর্ব্বোপদ্রব নাশকং।
সর্ব্ব দুঃখ ক্ষয়-করং হরি নামানুকীর্ত্তনাৎ ॥ ২
ইতি ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরাণে ॥

সর্ব্ব মঙ্গল-মঙ্গল্য মায়ুষ্যংব্যাধি—নাশনং।
ভুক্তি মুক্তি-প্রদং দিব্যং বাসুদেবস্য কীর্ত্তনং ॥ ৩
ইতি বিষ্ণু ধর্ম্মোত্তরে ॥

---

শ্রীগৌরচন্দ্রনা জয় ওইরে। অচ্যুত, আনন্দ, গোবিন্দ অসি-নচিংবা ঈশ্বরগী নাম শোনবনা হিদাক ওইদুনা অনাবা পুন্নমক (লাইথুং ময়াম) কোকই হায়না সত্য শোন্দুনা "বৃহন্নারদীয়" পুরান্না তাকপি। হরিগী নাম শোনবনা পাপ থিবিক কোকই, মীওইবগী দশা ফত্তবা, অল্লা-অনা য়ৈথায়-থিঙ্গাই ওন্না মাংখি হায়না "ব্রহ্ম-বৈবর্ত্ত" পুরান্না তাকপিরিবনি। বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবা অমসুং শকপদা মীনা অহেনবা মঙ্গল ওইবা মহৈ ফংই, খোইরেল মপুন্সি শা ; অনা-অয়েক লৈত্তে লুংওাই-থ্রাইফনা পাল্লগা, মৃত্যু ওইরগা ম. কী অপাম্বা খুভম বৈকুণ্ঠ, গোলোক নত্রগা শ্রীবৃন্দাবন ধাম ফংই হায়না "বিষ্ণু ধর্ম্মোত্তর" লাইরিক্কা উৎলি। ১—৩.

নমামি গৌরচন্দ্রং নিত্যানন্দ অদ্বৈতকং।
গদাধর শ্রীবাসাদি ভক্তেভ্যশ্চ নমো নমঃ॥ ৪
প্রণমহু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-নিত্যানন্দ।
কলিঘোর পাপ মোচন আনন্দ কন্দ॥ ৫
প্রণাম অদ্বৈত চন্দ্র করুণা অপার।
যার হুঙ্কারে হৈল গৌরাঙ্গ অবতার॥ ৬
ছয় গোসাঞী প্রণমহু চৌষট্টি মহন্ত।
গদাধর পণ্ডিতাদি বৈষ্ণব অনন্ত॥ ৭
গৌর অবতরি সঙ্গে যত পারিষদ।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যের অনন্ত ভক্ত বৃন্দ॥ ৮

---

শ্রীগৌরচন্দ্র, শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত ঠাকুর, গদাধর, শ্রীবাসা অসিনচিংবা শ্রীশ্রীপঞ্চ তত্ত্ব অমসুং গৌর ভক্ত খিবিকপু খুরুমজৈ। ঘোর কলি যুগ অসিদা পাপ ময়াম মাংহনবিহুনা, নুংঙাইহনবা পিবা ঙম্বা কল্পবৃক্ষগী মশক ওইবিবা শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজৈ। থৌজানবিবগী চাংজৌ মপান নাইদবা, অমহিকসুং মহাকী হুঙ্কারদগী শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন থাদোক্তুনা নবদ্বীপ ধামদা শ্রীগৌর অবতার ওইহনবা ঙম্বা অহুম ওইবা অদ্বৈত ঠাকুরবু খুরুমজৈ। ছয় গোষায় ৬ (তরুক), চৌষট্টি মহন্ত ৬৪ (হুমফু-মরি), গদাধর পণ্ডিত নচিংবা মশিং লাকডমদবা বৈষ্ণবশিংবু খুরুমজৈ। গৌরচন্দ্রগা লোইননা অবতারদা য়াওমিন্নরকপা, পারিষদ বর্গবু অনদি[illegible]শিং নাইদবা শ্রীগৌরাঙ্গগী মনাই ভক্তশিংবু খুরুমজহুনা

সবাকার পদ পদ্মে প্রণতি করিয়া।
নিত্যানন্দের কৃপা কিছু কহিব বিস্তারিয়া॥ ৯
চন্দ্রসেন নাম রাজা বিদ্যাপুর নাথ।
অকস্মাৎ তারপুরে পড়ে উলকাপাত॥ ১০
নানা পাপে তার লোক অনিষ্ট হৈল।
প্রেত পিশাচাদি তাঁর রাজ্যেতে পশিল॥ ১১
ইহা দেখিয়া লক্ষ্মী দেবী হৈল অন্তর।
অনাবৃষ্টি হৈল দুর্ভিক্ষ ঘোরতর॥ ১২
পাপের উত্থান হয় শুনহ কারণ।
অপমৃত তাতে হয় শাস্ত্রের বচন॥ ১৩

---

শ্রীনিত্যানন্দগী থৌজাল হৈবগী মরমদা খরদং শন্দোকচরি। ৪—৯
(লাইরিক লেংবা কবিনা হায়রে।)

চন্দ্রসেন নিংথৌগী লৈপাক বিদ্যাপুরদা থংহৌদনা শঙাই শেল পাইরে অমঙ্গলগী খুদম ফাউরে। প্রজা ময়াম অমগা অমগা নুংশিনদ্রে, মীপুম খুদিংগী মপুক্তা পাপকী থবক্তা মপুক্লিং চংনব্রে। লৈপাক মাংনবা হৌরকখরে, ভূত প্রেতনচিংবা লাই ফত্তবশিং দেশ মনুংদা চংলক্লে। পুন্নমক অসি উবদগী লাইরেম্বী শ্রীলক্ষ্মী দেবী বিদ্যাপুর লৈপাক থাদোক্তুনা চেনখরে। নোং তাদরে, লৌ উবা য়াথিদরে চেং-চাক তাংখরে। পাপ ময়াম চাউখৎলবদি অপমৃত্যুদা মী শিগনি হায়বা শাস্ত্রনা হায়বনি। ১০—১৩

ইহা দেখি যম রাজ দূত আদেশিল।
মরিভয় রূপে তার রাজ্য সংহারিলা ॥ ১৪
নিত্যানন্দ প্রভুতারে করুণা করিয়া।
কহিতে লাগিলা কিছু বিপ্ররূপ হৈয়া ॥ ১৫
শুন চন্দ্রসেন রাজা আমার বচন।
শীঘ্র করি কর সেবা চৈতন্য চরণ ॥ ১৬
শ্রীচৈতন্য সেবা যত্ন করহ প্রচার।
মারিভয় হৈতে লোক হৈবা নিস্তার ॥ ১৭
শ্রীচৈতন্যের মহিমা নাহি জান তুমি।
শুন রাজা তত্ত্ব কিছু কহিলাম আমি ॥ ১৮

---

মরম অসিদগী যম রাজনা মাগী দূতশিংদা য়াথং পিথরে—"বিত্তাপুর লৈপাক্তা চংহুনা দেউল থাহুনা মহা-মারী অনাবনা (পুকচৎপনা) মীয়াম সংহার তৌরুরো" (হাৎলুরো)। বিত্তাপুরদা মী য়াম্না শিবা হোরে লৈপাক হাহাকার লাউনরে। করুণা অবতার (থৌজানগী শাইওন) ওইবা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা অচম্বা ব্রাহ্মণ শাহুনা, য়াম্না রানা লৈরম্বা চন্দ্রসেন নিংথৌগী মমাংদা ফোং লাওনা কাউররে মুংশিবিহুনা। নিংথৌদা য়াথং তাকপিরে—হে চন্দ্রসেন নিংথৌ! ব্রাহ্মণ ঐহাক্না হায়বা লৌবিহুনা য়াম্না থুনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী চরণ সেবা তৌবিয়ু। শ্রীচৈতন্য দেবগী সেবা পূজা, নিংথৌ নংগী লৈপাক্তসু শন্দোকপিরো। ঐনা হায়রিবা অসি তৌরবদি নংগী লৈপাক মহা-মারীদগী ইরাই-লাইনা কনবা ঙমগনি। ১৪—১৮

ঈশ্বর পরম কৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান।
সর্ব্ব অবতরি সর্ব্ব কারণ প্রধান॥ ১৯
অনন্ত ব্রহ্মাণ্ডে দেখ দেব যত ইতি।
কৃষ্ণের শরীরে সব হৈল উৎপত্তি॥ ২০
অতএব ব্রহ্মাণ্ডের কৃষ্ণ হন পিতা।
বেদ শাস্ত্রক পুরাণে কহিয়াছে তত্ত্ব॥ ২১
শ্রীকৃষ্ণের দেহে সব হয় উৎপত্তি।
অবতরিলেন সর্ব্ব শাস্ত্রেতে বিখ্যাতি॥ ২২
সেই কৃষ্ণ অবতরি ব্রজেন্দ্র কুমার।
আপনে চৈতন্য রূপে কৈল অবতার॥ ২৩

---

শ্রীচৈতন্য দেবগী মতিক মগুণসি নিংথৌ নহাক্নদি থংদে তাদে, অসিনা মরম ওইহনা মগুণ খরা হায়জগে তাবিয়ু। শ্রীচৈতন্য দেব শ্রীকৃষ্ণনা অবতার (শাইওন) ওইবনি। শ্রীকৃষ্ণদি দশাবতার দগী হেন্না চাউবা ভগবান্নি। মরম অসিনা শ্রীচৈতন্য প্রভুবু শ্রীকৃষ্ণমক্কি হায়না নিংবিরো, মহাক্কি অথোইবা শ্রীভগবান্নি। ওমখৈ লৈতবা ব্রহ্মাণ্ড (গ্রহ, নক্ষত্র, জল, স্থল, অন্তরীক্ষ) পুম্নমক অসিদা লৈবা লাইনচিংবা জীব পুম্নক, শ্রীকৃষ্ণগী (শরীর) হকচাংদগী থোকপনি। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণদি ব্রহ্মাণ্ডগী হৌরক-ফমনি (মপানি) হায়না বেদ পুরান্না তাক্লিবনি। শ্রীকৃষ্ণগী শরীরদগী মৎস্য নচিংবা অবতার ময়াম থোকই হায়রবা শাস্ত্রনা শিংথানৈ। অদুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজ বৃন্দাবন্দা অবতার তৌই। ১৯—২৩

তাঁহার পরম শক্তি শক্তির মাতৃকা ।
কৃষ্ণ প্রিয়া গণ মধ্যে সর্ব্বত্রঅধিকা ॥ ২৪
কৃষ্ণ সুখ লাগী সদা ব্যাকুলিতা প্রাণা ।
পরম আরাধ্যা নাম জানিও রাধিকা ॥ ২৫
সেই রাধাভাব কান্তি করি অঙ্গীকার ।
নবদ্বীপে, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অবতার ॥ ২৬
বলভদ্র সঙ্গী তার নাম নিত্যানন্দ ।
অদ্বৈত আচার্য্য আর সব ভক্ত বৃন্দ ॥ ২৭
কলি যুগে অচেতন পৃথিবী দেখিয়া ।
চেতন করায় প্রভু করুণা করিয়া ॥ ২৮

---

শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয়াশিংগী মরক্তগী হেন্না থোইনা চান্নবী, শক্তি ময়ামগী মাতৃকা (মমা শাবী) ওইবী ইবেম্মা অমা লৈ । শ্রীকৃষ্ণগী রাথন্দা, পুক্নিং লাংতক্না লৈবা অত্তুগা থোইদোক হেন্দোক্না বৈষ্ণবশিংগী চংনফম অমসুং নিংনফম ওইরিবী ইবেম্মা অত্তুগী মমিং "শ্রীমতি রাধিকা". কৌই হে রাজন! অত্তুম ওইবী শ্রীমতি রাধা ইবেম্মগী ভাব অমসুং কান্তি (কুচু) লৌত্তুনা নবদ্বীপ্তা শ্রীগৌরাঙ্গ অবতার তৌরবনি (তিন-বাঞ্ছা) অনিংবা মরম অত্তুম পাংথোক-পিনবা । বলরামনা শ্রীনিত্যানন্দ ওন্দুনা শ্রীগৌরাঙ্গনী লোইনবা ওই । শ্রীঅদ্বৈত ঠাকুর অমসুং ভক্ত মরাম নবদ্বীপ্তা লোইনমক তিন্নরে । কলি যুগ অসিদা মীওইবা পুন্নমক্কী জ্ঞান মাংনরে । অক্ক-ফত্ত রাখল নৈনখিদরে, মসি উবিরক্তুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা থৌজানবিত্তুনা মীপুম খুদিংদা জ্ঞানগী মঙ্গান তাইনবিরে । ২৪—২৮

এতেক প্রভুর নাম শ্রীচৈতন্য হৈয়া।
হরি সংকীর্ত্তণ করি ব্রহ্মাণ্ড ভেদিয়া ॥ ২৯
ঘোরতর সংকীর্ত্তণ করিলেন ধ্বনি।
পর্ব্বত সহিতে ভেদি করিল মেদিনী ॥ ৩০
সংকীর্ত্তণ ধ্বনি আর পৃথিবী ভ্রমিয়া।
নিস্তারিল সর্ব্ব জীব কৃষ্ণ প্রেম দিয়া ॥ ৩১
এ বলিয়া ব্রাহ্মণের হৈল অশ্রুপাত।
বিপ্ররূপে কহিলেন রাজার সাক্ষাত ॥ ৩২
দীর্ঘত্রিপদী। জয় জয় শ্রীচৈতন্য পৃথিবী করিয়া ধন্য,
পাপ তাপ সব গেল দূরে।
কলি আর যম রাজ, মাথাতে পড়িল বাজ,
পাষণ্ডের দর্প হৈল চুর ॥ ৩৩

---

মরম অসিদগী শ্রীগৌরাঙ্গগী মমিং শ্রীচৈতন্য (জ্ঞানগী মশক ওইবা) হায়না থোনখি। হরি সংকীর্ত্তণদা পৃথিবীদা "চৈতন্য" ফাওখি। অঙকপা ফংনা তৌবা সংকীর্ত্তণগী ধ্বনিনা (পুং, ঈশৈ, তালগী মখোল) চীং, তম, লম পুম্বা পুমনিল নিনখরে। লম কয়া কোইনা কোইনা চত্তুনা, ভক্ত ময়ামগা সংকীর্ত্তণ তৌহনা শ্রীগৌরচন্দ্রনা মীপুম খুদিংদা কৃষ্ণগী প্রেম য়েনবিহনা জীব কয়াবু লানবিখরে। অচম্ব ব্রাহ্মণ শাচিন্নবা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা চন্দ্রসেন নিংথৌগী মাংদা রারমসি হায়রগা, প্রভুগী মিৎলু নাপোম অনিদগী অশ্রু ধারা (পি) তাখিবা থংহৌদে। পৃথিবীগী পাপি তাপি ভুম্না মাংহনখিহনা, রাই-শংনা পৃথিবীবু শান্তি থম্বিরবা, শ্রীচৈতন্য প্রভুবু

হরি নাম ধনুর্ব্বান বিষম অস্ত্র সন্ধান,
গৌরহরি প্রভুজি প্রহারি।
যম দূতগণ গেল, পৃথিবী ছাড়ি পালায়ে,
বিষ্ণু দূতে খেদাইল মারি ॥ ৩৪
দেখিয়া প্রভুর গতি হরষিত বসুমতী,
দন্ত করি নাচিতে লাগিলা।
নমো জয় গৌরহরি, চরণে প্রণাম করি,
ঘোরতর ভারি খণ্ডাইলা ॥ ৩৫
পূর্ব্বে দৈত্যগণ মারি আমা রক্ষা,
কৈলা হরি কলি যুগে নহিক নিস্তার।
পাতকের ভয় মোর প্রাণ কাপে নিরন্তর,
মোর ভাগ্যে প্রভু অবতার ॥ ৩৬

---

গুরুমন্ত্রে। কলি অমক্তুং যম নিংথৌ অনিমকী মকোক্তা ব্রজনা থাবগুমগ্রে। মখোই-অনিগী চংনকম থিংখরে, পাপি পাষণ্ডীশিংগী নাপনসু মকুপ মকুপ ওইনা তোইত্তুনা মাংখরে। ২৯—৩৩

হরিগী নামনা তেন লীরুং ওইত্তুনা শ্রীগৌর হরিনা শোইদবা থুং-কাপনা কাপথোকপিখি। থুং-কাপ খুদিংদা শ্রীবিষ্ণুগী দূত থোরক্তুনা, যমগী দূতশিংবু পৃথিবীদগী তান্থোকখরে। হায়বদি শ্রীগৌর হরিগী হরি সংকীর্ত্তণ ধ্বনিগী মগুণনা, মী শিরগা যম দূত চংবগী মথৌ লৈতরে। বিষ্ণুগী দূতনা অপাম্বা খুভমদা পুখৎপিখি জীবাত্মা অহু। শ্রীগৌর হরিনা অশুম্ব তৌত্তুনা পৃথিবীদগী পাপি মুৎহনবা হোৎনবদা, পৃথিবীনা হরাউত্তুনা নাপন তৌনা জগোই

বিপ্রবলে নরপতি, শুন কথা যত ইতি,
তুমা স্থানে কহি বিবরণ।
অব ধূত সঙ্গে করি, দ্বিজ বংশে অবতরি,
সর্ব্ব জীব করিলা মোচন ॥ ৩৭
গৌবচন্দ্র নিত্যানন্দ সঙ্গে সব ভক্তবৃন্দ,
কৌপিন করিয়া পরিধান।
দূরন্ত পাষণ্ড মারি, হরি সংকীর্ত্তণ করি,
হরি নাম করি বিতবণ ॥ ৩৮
প্রেমামৃতে বরিষনে, সিঞ্চিএ চৌদ্দ ভুবনে,
হেন ভক্তি যেবা নাহি পায়।
নানা যোনিতে ফিরে,
কদর্য্য ভক্ষন করে তার জন্ম অধপাত বায় ॥ ৩৯

---

শ্যাথরে। পৃথিবীগী অরুম্বা ভারি ম্যাংহনবিবা-শীদমক শ্রীগৌরাঙ্গগী চরন্দা খুরুমজরি। মমাংঙৈদা হিংচবশিবু ম্লানবিহুনা (মাংহন্দুনা) পৃথিবী ঐবু কনবিথি। কলি অসিদা অমুক পাপি পাষণ্ডীশিংনা নৈহৎ-পিবদা পৃথিবী ঐ কিবনা থক থক নিকুনা লৈবম্লনি। ঐগী ইরাইবক ফবদগী অবতাব্রু ইবুংঙোনা ওইবিরে। চরন্দা হম্না হন্না খুরুমজে। ব্রাহ্মণা হায়জে তাবিরে. হে মহারাজ! বারী প্রসঙ্গ পুম্নমক। মহাপ্রভু শ্রীগৌরাঙ্গনা নিত্যানন্দগা লোইনহুনা ব্রাহ্মণগী শাগৈদা পোক্লহুনা কলি জীবশিংগী লমচৎ ফত্তবা চুমথোকপিরে। গৌরচন্দ্র নিত্যানন্দ ভক্ত ময়ামগা কৌপিন শেত্তুনা হরি সংকীর্ত্তণগা লোইননা হরিগী নাম শন্দোকপ্রে। পাপি পাষণ্ডী পুম্নবু মাংহনপ্রে।

নিত্যানন্দ রায় বাণী, শুন রাজা নৃপমণি,
ভজ শীঘ্র চৈতন্য চরণ।
সর্ব্ব যজ্ঞ ময়পদ, না রহিবে যে বিপদ,
সত্য এই বলি যে বচন ॥ ৪০
পদ ! দ্বিজবলে শুন রাজা আমার বচন।
মহাপ্রভু চৈতন্য করহ সেবন ॥ ৪১
পাষণ্ডী প্রেত অনিষ্টকর মারিভয়।
শুনি চৈতন্যের বর পাইবা নিশ্চয় ॥ ৪২
যম দূত পলাইবে তব রাজ্য হৈতে।
অকাল মরণ নাহি কহিলু তোমাতে ॥ ৪২

---

লৈপাক মরোন তরামরিদা অমৃতগী মশক ওইবা হরিনাম প্রেমতনা শিনবা থুংখরে। অসিগুম্বা ভক্তি ফংহৌদবা মী অদু অতোনবা কাংলুপ্তা পোক্‌না মচিঞ্চাক ফত্তবা চাই, লৈথা তাই। ৩৪—৩৯

শ্রীনিত্যানন্দগী য়াথং ইন্দুনা শ্রীগৌরাঙ্গগী ভজন তৌবিরো হে মহারাজ ! গৌরাঙ্গগী চরন্দা চংজরবদি গোমেধ, নরমেধ অমদি অশ্বমেধনচিংবা যজ্ঞ তৌবগী মহৈ ফংই, খুদোংথিবা লৈরোই। সত্য শোন্দুনা ঐহাক্না হায়বনি হায়না কবি "জগন্নাথ" না হায়জে। ৪০ ব্রাহ্মণনা হায়—হে মহারাজ ! ঐনা হায়জবা রা তাবিরো শ্রীচৈতন্য দেবগী সেবা তৌবিয়ু। শ্রীচৈতন্যদেবগী বরদগী, লৈপাক মুংহল্লিবা মহা-মারী (পুকচৎপা) লাইনা অসি শোইদনা ফরনি। নহাকী লৈপাক্কী দেউল শারিবা যম দূতশিং চেনথ্রগনি। অপমৃত্যুদা মী অমত্তা শিররোই। ৪১—৪২

চৈতন্য দাস বৈষ্ণব সাধু সব ।
সংকীর্ত্তণ করি তার করে মহোৎসব ॥ ৫৪
আমি দুরাচার আমার রাজ্য অজ্ঞান ।
কিরূপে করিব সেবা কহত বিধান ॥ ৫৫
দ্বিজবলে শুন রাজা সেবার বিধান ।
যেই যেই দিতে পারে নাহি পরিমান ॥ ৫৬
লক্ষ মুদ্রা ভাঙ্গি পারে করিতে সেবন ।
প্রাণ পণে সেবা কর কহিনু বচন ॥ ৫৭
যাহা শ্রদ্ধা আছে দ্রব্য আনিব প্রচুর ।
ঘৃত দুগ্ধ শর্করাদি যতেক মধুর ॥ ৫৮
চিড়া তণ্ডুলাদি চুর্ণ করিবেক চয় ।
মিষ্টান্ন পিষ্টক দধি দ্রব্য সমুচয় ॥ ৫৯

---

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মনাই সাধু বৈষ্ণব খিবিক তিম্নহুনা হরি সংকীর্ত্তণ তৌরগা মহোৎসব কৎলি হায়বা ঐহাক তাজৈ। ঐহাক্তি ইরমচৎ চুমদবা খ্বাইদগী পাংদ্রবা নিংথৌনি, ঐগী লৈপাক্কী প্রজাশিংসু জ্ঞান তাদবনি। শ্রীচৈতন্যগী সেবা করি করম্না তৌবা হৌনবগে ? মরম তাকপিয়ু মহাশয়। নিংথৌগী বা তাবদা ব্রাহ্মন্না তাকপিরকই—তাবিসি হে মহারাজ! শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী সেবাদা অকক্নবা চাং লৈতে। লুপা লাখ ১ চংনা কৎপসু য়াই, অতুগা শেল খজিক্তনসু য়াই অতুবু খ্বাইদগী লুরিবদি ভক্তি অমসুং থরায় য়াউবগী মথৌদি তঙাইফদবনি। পুক্নিং, থরায় য়াউনা য়াম্না থাজনা

মধু নারিকেল আদি কদলির ফল ।
তুলসী পত্র আদি আনিব দিব্য জল ॥ ৬০
ইষ্টমণ্ড লয়ে আর ব্রাহ্মণ আনিবে ।
রাত্রিয়োগে সেবা তবে আরম্ভ করিবে ॥ ৬১
তাম্বুল কর্পূর আদি আসন পাতিব ।
সব দ্রব্য দিয়া তবে ভোজন সাজা হৈব ॥ ৬২
শাস্ত্রমতে এই কথা যে গ্রন্থ লিখিযা ।
আলাপিবা সভামধ্য ভক্তি যুক্ত হৈয়া ॥ ৬৩
শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ অদ্বৈত চরণ ।
উদ্দেশিয়া বৈষ্ণব করিব নিবেদন ॥ ৬৪
সবে মেলিয়ে করিবে নাম সংকীর্ত্তণ ।
দণ্ডবৎ করি প্রসাদ করিবে ভক্ষণ ॥ ৬৫

---

সন্ধ্যা গৌরাঙ্গী মতমদা পূজা পাঙ্থোকপিয়ু । পুক্লিং চংনা তাবিয়ু মসিনি মীয়াম তিন্দুনা শ্রীশ্রীগৌরগুণামৃত লাইরিক তাবা হায়বসি । ঙমদবা তারবসু লন্নাই সেবা তৌবা য়াই, অথুম-অহাঙ লড়ু-বেড়া, য়াউদ্রবসু লাইরিক্তি তাগদবনি । ৫৪—৫৯

খোইহী, য়ুবী, লফোই, হৈ লৈ, তুলসী পত্র, ঈশিং, কর্পূর, শঙ্গোম-অফম্বা, শঙ্গোম-অনৌবা, চেংগী য়াম, ধুপ-থাউমৈ, বত্তি, আসন অমসুং পানা (ক্বা) অসিনচিংবা লোইননা দক্ষিণা য়াঙগনি । অসুম্না ভক্তিগা লোইননা কৎলবা প্রসাদি ফংজগদবনি । ৬০—৬৫

---

অকুপ্পা মরু ওইনা পূজাদা চংগদবা পোৎলম লমায় ২১ দা য়েংবিয়ু ।

কাল পূর্ণ হবে যবে হৈবে মরণ।
বৃন্দাবনে যাইবে কিবা বৈকুণ্ঠ গমন॥ ৪৩
ইহ লোকে দারিদ্র, নাহবে কোন জন।
ঘরে ঘরে কর সেবা চৈতন্য চরণ॥ ৪৪
কলি সম পাপাচারী নাহি কদাচন।
কলি অশ্বমেধ ফল হরি সংকীর্ত্তণ॥ ৪৫
সংকীর্ত্তণে শিরোমণি চৈতন্য গোসাঞী।
তার সেবা বিনা কলি আর ধর্ম্ম নাহি॥ ৪৬
গৌর বিনে কলি কালে কেবা হবে বন্ধু।
তার নাম শুনি পাপ পড়ে ঘোর অন্ধ॥ ৪৭

---

ইংনা পুন্সি শাংগ নি, মৃত্যুগী মতমদা (শিরগা) বৃন্দাবন ধামদা নত্রগা বৈকুণ্ঠ ধামদা লৈরুগনিয়ে অপাম্বগী মতুং ইন্না। য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংদা শ্রীচৈতন্যগী সেবা তৌহল্লু। লৈত-লাইরবা মী অমত্তা লৈররোই। কলিগা মান্ননা পাপ চেনবা কৈদস্লু লৈতবনি। কলি যুগ অসিদা হরি সংকীর্ত্তণ তৌবতনা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবগী ফল ফংই। সংকীর্ত্তণগী মকোক্তি শ্রীগৌরচন্দ্রনি। মরম অসিনা শ্রীগৌরচন্দ্রগী সেবা তৌবা নত্তনা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমা কলি যুগ অসিদা লৈত্রবনি। কলিগী মতম অসিদা. শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু নত্তনা, মীওইবগী অতৈ মরুপ লৈতে। শ্রীগৌরাঙ্গগী নাম তারগা পাপ মথল থিবিক কোকচগনি। শ্রীগৌরাঙ্গ হায়বা নাম (মমিং) অসি মঙ্গলগী মশক্তি, মরম অসিনা হে নিংথৌ! শ্রীগৌরাঙ্গগী নাম শোল্লু, নিংথৌগী রাবা দশা পুন্নমক শ্রীগৌরাঙ্গনা কোকপিরক্কনি। ৪৩—৪৭

শ্রীচৈতন্য মঙ্গল নাম জপ মুখ ভরি।
সর্ব্ব অনিষ্ট বিনাশ করে গৌরহরি॥ ৪৮
মারিভয় রোগের আর নাহি ঔষধি।
রাজ্য সনে ভজ রাজা পদ গৌরহরি॥ ৪৯
এত শুনি চন্দ্রসেন বলিতে লাগিলা।
মোর ভাগ্যে দ্বিজবর দরশন দিলা॥ ৫০
যেই কহিলা গোসাঞী সব সত্য হয়,
মদোন্মত্ত হয়া সেবা না করি নিশ্চয়॥ ৫১
অচেতন হৈছে মুই জানিলু বিশেষ।
তোকারণে, পিশাচ লাগিল মোর দেশ॥ ৫২
মোর দেহে অচেতন চৈতন্য করিয়া।
মোর রাজ্য চেতন করাইয়ে মহাশয়॥ ৫৩

---

মহা-মারী তৌহুনা মী শিরিবা অসিগী অতোপ্পা হিদাক অমা লৈতে, লৈপাক হুপ্পা শ্রীগৌরহরি পূজা তৌবতনা মহা-মারীগী ঔষধিনি খংবিয়ু হে রাজন! ব্রাহ্মণগী পাউতাক য়ারী অসি তাবদা চন্দ্রসেন নিংথৌনা হায়রকই—ঐগী লাইবক ফত্তুনা ব্রাহ্মণ নহাকপু উনবা ফংজরে। ঠাকুরনা নিংশিংবিবা পুম্নমক চুম্মি। নিংথৌ ওইবগী ময়াই কাবনা, সেবা সেবিগী মরমদা করি অমত্তা ঐহাক নিংশিংলুদ্রে। নিংথৌ ঐহাক অসি থোইদোক্লা জ্ঞান তাদবা মীশক অমা ওইরে। মরম অদুদগী ঐহাক্কী লৈপাক্তা দেউল লাই ফত্তবা চংলক্লবনি ঠাকুর মহাশয়। ঐগী দেহে অমসুং লৈপাক্কী প্রজাশিংদা কৃপা তৌবিদুনা জ্ঞান তাদবা জ্ঞান তাহনবিয়ু। ৪৮—৫৩

কেহবা সম্ভাষা যদি করিতে না পারে।
তথাপি করিবে সবে যার তার ঘরে ॥ ৬৬
শ্রীচৈতন্য নামে সর্ব্ব অনর্থ বিনাশ।
যার তার ঘরে নাম করিবে প্রকাশ ॥ ৬৭
অভক্তের বশ প্রভু কদাপি না হয়।
ভক্তের অনন্তদ্রব্য পরমা স্বাতুময় ॥ ৬৮
তোমাতে কহিলু এই পুথি সমাচার।
দেশে দেশে ঘরে ঘরে কহর প্রচার ॥ ৬৯
যে পাইব এই পুথি নিবেক লিখিয়া।
আদেশ দিবে এই যে ভক্তিযুক্ত হৈয়া ॥ ৭০
শুনিয়া যেবা জন না করয়ে বিশ্বাস।
এই অপরাধে তার হয়রে সর্ব্বনাশ ॥ ৭১

---

অরা-অনা, দশা-লাংফম, কোকহনবা ওম্বা শ্রীচৈতন্যগী নাম অসি য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংদা প্রচার তৌবিয়ু শন্দোকপিয়ু। মনাই ভক্তশিংনা অওম্বা খজিক্তং কৎপা অহুদা ইবুংঙোনা পেনখি। ভক্ত নত্তবশিংদি থোইনা য়েংবিদে রাজন! ঐনা হায়রিবা বাগন পুয়মক অসি লাইরিক ওইনা লেংহুনা (ইহুনা) দেশ দেশ খুদিংদা থাবিখো অহুগা শন্দোকহনবিয়ু। শ্রীগৌরগুণামৃত লাইরিক অসি থেংনবা অমদি পাম্বা মীওইন। ভক্তি শ্রদ্ধা য়াম্না য়াওনা শন্দোকুনা তৌথিনবা য়াথংশু হায়দোকপিখো। মশিদা থাজদবা মীওই অহু শ্রীনিত্যানন্দদা লংজবগী দোষ ফংগনি. দোষ অহুমা মসম ওইনা-মী অহু পুম্নাং মাংহুনা লৈখা তাগনি। ৬৬—৭১

চৈতন্য বিমুখ জন অচৈতন্য হৈবে।
প্রেত পিশাচাদি তারে আশ্রয় করিবে ॥ ৭২
সেবা না করিয়া যে বা অবজ্ঞা করিবে।
চোর দস্যু গণে তার সব ধন নিবে ॥ ৭৩
রাজ দণ্ডি দিবে তার বিনা অপরাধে।
অকস্মাৎ সেই মূঢ় থাকিব প্রমাদে ॥ ৭৪
অগ্নি দহিবেক তার যত অন্তপুর।
মারি ভয় সবংশে যাইবে যমপুর ॥ ৭৫
এই কহিলাম রাজা সেবার কারণ।
করহ সেবন হৈয়া সর্ব্বত্র কল্যাণ ॥ ৭৬

---

শ্রীচৈতন্যদা মাই ওন্থোক্লবা মীদি অশিবগা মান্নবনি। ভূত-প্রেত, লাই ফত্তবনা মঙোন্দা চংগল্লি। শ্রীচৈতন্যগী সেবা তৌদবা, থওইদবা, নিন্দা তৌবা, মীওই অতুগী মরল মথুম লৈজবা খিবিক মফম-মরাং খংদনা হুরান-চিন্থিনা লৌথোকপিহনা অরেম্বদা মাংই। কনাগুম্ব মীওইশিংনা, মাগী মরাল লৈতনা অঙম্বদা পাউ তমহনা নিংথৌ দণ্ডি কংই। ইখং-খংহৌদনা থুদোংথিবা অপাইবা দশা নংনি। মৈহৌ-লাংপোক অমদি লাংফম তৌগাল্লি, অনাবা অমদা শাগৈ-নাতৈ য়াওনা ফিভম শোকহল্লি শিবস্নু য়াওই। হে রাজন! নংনা মরিক চুম্নবা নিয়ম অসিগী মতুং ইন্না শ্রীচৈতন্য প্রভুগী সেবা তৌবিয়ু শোইদনা রাজ্যগী মঙ্গল ওইগনি মাই পাক্কনি। ৭২—৭৬

যেমন সম্পূর্ণ হৈবা করহ যতন।
এই নিত্যানন্দ অতি কপট ব্রাহ্মণ॥ ৭৭
নিজরূপ দেখাইতে মনে ইচ্ছা হৈল।
রাজারে তখন নিজরূপ দেখাইল॥ ৭৮
অদ্ভুত আচার্য্য রূপদেখি আচম্বিতে।
বিভুল হৈল রাজা পড়িলেন ভুমিতে॥ ৭৯
অবধূত আচার্য্য দেখি চমৎকার।
রাজা এ দেখিল যেন বিদ্যুৎত সঞ্চার॥ ৮০
দেখিয়া হৈল রাজা বিভুল মোহিত।
নিত্যানন্দ প্রভু তারে ধরিলা ত্বরিত॥ ৮১
স্থির হন রাজা চন্দ্রসেন মতিমান।
আমি নিত্যানন্দ বলি হৈলা অন্তর্দ্ধান॥ ৮২

---

পুক্লিং শেংনা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী সেবাদা মতোল লোয়্না ওয়বা হোৎনবিরো। অস্নুয়া ব্রাহ্মণ শাজিন্নবা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা চন্দ্রসেন নিংথৌগী মমাংদা রা অসি হায়বা লোইরগা, নিংথৌবু কুপা তৌবিরগে হায়বগীদমক, নিত্যানন্দ প্রভুগী নিজরূপ (শক্তম) দর্শন ফংহল্লগে খনবিদুনা চন্দ্রসেন নিংথৌগী মমাংদা শ্রীনিত্যানন্দগী কৌপিন বেশ ধারী অমদি শ্রীহস্তদা দণ্ড কমণ্ডলু পায়বা অবধুত রূপ ফোংদেরক্লে। মফম অদু পুমঙান ঙানখরে রাজা ইথং-থংহৌদনা প্রভুগী নিংথিজবা শ্রীমুর্ত্তিবু দর্শন হেক ফংজবগা চন্দ্রসেন রাম্থহনা লৈমাইদা তুরে, অঙকপা ফংই নোংথাং কুপ্পগুম ওইনা উখি মমিত্তা,

চেতন পাইয়া রাজা না দেখি প্রভুরে।
শিরে কর হানি তবে কান্দে উচ্চৈ স্বরে ॥ ৮৩

দীর্ঘ ত্রিপদি। কান্দে রাজা নরনাথ,
শিরে করি করাঘাত, প্রভু মোরে দিলে মহাতাপ।
কিন্তু অভাগ্য আমি হাতেতে পাইয়া নিধি,
হারাইনু বিধি হৈলা বাম ॥ ৮৪
পূর্ব্বে বৃন্দাবন ধাম যার নাম বলরাম,
কৃষ্ণ সঙ্গে যাহার বিলাশ।
কটাক্ষ ইঙ্গিত যার, সর্ব্ব দেব অবতার,
বিশ্ব সৃষ্টি করিলে প্রকাশ ॥ ৮৫

---

শ্রীনিত্যানন্দনা চন্দ্রসেন নিংথৌবু ইরেন কোনখত্তুনা পোখাহল্লে। চন্দ্রসেন অসুন তারক্তে (লাক্তে) "ঐ নিত্যানন্দনি" হায়না হায়রম্লগা প্রভু অদু স্বায় মাংখরে মফম অদু থাদোকপিখরে। ৭৭—৮৩

রাজা চন্দ্রসেন অসুন লান্নবদা মাগী মমাংদা নিত্যানন্দ প্রভুনা স্বায় মাংখিরবু নিংগুমহৌদবনা, লাইবক্তা থুহুম গুনা গুনা খোঞেন বাংনা তেংথারহুনা কপ্পা হৌরকখি—"ঐ অসি কয়াদা লাইবক থিবনো, ইখুত্তা পায়রা মণিবু কয়া লাইনা মাংহনপ্রবনো? বিধিনা ঐবু ওহোক্লা তাখিবিপ্রবোইরে।" অসুম হায়রহুনা চন্দ্রসেননা কপখি। মমাংদা শ্রীবৃন্দাবন ধাম্নদা শ্রীকৃষ্ণগা শান্নমিন্নরম্বা অমুময়াম্বা বলরামনি। মহাক্তা ইঙ্গিৎ তৌরুবগী লাই ময়াম পুম্বা ভক্ত ওইনা (শাইওন্দুনা) তাইবংপান অসি শেম্বিখিবনি। ৮৪—৮৫

যোগীন্দ্র মুনিন্দ্র গণে, ধ্যান করে রাত্রিদিনে,
যার পদ না পাই ভাবিয়া, ব্রহ্মা আদি দেব যারে।
সাক্ষাতে দেখিতে মার, মোরে কৃপা কৈলে কি লাগিয়া ॥ ৮৬
যেই কল্পে বৃন্দাবনে খেলা কৈলা কৃষ্ণ সনে,
দুই ভাই জগতের সার সেই দুই কৃপা করি।
নিত্যানন্দ গৌরহরি, কলি জীব করিলা নিস্তার ॥ ৮৭
চৈতন্যের তনু সঙ্গে, অবধুত বেশ রঙ্গে,
দুই ভাই একই শরীর। মুঞী মূঢ় ভক্তি হীন,
নাভজিলু কোনদিন, তাকেস্মরি প্রাণ যায় চৌর ॥ ৮৮
ভক্তি হীন দেখি মোরে, যমরাজ দণ্ড করে,
সর্ব্ব রাজ্য করিল বিনাশ। আমা বিপক্ষ যত,
তারে বা কহিব কত, নাহি মোর জীবনের আশা ॥ ৮৯

---

অথোইবা যোগী অমদি মুনি কয়াশিংনা অহিং নুংথিল নাইদনা ধ্যান তৌবনকস্সু ইবুংঙো মহাকী শ্রীচরণ ফংবা ঙমদে। ব্রহ্মানচিংবা লাইয়াম্সু অমুক্তং উজনিংবা ফংনদে ঐবুদি ইরাই-লাইনা দর্শন পিনবিররে, করি লাইবক ফবদগীনো? জগৎকী মনুংদা লাইয়াম মনুংদগী হেন্না চাউবা লাই "রাম কৃষ্ণ" অনিনা মহানমুকী কপ্পা অমদা শ্রীবৃন্দাবন ধামদা লীলা শাম্মিরম্মি। মচিন-মনাও অনির্ক্কা অদুক, কলি যুগ অসিদা, জীব কায়বিগে হায়দুনা নিত্যাই গৌর ওইনা অবতার তৌরবনি। "নিত্যাই গৌর" অনি অসিগী মশক মমিং তোঙাক্লকস্সু জাত্যাদি অমত্তনি, নিংথৌ ঐ নিত্যাই গৌরগী চরনদা ভক্তি লৈবো, অমম্সু সেবা তৌদবনা "অপংবা" নি

দেখি প্রভু দুঃখ মোর, কৃপা করি আইলা ঘর,
বিধাতা বিমুখ হৈল তাতে।
বিভূল করিয়া চিত, কৈলা মোরে মুর্চ্ছিত,
চক্ষু ভরিয়া নাহি দেখিতে ॥ ৯০
এত বলি নৃপমণি, মুর্চ্ছিত হৈলা পুনি,
দেখিয়া ধরিলা সর্ব্বজনে।
দীন হীন দাস কয়, শুন রাজা মহাশয়,
ভজ শীঘ্র চৈতন্য চরণে ॥ ৯১

---

হায়না হৌজিক ঐ খংজরে। পংজরুবগী, নিংশিংলুরগা থম্মোই কাইখরে। ঐ ভক্তি লৈতবা নিংথৌনি হায়দুনা শাওজরি, ঐগী লৈপাক্তা মহা-মারী নচিংবা থোকহন্দুনা লৈপাক প্রজা মাংহনবিরে অদুগা লৈপাকী য়েক্ল-তিংখং কয়া অমস্তু লৈরি। হায়দুনা (থাদুনা) লোইবা নত্রে ঐহাক হিংদুনা লৈগনি আশা তৌরুত্রে। ৮৬—৮৯

ঐগী অৱাবা উবিরদুনা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা ইয়ুমদা লেংবি-রক্লবদা বিধিনা অমুক য়ৈখাইরে, ঐবু জ্ঞান তাহন্দরে, পংথহল্লে। ইম্বিৎ অনি অসিনা পেন্না শ্রীমুর্ত্তি দর্শন ফংজহৌদ্রে। মসি হায়রগা চন্দ্রসেন নিংথৌ অদু অমুক রাম্বগ্রে। নিংথৌগী মনাই-মশন কয়ানা হোৎচিল্লকুনা সেবা-লাংবনচিংবা হোৎনখি। জ্ঞান অমুক তারদুনা হায়রক্লে—"হায় ওম্মোকপনিদা!" নিত্যানন্দ প্রভুনা, ঐহাক্লা নিংজবা থুংহনবিদরে। মতৌ অসুম্না চন্দ্রসেন নিংথৌনা রাখন অমুক থম্বরগা হায়রকই—"নত্তে নত্তে! প্রভুনা, ঐনা নিংজবা কাইহনবা নত্তে." বিধিনা ঐহাকপু দুংশিদবদগী ইথুত্তা পায়রম্বা

পদা—চেতন পাইয়া রাজা বিষাদ ভাবিয়া।
প্রভু নিত্যানন্দ মোরে বঞ্চিত করিলা ॥ ৯২
জানিলু আমার আজি বাম হৈল বিধি।
পাইয়া হারাইলাম রত্ন গুণ নিধি ॥ ৯৩
সাক্ষাতে যে প্রভু পদ সেবিতে নারিনু।
মনুষ্য জনম মোর বৃথা কাজ কৈনু ॥ ৯৪
এত বলি মহারাজা আদেশ করিলা।
নৃপমণি সর্ব্ব রাজ্যে লোক পাঠাইলা ॥ ৯৫
চৈতন্যের সেবা হেতু করিল প্রচার।
সর্ব্ব রাজ্য ঘরে ঘরে করিল প্রচার ॥ ৯৬
প্রভু আজ্ঞামতে রাজা করিলা সেবন।
সভা মেলি করি তবে হরি সংকীর্ত্তণ ॥ ৯৭

---

মণিবু ইরাই-লাইনা মাংহনবিগ্রবনি। হাকথেংননা প্রভুগী সেবা তৌজবা ফংজদ্রে, ঐগী মপোক অসি অরেম্বা তাথরে। ৯০—৯৩

অস্মুম তেংথাক্সরগা চন্দ্রসেন নিংথৌনা তেংথারুবনদি কান্নর-য়োই থনথিত্নুা বিদ্যাপুর লৈপাক্ত মী থাত্নুা প্রভুগী য়াথং থংহনথি লৈপাক অত্নগী য়ুমথোং খুদিং চংত্নুা, শ্রীচৈতন্যগী সেবাগী মরমদা শন্দোকখি মিংথৌগী মনাইশিংনা। চন্দ্রসেন নিংথৌনা পূজাগী পোৎলম কয়া লাংজত্নুা শ্রীচৈতন্যগী সেবা তৌজরে, সভা (মীয়াম) ভিন্নত্নুা হরি সংকীর্ত্তণগা লোইননা প্রভুনা তাকপিবা বিধান ইকাই-কাইদনা পাওথোকচখরে। ৯৪—৯৭

পাষণ্ড পিশাচ প্রেত যত মারিভয়।
শ্রীচৈতন্য নাম শুনি পালাইয়া যায়॥ ৯৮
অলক্ষ্মী ছাড়িয়া গেল লক্ষ্মী পর বেশ।
মহা সম্পদ পূর্ণ হৈল সর্ব্বত্র দেশ॥ ৯৯
সকল আনন্দ লোকে চৈতন্য বলিয়া।
মাসে মাসে সেবা করে হরষিত হৈয়া॥ ১০০
দুঃখ শোক রোগ নাহি অকাল মরণ।
আনন্দে করয় সেবা চৈতন্য চরণ॥ ১০১
শুনহ সকল লোক দৃঢ় ভক্তি করি।
চৈতন্য প্রভুর নাম বিঘ্ন হৈতে তরি॥ ১০২

---

শ্রীচৈতন্য প্রভুগী নাম্ তাবদা ভুত-প্রেত দৈউল নচিংবা তমথিলাই পুম্বা, চন্দ্রসেন নিংথৌগী লৈপাক থাদোক্তুনা চেনখরে। অলক্ষ্মীসু লৈপাক থাদোক্তুনা চেনখরে। মতম কুইনা লৈপাক থাদোক খিবা লাইরেম্বী লক্ষ্মী দেবী অমুক হ্ঙিনবিরক্লে। লক্ষ্মীনা লেংশিনবিরকপদগী বিষ্ণুপুর লৈপাক মুংঙাই-য়াইফরে। থা থা খুদিংদা য়াম্না হরাওনা মুনথোং খুদিংদা শ্রীচৈতন্যগী সেবা তৌনরে। অতুদগী চন্দ্রসেন নিংথৌগী লৈপাক বিষ্ণুপুরদা অরা-অনা, লাইহুং-তিনথুং অমত্তা তৌবিদয়ে। পুক্নি শাংনা ইংনা লৈথরে (শানত্রে), মরম অসিনা খ্বাই পুন্নমক্সু শ্রীচৈতন্যগী পূজা পাঙথোকপিগদবনি। মীপুম খুদিং অচৈৎপা ভক্তিগা লোইননা শ্রীচৈতন্যগী সেবা তৌহনা অমদি শ্রীচৈতন্যগী নাম শোল্লবদি অরা-অনা খ্রহৌনা দশা-লাংকম, তুরৈ ইরৈ চেনবা পুম্বা কৌকচরগদবনি। ৯৮—১০২

তার ভক্ত মহা লক্ষ্মী জগতে গোচর ।
কোন ধন দিতে সেই না হয় কাতর ॥ ১০৩

রাজ্য সনে মহা সুখী হৈলেন রাজন ।
অপুত্রের পুত্র হৈল দরিদ্রের ধন ॥ ১০৪

রাজ্যে রাজ্যে এই পুথি দিল পাঠাইয়া ।
সর্ব্ব রাজ্যে সেবা করে ভক্তি যুক্ত হৈয়া ॥ ১০৫

য়ার রাজ্যে মারিভয় অনিষ্ট আছিল ।
শ্রীচৈতন্য নাম শুনি পালাইয়া গেল ॥ ১০৬

সর্ব্ব দেব পুজিসে যতেক ফল পায় ।
তার শতগুণ ফল জানিবা নিশ্চয় ॥ ১০৭

---

সংসারগী (তাইবং পানবগী) মীওইনা থংলবী মমিং তারবী শ্রীলক্ষ্মী দেবীদি. ইবুংঙোগী মনাইনি। ইবুংঙো প্রভুনা চানবিরগা ইবেম্মা লক্ষ্মীনসু চানবিহুনা নির-নিরবা লল পিনবিরগদবনি। চন্দ্রসেন নিংথৌগী লৈপাক্তা থরা (মচা-মশু) লৈজদবা মীওইশিং ভয়া মচা ফংজরে। লাইরবা লৈতরে লন-থুম য়াংত্রে নুংঙাইনা লৈপাক্কী নিংথৌসু পাল্লে। লৈপাক লৈপাক খুদিংদা গৌরগুণামৃত হায়বা লাইরিক অসি শন্দোকথিহুনা (থাখিহুনা) লৈপাক খুদিংনসু শ্রীচৈতন্যগী সেবা, ভক্তি চেৎনা পাঙথোকনখ্রে। মহা-মারিনা উজার-মেলা শানা মাংহল্লবা, লৈপাক লৈপাক অহুদগী মহা-মারিগী লাই দেউল চেনখ্রে। শ্রীচৈতন্যগী নাম তাজবদা, লাই কয়া পূজা তৌজরুবগী মহৈ অহুদগী শরুক ১০০ হেন্না বংই। ১০৩—১০৭

অতএব সেব ভাই চৈতন্য চরণ।
আসে পাশে যত্নে এরে সেয় সর্ব্বজন ॥ ১০৮

প্রভু নিত্যানন্দ পদে অনন্ত প্রণাম।
যার কৃপাতে পাইনু চৈতন্যের নাম ॥ ১০৯

এই পুস্তকের গুণ আর বলিব কি ?
নাশে সর্ব্ব অমঙ্গল গৃহে রাখে যদি ॥ ১১০

গৃহি লোক নহি জানে সেবার প্রবন্ধ।
কৃপা করি আজ্ঞা দিলা প্রভু নিত্যানন্দ ॥ ১১১

শ্রীনিত্যানন্দ আজ্ঞায়ে সব হৈল প্রচার।
তাহাতে অবজ্ঞা করে মহা দুরাচার ॥ ১১২

---

মরম অসিদগী য়ুম্ য়ুম খুদিংদা থা থাদা শ্রীচৈতন্যগী সেবা তৌবিরো হে ইচিন-ইনাও প্রজাশা ! অসুম্না লাইরিক লেংবা কবিনা লাউজে। শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী চরন্দা মশিং নাইদনা খুরুমজে, মহাক্কী কৃপাদগী শ্রীচৈতন্য নাম ফংজরবনি। লাইরিক অসিগী মতিক মগুণ করি অমুক হায়রুগনি ? থাজবগা লোইননা লাইরিক অসি থম্বদা য়ুম অতুগী অরা-অনা (বিঘ্ন) পুম্বা কোকচৈ। শ্রীচৈতন্য প্রভুগী সেবাগী নিয়ম থংবা মীশিংদা নিয়ম থংহনবিনবা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা চন্দ্রসেন নিংথৌদা য়াথং তাকপিরম্মি। প্রভুগী য়াথং মকোক্তা হাপ্লুনা চন্দ্রসেন নিংথৌনা সেবা নিয়ম শরোকখিবা অদুদা থৌওইদবা মীশক অদুদি মহা পাপকী মশকি। ১০৮—১১২

স্বপনে হৃদয়ে দেবা যেবা করিব প্রচার।
সর্ব্ব জানিহ শোক বিঘ্ন নাহিক তার॥ ১১৩
মহাপ্রভু কৃপা হৈব নিশ্চয় তাহার।
লক্ষ্মী দেবী হরিষে থাকিবে তার ঘর॥ ১১৪
ইহলোক সুখ ভোগ করে সেই জন।
অন্তকালে হৈব তার বৈকুণ্ঠ গমন॥ ১১৫
বিষ্ণুপুর হৈতে যেহ সাধু লোক আইলা।
দেশ ভাষা রূপে গ্রন্থ লিখিয়া আনিল॥ ১১৬
সাধু জন দ্বারা গ্রন্থ আনিল এখানে।
নিজভাষা মতে লিখি রাখে জগন্নাথে॥ ১১৭

---

তাইবংপান্দা জ্ঞান তানা শ্রীচৈতন্যগী সেবা তৌজবগী ফলদি করি হায়গনি? জ্ঞান তাদনা মমংদা সেবা তৌরুবা য়াউবা মী অতুয়কীগু অয়া-অনা পুম্বা কোকপনি। মহাপ্রভুনা মী মহাক অহবু খোইদনা কৃপা তৌবিগনি. লাইরেম্বী লক্ষ্মী দেবীনা মহাকী য়াকুগী (য়ুমদগী) থাদোকপিরক্লোই। শ্রীচৈতন্যগী সেবাবু তৌরবদি, মীওইবগী মপোকশু মুংতাইনা পামগনি। শিরবশু মোক্ষ থাদ্দা লৈরুগনি। বিষ্ণুপুর লৈপাক্তা কোইরুবা সাধুশিংনা লাইরিক অসি মথোই মকোইগী মরোলদা শিন্দোকুনা পুজরকপনি। সাধুশিং অমুনা পুরকপগী জগন্নাথ এনা ঐগী ইরোল (বাঙ্গালা ভাষা) দা শন্দোকুনা লৌছোরকা মপিক চুরবা লাইরিকি। ১১৩—১১৭

জগন্নাথ নাম মোর গৌরদেশে স্থিতি।
স্বপনেহ তোমার পদে নাহিক ভক্তি ॥ ১১৮
পতিত পাবন নাম শুনি সাধু মুখে।
আশা করি উদ্ধারিবা দীন হীন মোকে ॥ ১১৯
এই বাঞ্ছা করি প্রভু চরণে তোমার।
এ ভব সাগর মধ্যে করিবে উদ্ধার ॥ ১২০
ওরেরে ! কলি জীব গৌরাঙ্গ কর সার।
গৌরহরি জপিলে বিপদ নাহি আর ॥ ১২১
প্রণাম করিয়া বলি যতেক ভকত।
শ্রীচৈতন্য পাদ পদ্ম করি দণ্ডবত ॥ ১২২

---

গৌরগুণামৃত লাইরিক অসি লেংবা (ইবা) ঐগী মিং জগন্নাথ কৌই গৌরদেশতা লৈবনি। শ্রীগৌরাঙ্গগী চরণবু ইমংদসু নিংশিংজরুদে অতুগা প্রভুদা ভক্তিসু লৈজদবা মীনি। ইবুংঙো নহাক্তি অতোনবা জীববু লানবি হায়না সাধুশিংগী মুখদগী তাজে, ননাই ঐনা নিজরিবদি অসিতনি। সংসার সমুদ্র অসিদগী লানবিনবসু হায়জরি ; হে কলিগী জীব ময়াম ! শ্রীগৌরহরিবু থম্মোইদা চেৎনা কোনজো। শ্রীগৌরহরিগী নাম জপ তৌরবদি করিগুম্বা মথল অমত্তনা চংবা (দশা ফত্তবা) কয়াশিংবু ঙাকথোকনি। শ্রীবৈষ্ণব জনগী চরন্দা জগন্নাথ ঐনা থুরুমজে। শ্রীচৈতন্য প্রভুগী চরণ থম্বালদসু অষ্টাঙ্গ দণ্ডবৎ কচ্চে। গৌরগুণামৃত লাইরিক মতাং

সমাপ্ত করিলু এই গৌরগুণাবলি।
গৌরহরি বোলা সর্ব্ব সাধু মুখ ভরি ॥ ১২৩
নিত্যাই চৈতন্য বিনে গতি নাই।
হরি বল বল বল হরি নাম ॥
শ্রীশ্রীকৃষ্ণচৈতন্য চন্দ্রায় অর্পণ মস্তু ॥

---

অসিদা মতোল লোমজরে। সাধু বৈষ্ণব খিন্নিক, শ্রীগৌরহরিগী নামবু শক-শোনবিরশি। ১১৮—১২৩

নিত্যাই চৈতন্য নত্তনা কনা লৈরোই মপোকসিদা অনিগী চরন্দা চংজরবদি রাধা কৃষ্ণ শোয়দনা ফংগনি।

শ্রীচরণ থম্বাল কাওমদবা মুংশিবদো কাওজদবা পিনবিয়ু। ননাইগী রোগ শোক ভয় কোকপিতুনা পেন্না শ্রীচরণ সেবাতদি ফংহনবিয়ুগবা। পামজরুবা নুংশিজবা শ্রীচরণ নাক্তা থম্বিয়ু, খংজদে হৈজদে লৈশি-লৈথোঞ্জবা পেনবিম্নবা নিকুঞ্জ মনুংগী অনিগী সেবাতদি ফংহনবিয়ু ননাইবু। মপোক মপোক খুদিংদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী নাম "রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ" কাওজদবা পিনবিয়ু, ভজনস্থু খংজদে সাধনস্থু হৈজদে পাপ তাপ লৌবিগনু অরান-অশোয় থিবিগনু (লৌবিগনু) হে প্রাণনাথ! জন্ম জন্ম খুদিংদা তব নামামৃত কাওহনবিনু ননাইবু। শ্রীরূপ মঞ্জুরী কৃপানা প্রেম গুরু শ্রীমতি রাধিকাগী শ্রীচরণ ফংহনবিদুনা ইবুংঙে, ইবেম্মা শ্রীরাধাগোবিন্দগী যুগল চরণ সেবাতদি পিনবিয়ু নিজরি। হরে কৃষ্ণ······॥

—:(০):—

# কলঙ্ক ভঞ্জন

নোংমা নুমিৎ অমদা শ্রীমতি রাধাগা মরুংডো শ্রীকৃষ্ণ অমদি সখীশিংগা লোইননা জবাকুসুম বন্দা শান্নবা, কনাগুম্বী অমনা উরুবা খংখিবদগী কুটিলাদা তমথ্রে—ইতা ! নখোইগী ইনম্মা রাধাগী লিচৎ অসিদি জগৎকী (ঐখোই কুলবতী ওইবী) নুপীশিংগী ইজ্জৎ পুম্নমক লৈখা তাহল্লে। অসুম্না তম্নরবদা কুটিলানা মমাদা অমুক নৈরুরে। জটিলা মচাগী রাকৎ তাবদা শাওবগী মৈ হৌহনা মখুত্তা চৈ পায়দুনা থুনা য়াংনা চৎখরে··। খংগনিদো ওসিদি মাগী নন্দগী মচা কৃষ্ণ হায়বা তৌওম্বা অওাংদো লৈরমশন্নু চৈ অসি হেক তেক্লিবা ফাওবা ফুগেদো। মমা মপা অনিনা ঐবু ফাহুনা অরাকপ তাহল্লবসু অহু মওাইরে। অসি হায়দুনা জটিলা শাওনা শাওনা বন মাইকৈ তনখরে। জটিলা শাওরে মখুত্তা চৈ পায়দুনা কৃষ্ণ (ঐ) ফুরগনি খংলে, শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মা রাধাদশু ইঙ্গিৎ পিদুনা খংহল্লে

জটিলা শাওবা হন্দে চৈ থাঙ্গত্তুনা য়ৈরগে ফুরগে হায়না হেক য়েংলকপা মতমদদি "শিব হইলে" মহাদেব ওইখরে। রাধানা—ওঁ নমো শিবায়·····। অসুম্না পূজা কংলি। মহাদেবং মহাত্মানং মহাযোগি মহেশ্বর, মহাপাতক হরং দেবং মকারায় নমো নমঃ॥ হেক্তা খুরুম্মি। জটিলা ওাওই ওকই ভাব ইতা তাদনা মহাদেবদা খুরুম্মি। হায়রকই রাধাদা জটিলানা—ইবেম্মা পূজা লোইরবা নত্তরা ? রাধানা খুম্মি—লোইজরে। অহুদি চৎলসি ঐখোইসু, "নমো নমো শ্রীমহাদেবায়" অসুম্না মনি মমৌ অনিনা মহাদেববু খুরুমজরল্লগা, রাখন্দি ইচিং-চিংননা মফম অহু থাদোক্নুনা চৎখরে।

## শ্রীরাধাকৃষ্ণ জবাকুশুম বনে বিহরতি

(ক) কর্পূরাদে সলিল মভবৎ বৈতরণ্যম্বু তুল্যং,
বাস্যেগম্যং নদতি কঠিনং কোকিল যদ্‌পদোঽপি ।
বৃন্দারণ্যে কিরতি গরলং দুঃসহ শীতরশ্মিঃ,
নৈতদ্বাচ্যং সকৃদপি সখে সন্নিধৌ কেশবস্য ॥

(খ) যেনারূঢ়ং বিষধর শিরো ভূরি বক্তব্য মস্যৎ,
কিম্বা করি স্তন গিরিবরা রোহনঞ্চ শ্রুতং তৎ ।
উৎপন্নস্য প্রিয়তম পদা তেন ভীতিঃ তবাস্তে,
কোবা ব্রুয়াদিতি হি সদৃশং কারণে নৈব কার্য্যং ॥

---

কর্পূরগ. য়াম্নবা ঈশিংনা মনম কোক্তবগুম হায়বদি চেনবগুম বৈতরণি তুরেল ঈশিংগা পাঙ্‌খক্লি। রাহৈগী খোম্হোক্লা প্রনাগ তৌজবা ওয়্নবস্থু কোকিলগী কুহু হায়বা খোঞ্জেলবুস্থু খোইমুশিংগী গুণ গুণ হায়বা খোম্থাংবুস্থু কল্লবা বজ্র তাবগী খোঞ্জেলনা মহোল্ল । অমৃত চেনবা রাহৈনা ফজনা শিংথারবস্থু, জগৎ শিন-থুংনা অমৃতগী নোংচুজরবস্থু অমৃতগী মশক ওইবা থাজনা ওাঞ্জরবস্থু, শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী অমৃত বানি ফংজদবা বৃন্দাবন অসিহুগী নোং তাবগুম অরা মৈচাক ফংগুম্মে। শ্রীকৃষ্ণ বিরহ কল্লিদকো, (কনখ্রেদবো কৃষ্ণ কাইনা মৈ) রাজরবী ননাই রাধানা বৃন্দাবন শিন-থুংনা "রসিক নাগর শ্যাম রসিকা সহিত" শাম্নজবদো, লানওমত্রবা রাংলব লাম্মৈগী চীংনা মরক খনখরেদো। "দুখিনী ভাইগিনী সদায় কলঙ্কিনী মনের দুঃখের কথা।"

হে বৃন্দাবনেশ্বর ইবুংঙোগী শ্রীচরণ চিহ্ন ! জগৎ জীব লানবিরিবা ইবুংঙো ননাইনা করি অমুক হঙৎচখিগনি ? লানঙমত্রবা সংসার ঈপাক লানবিবদা হি ওইবিরিবনি। নোংগী মশক ওইরগা পাকত্রবা সমুদ্র লানবিরিবা হি হোনবনি, মরম দি—অসিগুম্বা শ্রীচরণ চিহ্নসি বিষধর হুবু অমৃত ওনহল্লগা থকখিবা। নিলকণ্ঠ ভগবান মহাদেবনা মকোক থক্তা হুম্না হন্না হাপচত্রবনি। অমুকস্তু গিরিরাজ গোবর্দ্ধনবু ওইগী খুদোল্দা হাপ্পুনা, অঙাংনা ছাটিন মচা খনবগুম হুগিং তরেৎনি চুপ্পা ধারণ তৌহন্না বৃন্দাবন বাসী পুম্নমক কনবিত্রবনি। মপুক লাম্নবা অঙাংনা কপ্লবদা মমাগী অমৃতনা থেম্বগুম, অমুক্তি পাক-চাওত্রবা গোবর্দ্ধন মাগী থক্তা নেত্তুনা বন্দীবল্লাও সখা থখিক কোইচেন চেল্দুনা শান্নরিবনি। হে ব্রজগী মবুংঙো ! ইচিন অমত্তা পানবা ননাইনা করম শিংথাজগনি ? অসিগুম্বা শ্রীচরণ সেবাগীদমক শ্রীবৃন্দাবন আসদা পোকহনবিখিবা ননাই নত্তবরনে ? "তুমি গেলে সুনিশ্চিত আসিবেন হরি।" নোংমদি মধুপুর বৃন্দাবন্দা লেংগনি (চৎকনি) হায়না তাকপিখিবদো শোইদনমকস্তু লেংবিত্রবনি হে হরি ! কনা ওইবীগী মকমদা। অসিগুম্বা অন্না-মৈচাকসিগা মান্নবা অনা নৈরনখিগত্রা প্রাণনাথ ? প্রাণনাথগী কাইনা মৈচাকসি থাংবদা ননাই রাধাদি লাম্মৈগী চীংনা মরক খনগ্রেদকো।

* * * * * * *

ব্রজেশ্বরী রাধাগী অরাথৈ কোকহল্লগে হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা অনাবগী মওংদা তুমিন্না লৈখরে। যশোদা রাণী মমানা কৌই—ইমাগী গোপাল কৃষ্ণ……।! হন্না হন্না কৌবদা কৃষ্ণ থুমখিদরে। মতাং অসি য়ৌরক্লবদা (ওইরক্লবদা) মচাগী মৈচাক্লা "নন্দ রাণী সবে ব্যাকুল কান্দিয়া" কপ্ল-কপ্লদুনা বিলাপ তৌরক্লে—"তুমি আমি শোকে ভাসি সেভাব দেখিয়া।" নন্দ মহারাজসু চেল্লকলে উরে মচাগী ফিভম য়েংই, কৌই—কহুয়ালাল! ইপাগী গোপাল কৃষ্ণ! মচা কায়নরবী ষষ্ঠীগুম, নন্দ যশোদা তৌফম খংদ্রে কৃষ্ণগী অবস্থা উবদা থোইনা হেন্না অরাবা ওইখ্রে। ময়াম্বা বলরাম চংলকলে নন্দনা হায়—"চক্রীর চক্রতা বুঝে সাধ্য" বলরাম করম তৌগনি? চৎলুনে নংবু……মাইবা অমত্তুদি থিরুনে। বলরাম য়াম্না ফিংনা চেনগ্রে……। "অকস্মাৎ আসি এক বৈদ্য উপনীত" রাধা কুণ্ডগী মৈরম পাংবদা মাইবা অহল অমা, চৈশু অমা পায়দুনা লাকপা বলরামনা থেংনরে। মাইবদুনা (হায়রকই) হংলকই—ইবুংঙো নংনা অদুক ফিংনা চৎলিবদু করি তৌরবগেনে?

মাইবগী রা তাবদা বলরামনা ওনখত্তুনা হংলকই—ওঝা! নহাকপু মাইবরা? মাইবা ওইরবদি ঐগী ইনাও কৃষ্ণ কন্না নারে অমুক্তদি য়েংবিয়ু লাক্লো ঐগা লোইননা চৎলসি। অস্তুন্না মাইবগী মথুৎ পায়দুনা (চিংদুনা) পুখরে। নারিবা কৃষ্ণগী নাক য়ৌরে, কৃষ্ণগী হকচাংদা শিৎ শিৎ নান্দুনা য়েংই মাইবনা "দেখিয়া কৃষ্ণের রোগ কহিল ত্বরিত।" এ! নারিবা লাইনাসিদি করম তৌগনি লুখরেদা? বলরামনা হংই—ওঝা মাইবা করি করম তৌগনি?

তাকপিয়ু ঐখোইনা করি তৌজগদবনো ? মাইবনা হায়রকই — "ঔষধি আছয়ে কিন্তু অনুপান নাই" শুম তৌবনি······লাইনা অসি খল্লা লুই, ফদগবা মরম অমদি লৈ। হে বৈদ্য। তাকপিয়ু করি ? তৌরগা অনাবসি ফগদগে ? অসুম্না হন্না হন্না শ্রীকৃষ্ণগী অনাবা হংলক্লবদা মাইবনা খুম্মি অমসুং হায়রকই —আ···! লমদম অসিবু "এই হেতু একজন সতী নারী চাই" সতী ওইবী লুপী অমত্তংদদি লৈ-লাকপ্রা ? লৈরবদি অনাবা ফগদবা মরম অমা লৈ।

আ! লৈনি লৈনি সতী······"যমুনা হইতে জল আনিয়া সে নারী, ঔষধি বাটিয়া দিলে বাচাইতে পারি।" বৃন্দাবন্দা সতী য়াম্না লৈগনি। বা অসি তাবদা বৈদ্য (মাইবা) না হায়রকই— য়াম্না লুংঙাইরে, সতী য়াম্না লৈরবদি শোইদনমক শ্রীকৃষ্ণগী লাইনা মশক খংহনা য়েংবদা ফরগনি।

অদুদি···বৈদ্যজি! মাইবা মখা করন চথবিগনি তাকপিয়ু! মাইবনা হায়—"সেই সতী নারী যমুনার জল সহস্র ঝারির জল আনি দিতে হবে" অসিনি সতী ওইবী মহাক্না চফু মখুল লিশিং অম্না হুৎপদা যমুনাদগী ঈশিং য়ুহন্দনা পুরক্লগা পিরবা অদুনা ঔষধি ওইহনা অনাবা ফগদবনি। মরম অসিদগী নাহুনা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণবু ফহনবা পাম্বা সতী য়াম্না শিংথানরক্লে। মহৈ মহৈ সতী ওইনিংবী মনা লৌনিংবী য়ামখরে, অমা থোক্লকই য়াদে, অমনা তৌই ঙমদে, পুন্নমক অরেম্বদা তারে। মমৈদা বনাদা তারে "জটিলা কুটিলা" মগুণ লৈবী সতীনি ঙাংনরক্লে। জটিলানা তারে মহাক হরাউরে যশোদা রাণীনা ঝারি (চফু) পুরক্লনা পিখরে হরাউ হরাউনা জটিলা যমুনাদা "সতীত্ব দেখিতে সঙ্গে নারীগণ ধায়, ঝারি দিবো দৃষ্টিরহে

সর্ব্বজন, প্রথমে জটিলা দর্পে দর্প করি জলেতে ঝারি ডুবাইলো, দেখিয়া রমণী গণ হাসে।" মতৌ অশুম্না জটিলানা সহস্রধারা পুখৎলকপদা ঈশিং য়ুথরে মাইথিবে। মথংদি কুটিলাগী পালি তারে, সহস্রধারা পুত্না চৎখরে। মহাক্না খল্লি……ঐগী ইমানা মাইথিরবসু ঐদি করিগী ওম্লোই, পুম্নমক্না হায়নরিবনি ঈশিং থম্না পুরক্কনি। "আপনি লইল ঝারি মায়েরে নিন্দিয়া" মমাদগী হেনগনি হায়না নাপন চাওনা চৎখিবী কুটিলা ওমদারে। কুম্মৈ য়েংলিবী লুপী ময়াম্মক্না ফাক ফাক নেক্লে। মাইথিরবী কুলিলা চফু পায়তুনা ঈশিংদা থাদখরে, শাওনা শাওনা চৎখরে। মাইবা চিন্থিবদো মমাইদা চফুনা পোপ পোপ হেক থারবসু পেল্লরোইদা।

লাইওং খংদমা (মফম খংদনা) নারবা মচাগী মৈনা মৈশা লাংলবী অঙাওবীগুম্লবী যশোদা মমান। মচাগীদমক্তা ঈশিং পুরকপা পামখি। "চাতকী কৌবা পক্ষিনা ঈশিং খৌরাংনা ঙাইবগুম্মি।" "নিজে নন্দরাণী জল আনিতে চাহিল, তবে নন্দরাণী রোদন করে কাতর হৈয়া।" অম্মুম্না কপ্ল-কল্লতুনা যশোদা রাণীনা—হে মাইবা! ইচাগীদমক্তা মমা ঐহাক যমুনাদগী জল লৌরুবা পাম্মেনে……। মাইবা (বৈদ্য) না হায়—জননী! রাবিরুখিগনুদ ঐ অমুক্তা মুম্না য়েংজখিগে। বৃন্দাবন অসিদা "র" না হাদি অক্ষর ওইবকাদি লৈতবরা? বৈদ্যগী রাদা মহৈ মহৈ হায়নরকই—রমা, রঙ্গিলা, রবি, রঙ্গী, রমনী। নত্তে নত্তে মখোই কনা অমত্তনা সত ওইবা য়ারোই য়ারোই হায়না হায়নরক্লে। ঙাইহাক তুমিন্না লৈনরুরবগী মতুংদা "রাধা" হেক পল্লকপদা রাধাদি লোইখরে লুতোম কাখরে,

ঐদি জগৎনা কলঙ্কীনি নি হায়নরিবীনি করম ভৌগনি রাখনসিনা রাধা রাখরে। যশোদা রাণীনা র'ধাবু য়েংলগা হায়রকই—রাধা! নং অমুক্তাদি যমুনাদগী জল লৌরুগবা। থরায় রাবদগী অস্তুম অস্তুম হেল্লক্তুনা রাধা কপ্পা কপ্পা—"ইমা নচাবু·····" যশোদানা মখা তারকই—সে সহস্রধারা পুরো চৎলে৷ লৌরুরে মঙ্গল ওইয়ুকো··· হে ভগবান! অমুক্তদি ননাই ঐগী ইচাবু কনবিয়ুগবা। অস্তুম্না যশোমতী রাণী মহাকস্তু মচাগী প্রেমনা রাজরী। মিৎলু পিরাংনা দেহ চোৎখরে। স্বর ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা যমুনাগী জল ঙাইরি।

মথুক্তা সহস্রধারা পায়ত্থনা যশোদাগী য়াথং পাংথোরুবা রাধা শ্রীকৃষ্ণগী দমক পুক্লিং রাজনা মঙ্গল ওইজগে খন্দুনা যমুনা য়ৌথরে। হে যমুনে! ইমানা কৃপা তৌবিহুনা প্রাণনাথবু কৃপা তৌবিয়ু। "নমো সত্ত্ব পাতক সংহন্ত্রী সত্ত্ব দুঃখ বিনাশিনী সুখদা মোক্ষদা গঙ্গা গঙ্গৈব পরমা গতিঃ।" খুরুমজরি হে ইমা! খুদক্তা পাপ পুম্বা কোকহনবী, অরাবা খিবিক মাংহনবী মিৎলেম্না গঙ্গা কৌবী গঙ্গে, অথোইবী, মোক্ষবু ফংহনবী, অরাববুস্তু কোকপিরিবী হে ইমা! হে জননী! পাপ চেনবী জগৎনা কলঙ্কানি হায়নরিবী রাধানা জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু নত্তনা অন্য দেবতা কনা নিংজদবী ওইজরবদি ননাইনা সহস্রধারানা যমুনাগী জল ফোংনা পুজরকপা ঙমহনবিয়ু। মতাং অসিদা শ্রীহরিনা ঈশিংদা ছায়া (মমি) ওইনা দর্শন পিবিখি। "স্তবে হরষিত কমল লোচন ছায়া রূপে জলেতে দর্শন দিলেন।" অস্তুম্না যমুনাগী গর্ভদা শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংজখি। শ্রীমতি রাধানা সহস্রধারা অত্থু যমুনাদগী জল মমাই থম্না পুজরক্তুনা

বৈষ্ণজি ওঝা মাইবদা শ্রীমতি রাধানা পিখরে। সহস্রধারা চফু মথুল লিশিং অমা হুংপদা পুরকপা জল মাইবনা লৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদা শিরদা হাপ্তুনা লাইরেংখি মন্ত্র যন্ত্রগা লোয়ননা।

শ্রীকৃষ্ণ লেংখংলক্লে লৈরম্লিবা পুম্নমক অৱাবা কোকনখরে। মতম অসিদা শ্রীমতি রাধিকাবু "কলঙ্কীনি রাধা" হায়বসি হায়নরি-যশিংগী দোষনি খংনখি। "দেখহ কৃষ্ণের অদ্ভুত ঘটনা, মহাসতী নাম ঘটিল রটনা।" নন্দ মহারাজ অমদি যশোমতী রাণীনা মচাগী অনাবা ফরবদা হায়নিংঙাই লৈখিদরে। রাধা কৃষ্ণগী অনয়ে রস মায়া মপোক্তা পোক্লবা জীব ওইবশিংনা খংদবনা "কলঙ্কীনি" নি হায়না ঙাংনখিবনি। হন্দক শ্রীভগবান কৃষ্ণনা শাম্নরিবা লীলাসে রাধানা কৃষ্ণবু মপান নাইদনা নিংঙ্গবা অমদি কৃষ্ণনসু রাধাবু মতম চুপ্পদা থাদোক্তনা লৈ খংনবগীদমক শাম্নবা অমৃত লীলানি।

মতাং অসিদা যশোমতী রাণীনা হায়রকই—ঙসিগী নুংঙাইরবা নুমিৎ অসিদা ইশাগী ইবেম্মা রাধে মং চংলো চাকশংদা চাক (লুক) হৌরুরো থোংলুরো। লৈরিবা ময়াম পুম্নমক নংমা থোংবা চাক চানিম্নহনা নুংঙাইমিন্নয়সি। অমুম্মা যশোদাগী রাধং মভুং ইন্দুনা রাধানা লুক হোত্নুনা ময়াম পুম্নমক ফংঙমজবা থৌজান কংজহনা অৱাবা কোকখি। বৃন্দাবনদা লৈরিবা নুপিজবা বৃন্দাবন বাসী পুম্নমক, ঐগী ভাংনা ফংজবা গোপাল কৃষ্ণ যতুমণি নাবা কয়বন্নিনা ঙসিদি করিনো খরদংসু চানিম্নরে, অসি হায়তুনা যশোমতী রাণীনা তিল্লিবা মীয়ামবু বিদায় পিখিং অন্নুজা পূর্ণানন্দা ফংখি। ইতি

—:(o):—

## শ্রীকৃষ্ণঃ যোগী বেশ দর্শনং কৃত্বা শ্রীমতি আক্ষেপতি

অস্মাৎ তস্যা বিরতি রথবা হেতু রন্যাদৃশঃ স্যাৎ।
অস্ত্যাদেবং ক্কচিদপি ফলং করণাৎ সন্নিধানে।
ক্লেশোস্মাকং মলয় পবনে মূর্চ্ছায়া চোপহারঃ।
উগ্রজ্যোতি কিরণ মিলনাৎ জায়তে চ প্রকাশঃ॥

---

মরম অসিদগী শ্রীকৃষ্ণ কাইনা মৈনা, দর্শন ফংদবদগী নোংমা নোংমগী চাকশিল্লকপা কনাদস্নু ফংখিদ্রি কদাইদস্নু ওইখিদ্রি। মৈচাকসি কনানা উখি—"অতি ক্ষীণা যমুনা নিশ্চিত" যমুনা দেবী মহাক্তনা উখি খংখি। "চিন্তা বিনাশন পুষ্টি কারণ, কারণের অনিকটে কার্য্য নাহি।" চিন্তা থাদোকপতনা দেহ নোইনবগী খুদমনি, কারণগা মরি লৈনব্রবদি থবক মঙ্গল ওইদে, হকচাংগা মৈগা নকনরবতদা নিংথম্বা কোকপনি। তাবিয়ুনে ইতারোই রাধাগী অৱা মৈদি······মৈচাক্কী মৈনা চাক্লবদা মলয়াচল চীংদগী শিংলকপা নুংশিংনা হেক য়েবদা জ্ঞান ফংতুনা হিংলকই হায়রিবনি প্রলয়গী মৈনা চাকপদি শিরবা দেহতথু চাকপ্রনি, প্রেমগী মৈনা চাকপদি থরাই হকচাং পুন্না চাকপনিদো। মঙালগা নুমিৎকা তিন্নরবদা অমম্বা কোকপা মহৌশানি।

হিমালয়গী মচানুপী পার্ব্বতীনা শ্রীনারদ ঋষিগী য়াথংদগী শিব মহাদেববু তপস্যা তৌজবদি······মপুরোইবা ওইনা ফংজখিদো। শিরগী অশাওবা মৈনা চাক্লবস্নু শিব পার্ব্বতী অনিদি প্রেম মিলন ফংখিদো। ওগো সখী বৃন্দে নং অমুক্তা থন্দুনা য়েংউনে।

ব্লাখল লাইনানা রাধিকা ব্লারে ঙাঙরে, কুপলে, লৈফুম খংদ্রে, ক্ষিভম কাইরে। খুত্তা শিরিবা খুজি কোমলে নাম্বোক্তুনা লৈম্যাইদা তারে। নোংমা নোংমগী শ্রীকৃষ্ণ বিরহ দশাদি কস্তুরী কুঙ্কুম অগরু চন্দনগুম অরা মৈচাক অস্তুম হেনগৎলকলে। "কলঙ্কীনি" রাধা হায়না মীয়ায়া শোন্নখিবা অসিনচিংবা কয়া খল্লু খল্লুরগা রাধানা পুক্লিং লৈতানা লৈবা ঙম্রক্তুনা মওন মওন খল্লকই······করি উপায় তৌরগা ঐগী অথিবা ব্লাহৈ অসি কোক্কনি? প্রাণনাথগী নাক্তা চৎলগা হায়জরুশিরা? হা বিধাতা! তোল্লবী রাধাগী অরাবসে পূর্ব্ব জন্মদা করি দোষ লংজরুবগী ফলনো হায়তুনা বিলাপ তৌখি।

নোংমদি ইবেম্মগী স্বপ্ন (মঙ্) দা মবুংঙো লেংলকলে······ ইবেম্মা রাধানা হায়জৈ ঐবু "কলঙ্কীনি" হায়নরিবা অসি অমুক্তদি কোকহনবিয়ু। মবুংঙো কৃষ্ণনা তারগা শাওতক তৌবা মাইথোং উৎলম্লগা তুমিল্লা করিমত্তা হায়রমদনা লেংখরে। অসিদগীসু অমুক শ্রীমতি রাধানা কৃষ্ণ কাইনা মৈচাক খংহেন হেনগৎখিবনি।

যমুনাদা চোংথতুনা প্রাণ থারগে খল্লি···রাধানা শিবসু ঙমদা যোগী বেশ শেৎলগা, যোগাসন্দা ফম্লগা, কুশুম কানন্দা কৃষ্ণ ধ্যান তৌজখ্রগে কনাবুসু হৌখ্ররোই কনাদসু তাকখ্ররোই হায়তুনা রাধানা থৌরাং হেক তৌরকপদদি মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা হে প্রিয়ে! হে রাধে! কৃষ্ণ ঐদি ঐগী অষ্টকাল লীলা ভঙ্গ ওইরেদো হায়না তাকপিরকই। "শান্ত কর রাজ নন্দিনী" অস্তুম্না রাধাবু থেমজিল্লয়গা মবুংঙো কৃষ্ণ লেংখি। শ্রীমতি রাধানা সখী ললিতা বিশাখাগা ব্লারী অসি শান্নখি মতাং অসিদা যোগী বেশ নিংশিংলকপা।

হৌখিবা কারণ খিবিক্তনা রাধা কৃষ্ণ উনবা ফংনদ্রে। মৈচাক হেনগৎনখরে, অষ্টকাল লীলা ভঙ্গ ওইরে। মতম মতমগী কুঞ্জদা শ্রীকৃষ্ণ লেংলকই কনা সখী লোইননা ইবেম্মা রাধা উখিদ্রে। রাধাগী প্রেমনা শ্রীকৃষ্ণ ভাউরে থাংবা ওমদ্রে, উপায় লৈত্রে ঐহাক হৌজিক করি তৌনি…। ঐহাক মহাদেবগী মশক লৌরগা যোগী বেশ শেংলগে রাধাগী নাক্তা ভিক্ষারি ওইদুনা রাধা উনরুরগে।

মতৌ অসুম ওইদুনা নাকন্দা ঝুলি য়াল, খুত্তা চৈশু পায়, কৃষ্ণ জটিলাগী শঙ্গায়দা লেংলকখ্রে। জটিলানা উরে থংলে ভিক্ষারি অমা লাক্লবনিনা ঐহাক ভিক্ষা হাপলগে, রাখল অসি খন্না খন্না জটিলা থোরকই। ভিক্ষারিনা হায়রকই—"বিধবা" (লুপ্রা) ওইবী মুপীনা পিবা হাপ্পা ভিক্ষাদি লৌজদে।" জটিলানা ভাইহাক খল্লগা অসুম্না হায়রকই—ইমেমগী ইবেম্মা রাধা মংকু তারবরাও ভিক্ষা লাকই ভিক্ষা হাপলরো লৈজবা খিবিক থাকলমদনা।

সতীত্ব ওইবী মওংদা রাধা ভিক্ষা হাপ্পা থোরকই মখল-মখা অচা-অথক পুথোরকুমা। মহৌশাদগী রাধাদি অন্য পুরুষ য়েংদে, অসিনা মরম ওইদুনা রাধানা ভিক্ষারিবু য়েংলুদে শ্রীকৃষ্ণ নত্তুনা। মতাং অসিদা রাধানা ভিক্ষা হাপকে হায়দুনা নোম্বরকপদা কৃষ্ণগী শ্রীচরণ হেক দর্শন ওইরকই। হিঃ অসিদি ঐগী ইবুংঙোনিনা…!! রাখলসিনা লমজিংদুনা শ্রীমতি রাধানা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু পেন্না দর্শন ফংজখি অসুম্না রাধা কৃষ্ণ অনি উনখি। মতাংসিদা যোগী বেশ লোইরে। ইতি

—:(০):—

# চৈতন্য ভাগবত

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-নিত্যানন্দাদ্বৈতচন্দ্রায় নমঃ

## মঙ্গলাচরণম্

শ্রীরাধা কৃষ্ণায় নমঃ। বৃন্দাবন দাস ঠাকুর গ্রন্থিতঃ।

আজানু লম্বিত ভুজৌ কনক বদাতৌ,
সঙ্কীর্ত্তনৈক পিতরৌ কমলায়তাক্ষৌ।
বিশ্বম্ভরৌ দ্বিজবরৌ যুগ ধর্ম্ম পালৌ,
বন্দে জগৎপ্রিয় করৌ করুণা বতারৌ॥

হিরন্ময়ং পুরুষং রুক্মবর্ণং প্রভুতং মহান্তং ভাগবতমীশং।
সানন্দ লীলারভসো সতৃষ্ণং চৈতন্য রূপং গুরু মহং বন্দে॥

জয়তি জয়তি দেবঃ কৃষ্ণ চৈতন্য চন্দ্রো,
জয়তি জয়তি কীর্ত্তিঃ তস্য নিত্যা পবিত্রা।
জয়তি জয়তি ভৃত্যঃ তস্য বিশ্বেশ মুর্ত্তে,
জয়তি জয়তি নৃত্যং তস্য সর্ব্ব প্রিয়ভক্তাঃ॥

---

শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুবু খুরুমজরি। কলি জীববু প্রেম ভক্তি পিনবিগে হায়না ব্রজ-বৃন্দাবনগী শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিনা অমত্তা ওইবীতুনা অন্তকৃষ্ণ বহি গৌর ওইতুনা, শ্রীধাম বৃন্দাবনদগী শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা সুরধ্বনি গঙ্গা মপান্দ, শচীরাণী জগন্নাথ মিশ্রগী শঙ্গাইদা অনিশুবা থাগুম ঙানবিরম্নিবা, শ্রীগৌরাঙ্গবু হম্না হম্না তোল্লবা

ননাই বৃন্দাবন দাসনা খুরুমজরি। প্রভু গৌরাঙ্গদি পাম্বোমনা আজানু লম্বিতনি মীৎ অনিনা সনাগী পুম্বুম্বা থম্বালগুম্বনি সঙ্কীর্তনগী মপুনি। ব্রাহ্মণ কুলদা পোকপিবনি, কলি যুগকী তোল্লবা জীব উদ্ধারগী জগৎ প্রিয় ওইবা নিত্যাই গৌরনি। মৈদা ফুদোংলবা সনাগী কুচুনি ভক্তশিংগী মবুংঙোনি। শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লীলা রসবু ফোংবিরিবা শাম্নবিরিবা, চৈতন্য শক্তম ফোংদোকপিরিবা গুরু দেব শ্রীচৈতন্য-নিত্যাই-গৌরনা নিত্য পবিত্র ওইরবা ইবুংঙোগী কীর্ত্তি নৃত্য (জগোয়) শাবিহুনা শ্রীবৃন্দাবনগী সখা সখী পুম্নমক প্রিয় ভক্ত ওইহুনা শ্রীনবদ্বীপ ধামদা ঙানবিররবা। অনৌবা থাবু ননাই বৃন্দাবন দাসনা হম্না হন্না খুরুমজে। হে প্রভু! তোল্লবা ননাইনা ইবুংঙোগী লীলাবু ইখুৎনা ইজরগা শ্রীচরন্দা কচ্চগে নিংজরুরে। পায়জরিবা কলমবু ইখুৎ পায়বিহুনা জ্ঞানগী থাউমৈ ঙালহনবিয়ু। সেবাগী (পুক্লিংগী) পত্র চেবাংদা ময়েক ওইবিহুনা পুর্ণ ওইনবিরো, কচ্চরি শ্রীচরন্দা তোল্লবা ননাইনা।

প্রভুগী লীলা অঙকপনি পুজা পুজি কয়া তৌহুনা থা অমা মপুং ফারে। নোংম নোংমগী ফজরে নুংশিবা হেল্লক্লে, "গুপ্তভাবে গোপালের প্রায় কেলি করে।" শ্রীকৃষ্ণগুম ওইরক্লে মীপুম কয়াগী পুক্লিং হুরে। নিলাম্বর পাণ্ডি পুংকম পিরে মতমনা, ইবুংঙোসে মানা অতোপ্পবা ওইরনি। নুপী কয়ানা শচী মাতাগা তান্নহুনা "নিমাই" থোরম্মি। নাম করণ তৌথরে অন্ন প্রাশন ওইররে ফিজেৎ লৈতেং সনা-লুপা মণি-মুক্তা খোংদা নুপুর খুত্তা খুজি-নাচি কয়া লৈতেংহুন। পুরক্লে, মপাবুং জগন্নাথ মিশ্রদা শচী মাতানা শিন্নরে।

জগন্নাথ মিশ্রদা হায়জে শচীরাণীনা—লাক্লো লেংলসি······ নিমাইগা লোইননা গোপাল দেব খুরুম্মুরসি অন্ন প্রাশনগী পূজাস্সু লোইরবনিনা। পুরোহিত, ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব পুম্বা কৃষ্ণগী প্রসাদীস্সু ফংহনা মুংঙাইনা সঙ্কীর্ত্তনস্সু তাহনা, আশীর্ব্বাদ তৌরহনা মহৈ মহৈ হন্নখ্রে। অস্সুম্না মীয়ামবু বিদাই পিথ্রবদা জগন্নাথ মিশ্রনা শচী মাতাদা হায়—ইচা নিমাইগী জগোয় য়েংলে উরে, অহুবুনে ইচাসে মঙোন্দা অরানবা তৌরুগনুকো থোইদোকপা মতৌ অমনি।

মতমনা অস্সুম অস্সুম হৌথিহনা নিমাই ষণ শারম্ববদগী কোইনা চৎলক্লে। মচাবু উবদা জগন্নাথ মিশ্রনা হরাওরহনা শচীরাণীদা হায়—য়েংউ প্রিয়ে নুংশিজ্রা ফজদ্রনে লাইগু,ম্মিনে। কাম কোটিবু হেল্লিনে মাইথোংনা, থোইনা মুনা লংনা চোইনা তাবা শয়াংনি। মাইথোং য়েংই মফজে। পাম্বোম অনিনা খুকউ তাজ্জিন য়োইদো, সনা অহিংবগুম য়েংবদা পুক্লিং হুই। ইচাগী নুপুরনা লৈতেংলবা শ্রীপাদনা লৈমাইদা চৎপদা ধ্বজ অঙ্কুশনচিংবা চিহ্ন কয়া কয়ানা লৈতেংলি য়েংউ রাণী অথোইবা লাইনা হেক ওইরকপনি হায়নৈনে কপ্পবদস্সু কৃষ্ণ কৃষ্ণ হেক পনবদা শোনবদা হেক্তা নোকই ইচাসে। অসিমক্না নিমাই হায়না খংনরিবনি। ঐখোইগী অরাবা খিবিক কোকহল্লুকো, জগৎ পুম্নমকস্সু মা মাগী নিংজবা পুম্বা থুংহল্লুকো।

মতৌ অস্সুন তৌনা জগন্নাথ মিশ্র অমদি শচীরাণী অনিনা মচাগী কুম্মৈদা অরা কোক্লাই কাউনরি। নবদ্বীপ বাসী পুম্বা নোংঙাল্লগস্সু লাক্লে থুংলরে। নুপী অঙাংশিং ওয়া তিল্লরে, খুবাক খুরে কোইররে হরি সঙ্কীর্ত্তন তৌররে। নিমাইনা ময়াইদা লৈরে,

থেক্কা জগোয় শারে লৈমাইদা ওনবগী নিমাই উফুলনা মশাদ। তৈরে, চেনশিল্লকই মমাগী তম্বাক্তা কাখৎলি। মীয়াম্না বৃষ্ণ বৃষ্ণ শোল্লি. য়াম্না ভাওই কনানস্থু ফাবা ওমদে. কনানস্থু শাওদে মচা ইবুংঙোনু। অথুম-অহাও, অচা-অথক, য়েল্লরে পুন্নমক পেন্নরে হরাওরে. মশক ফজ্জে হায়ড়ুনা গৌরাঙ্গ হায়নস্থু কৌরিদো। উবদা য়েংবদা শচীনা পেনবগী ওমখৈ লৈতরে ত্তিল্লিবা মীয়াম্না হরে হরে শোল্লি।

চহী মঙা চংলে, নিমাই বিদ্যারম্ভ তৌবদা মঙোন্দা ভাগবত লৌথোকউ থৌদাই নোক্লগা ইমুংদা চংখি। নুপুরগী খোঞ্জেল তাই রুনু ঝুনু··· রুনু ঝুনু··· পুক্লিং হুনা তুজুংই নুপুরগী খোঞ্জেল্লা নিল্লি। কদাইদগী, কদোমদগী, করম্না. অস্থুক নুংশিরবা মখোন তারিবসে? ওকই শচীরাণী জগন্নাথ মিশ্র অনিনা মচাগী লীলাদা। নিমাইনা ভাগবত পুরক্কুনা পিররে অড়ুবু তাথ্রিবা নুপুরগী খোঞ্জেল অড়ুদি মমা মপাগী পুক্লিংদা চিংনবা কোক্ত্রি। ইমুংদা চংলুই ধ্বজ বজ্র অঙ্কুশ ফিরান পাদ চিহ্ন লৈমাইদা তাহুনা লৈরম্মি। হা কৃষ্ণ! হা কৃষ্ণ! হায়না শেন্দুনা মপি তানা কপচৈ। শচীরাণী অমদি জগন্নাথ মিশ্র অনিনা খঞ্জে······ ঐখোইগী ইচানি শচী! নিমাইসে ঐখোই শোইদনা কৃষ্ণগী শ্রীচরণ কংলনি। মীওইনা পোকচবগী মহৈ য়াল্লগনি খন্দুনা পঞ্চামৃত পরমান্ন (শঙ্গোম ক্ষীর) নচিংবা কয়া শ্রীগোপাল কৃষ্ণ দামোদরদা কচ্চখি।

মতৌ অস্থুম তৌনা মখোইগী গৃহ য়ুমদা শ্রীহরি লেংশিনবিরম্মে হায়ড়ুনা ইমুং-মনুং পুম্বা পঞ্চামৃত চাইথোকই য়ুমথক্তস্থু চাইখৎলি। শচী মাতানা মচাবু চেজেৎ কোশিঞ্জে নিমাই! নিমাই! হায়না।

জগন্নাথ মিশ্র অমদি শচীরাণী অনিনা মচাগী বাল্য লীলা কুম্মৈদা নুংঙাইনা মুমিৎ কয়া নি লেপ্লিঙৈ, নোংমদি সুকৃতী কৌবা তৈংখিক (তীর্থ বাসী) ব্রাহ্মণ অমা লাক্লে। ব্রাহ্মণ অসি ষড়াক্ষর মন্ত্রনা গোপাল পূজা কচ্চবা মহাভক্তনি। শ্রীগোপালগী দেবগী প্রসাদী নত্তনা সুকৃতী চাদে, ব্রহ্ম তেজনা ঙাল্লি চিন্দা কৃষ্ণ শোল্লি অতোপ্পা য়াচোই অমত্তা ঙাংদে। প্রণতি করিয়া মিশ্র বলেন, বিশেষতঃ আজি পরম সৌভাগ্য, যে ইচ্ছা তোমার রন্ধনের স্থান উপস্করি। থোকউ থোকউবা মুমিৎ অতু মফম অতুদা অতুম লেপ্লি, চাদবগী য়াবা উদে য়াদে প্রসাদী ফংদ্রে থোইদোক্কে। মহাক কৃষ্ণ প্রেমদা ঙাওই হায়বা জগন্নাথ মিশ্রনা খংলে উরে। ব্রহ্ম তেজনা ঙাল্লবা সুকৃতী ব্রাহ্মণ উবদা ভক্তিগা লোইননা মিশ্রনা হায়রকই— হে ব্রাহ্মণ! লেংশিনবিরকসি। ঙসিসিদি ঐগীদা বিশ্রাম ওইবিরো প্রসাদী ফংবিরো লুক হৌবিরো হায়জখি।

"সুকৃতী শ্রীগোপাল কৃষ্ণ করোতু কল্যানম্" অসুম্না ব্রাহ্মণ সুকৃতীনা কৃষ্ণ শালগ্রাম লেংশিল্লে, ধ্যান তৌজরে, পূজা কচ্চরে, তুলসী পত্র তারে লুক কচ্চরে। "সম্মুখে গৌরসুন্দর আইলা- হাসিয়া বিপ্রের অন্ন এক গ্রাস খাইলেন" নিংজবা কুইরে কৃপা তৌবিরগে হায়না কৎলিবা লাংলিবা লুকী নাক্তা নিমাইনা লৈরে এক গ্রাস চখোম অমা লৌহুনা হাখরে। ভজন তৌরিবা সুকৃতীনা উরহুনা লাওরক্লে—"হায় হায় অন্ন চরি করে চঞ্চল বালকে।" অত্তংনা কৃষ্ণগী লুক মাংথোক্লেদনা করমনো···? "ভাত খায় হাসি শ্রীগৌরসুন্দর প্রভু" ব্রাহ্মণ সুকৃতীনা লাওবা তাবদা জগন্নাথ মিশ্র খোরকই য়েংই মচা নিমাইনা মিংঙাইদনা কমহুনা চারবদো উর্দে।

শাওবনা মৈ হৌরবা জগন্নাথ মিশ্রনা মচা নিমাইদা য়ৈরগে 'ফুবগে' হায়দুনা চংশিল্লকপদা, নিমাইনা—ইমা ! ইমা ! কৌর কৌরদুনা মমাগী নাক্তা চেনখ্রে মমাগী তুংদা ফিজি য়াম্নদুন, মরুনদা লোংখ্রে। জগন্নাথ মিশ্রনা উরে, মহাক্না হায়রকই—কিশন্নরিবনি শচীরাণী পুথোরকউ নচা পিয়ুনে রারক্কে করিগী চেল্লিবা করিগী লোৎলিবা ?

মপাবুং শাওরে হায়বা শচীরাণীনা থংলদুনা খামজরকই—অমুক্তা তপথবিখো। ইচানা নক্তে হায়জরি ঐনা শেন্নহৌব্রবননি জ্ঞান লৈত্রিবা ইচা নিমাইনি। অসুম্না জগন্নাথ মিশ্রগী অশাওবা হনগ্রবদা ব্রাহ্মণ সুকৃতীনা হায়রকই—হে ঠাকুর ! অঙাংনি মহাক য়ৈবিরুরগনু ঈশ্বরগী নোংদমনি। "ফল মুল গৃহে যে থাকে আনি দেহ আজি শ্রীগোপাল সেবা।" অশেংবা উহৈ কৎপা য়াবা লৈরবসু পিরো কৎলগে শ্রীগোপাল দেবদা। অদুগী প্রসাদীদো ফংলগা ঐ বিশ্রাম ওইরগে। ব্রাহ্মণগী রা তারগা মিশ্রনা হায়জে—ননাইবু চানবিদুনা অমুক্তদি লুক হৌবিরগা শ্রীকৃষ্ণদা কৎপিখো, সুকৃতীনা—ফরে অদুদি থোরাংলো, অসুম্না অমুক হন্না থোরাংলদুনা সুকৃতী ব্রাহ্মণ স্নান তৌদুনা লুক হৌখরে। শচীমাতা নচা নিমাই চেকশিন্না শেন্নৌকো ডাকউকো। হন্দক অমুক শোইরবদি ঐ লোইরে মাংলেকো। "তবে শচী দেবী পুত্র কোলেতে করিয়া বলে।" ইমাগী নিমাই ! ব্রাহ্মণগী নাক্তা চংলুনু ব্রাহ্মণগী চাক চারুগনু। মমাগী রা তারগা মচা নিমাইনা নোক্লদুনা হায়রকই—ইমা ! ঐদি খালানি, ব্রাহ্মণগী চাক গোপনা চাবদি য়াম্না ফৈএ। মানা চারক্নো হায়বনা চাবতনি মপুক শেংনা পিজরি মখৈ ঐদি

চাগনি। বিষ্ণুগী মায়ানি কনাস্সু থংদে, মুংশিবা মচাগী বা তাবদা শচীরাণীনা হুরাওনা মচাবু কোনশিঞ্জে। হাসিয়া বলেন প্রভু— "আমি গোয়াল ব্রাহ্মণের অন্ন আমি খাই।" ব্রাহ্মণগী অন্নদি ঐদি মতম পুম্নমক্তা চাই। অসোমদদি সুকৃতী ব্রাহ্মন্না থোং-থাকপা লোইরতুনা পরিবেশন লোইরে হুরাওনা কংলগে হায়তুনা তুলসী পত্র তারতুনা লুক পূজা লোইরে. গোপাল মন্ত্র শোন্দুনা মবুংভোদা কংলি—ননাইনা কচ্চরিবা দোষ গুণ থিবিগনু লৌদবা তৌবিগনু।

মতৌ অসুম ভৌনা ব্রাহ্মন্না মপি তানা কচ্চরিবা অন্ন অদু মাগী ভক্তিগা লোইনরবদা গোপাল দেবনা উবদা, পুম্নমক শুম্বাতুনা লেংলকুনা খোংগ্রাই চন্দুনা হাবা (চাবা), সুকৃতী প্রেমদা তাউরিঙৈ পুক্নিংদা মুংঙাইরিঙৈ উহৌদ্রে। অসুম্না মবুংভোদা কচ্চবা মপুং ফারতুনা মিৎ হেক পাঙলকপদদি নিমাইনা ফমতুনা চারম্বা উরে। জগন্নাথ মিশ্রনা হায়—ছিঃ ইহে···কদাইদ উহৌদ্রিবনো, অসিদা ফুরগা লোইরে চৈ অসিনা তেক্তি মখৈ য়েরগে থংগনি। নিমাই চেল্লি···ইমা! ইমা! কৌতুনা চেনফম থংদে প্রভু (নিমাই) অদু। গৌরহরি নিমাইনা ফিংনা কিনা চেল্লকপা ইমা ইমা কৌরকপা তাবদা শচীমাতা অদো মচা কাইনরবী ঘরীগুম, চেনফম থংদ্রবা মচাগী মমাংদা থত্তুনা লৈখরে রাণীদো, মপাগী অশাওবদি হুন্দ্রি। "আর বার নষ্ট করয়ে সকল" পুম্নমক মাংহল্লে, অসুক লমহেনবা অঙাং উদরি ঙসিদি য়ারকহৌরগে অসুম লমহেনবা ওইগ্রগনিনে। জগন্নাথ মিশ্রনা চৈ পায়হনা থাংগৎলকপদা ব্রাহ্মণ সুকৃতীনা থাম্মি নিমাই চেনখরে ইমুংদা চংখরে লোংখরে।

শচীরাণীনা মপি ত্থানা কপচৈ। ইচাগী মরান নুক্তে লা লৈবদি মমানি মমা ঐবু হায়না রারকপিখো। মচা ররুকপা ওমস্ত্রবী মমা ঐনি। অস্নুমা জগন্নাথ মিশ্রগী চৈ অহ পায়হ্না হায়জৈ খামজৈ। শাওবা হন্দে, জগন্নাথ মিশ্রনা হায়রকই—চৈ ফাগন্নুনে থাদোকউনে ঐবু মানা অদ্বিবা খংদবনা নাও চাওখ্রগনি অতুনা হয়েং তুংদসু ঐবু ক্লিবা হৌনদ্রে শচীরাগী······থাদোকউ ঐগী লম্বা থংকহুনে।

শচী মাতানা হায়জৈ—অচুম্বনি তাকপিরিবদো নচা নিমাই ফুরবসু চৈরবসু মানা করিবু খংগনি অঙাংনি। অস্নুমা শচীমাতানা হায়জরবদা জগন্নাথ মিশ্রনা মচাগী মরালবু কোকপিখরে য়াখরে। মিশ্রনা ব্রাহ্মণ স্নুকতীদা প্রার্থনা তৌহুনা অমুক হুমা লুক হৌনবা হায়জরদগী থৌরাং তৌখরে। তীর্থবাসী ব্রাহ্মনা নোক্লহুনা হায়—শাওরগনু ঐগী বাসু মতাখে। নচা ইবুংঙোগী দোষ নত্তে কৃষ্ণগী লীলাবু কনানা খংবা ঙমগনি। শ্রীশ্রীগোবিন্দজী মাগী থৌজাম্নি পুন্নমকসে। নহাক্না ব্রাহ্মণ সেবা পাম্মি, ঐনা ইষ্টদে শ্রীগোপাল কৃষ্ণদা মুদ্রা কত্তুনা মন্ত্র জপ্ন তৌই লুক হৌই লুক কংলি নত্রা ? মন্দিরদা ইষ্টদেবনা লৌবি হারিখি। অহুদা ঐগী ধ্যানদা মিং অসি পাঙথোক্লকপদা নচা নিমাই (গৌরসুন্দর) না চারম্মি, করম ওইবা করম্বা হরি মাগী থৌংনো জগন্নাথ মিশ্র পুন্নমকসে······?

"আজি কৃষ্ণ অন্ন নাহি দিলেন আমার, যে দিনে যে হরে তাহা খরালাও চায়।" শ্রীবৃন্দাবনগী মমুংঙো নবঘন শ্যাম, ফুইনা হৌবা নোংহৌনা অংজবা, ত্রিভঙ্গ ভঙ্গীনা লৈতেংবা, কোজা বাহোং চুড়ানা লৈতেংবা, খুত্তা বংশীনা ফজবা শ্রীমূর্তি, সনা ফিগেনা

শ্রীঅঙ্গদা থোল্লিবা কণ্ঠ মালানা কণ্ঠগী লৈতেংলিবা, নামনা শ্রীকৃষ্ণ (আকৃষ্যতেতি) ভক্ত বৈষ্ণব পুম্নগী পুক্নিং থরায় হৃকচাং পুম্নমক শ্রীচরণ তম্না চিংশিল্লিবা ইবুংঙোগী থৌজ্যান্নি লীলান্নি। লৈহৌরো ঐ পরিক্রমা ওইরগে চৎলগেকো।

হেনই সময়ে বিশ্বরূপ ভগবান,
সেই স্থানে আইলেন মহাজ্যোতি।
চতুর্দ্দশ ভুবনে ও নাহিক উপমা,
স্কন্ধে যজ্ঞসূত্র ব্রহ্মতেজ মূর্ত্তি হস্ত।
দেখিয়া অপূর্ব্ব মূর্ত্তি বৈদিক ব্রাহ্মণ,
মুগ্ধ হৈয়া এক দৃষ্টে চাহে মনে ঘন॥
কার পুত্র এই বিপ্র বলে, মিশ্রের তনয় এই,
বিপ্র কৈল আলিঙ্গন, ধন্য পিতা মাতা॥

তাঙ্গাসিদা ময়াম্বুং বিশ্বরূপ থুংলরে। পাম্বোম অনি খুকউ তাক্তিন য়ৌই, সনা অহিংবগী বর্ণনি পুক্নিং হুই। য়েংবদা লুগুন্না লেংবান্দা ওাল্লি, বেদ শাস্ত্র চিন্দা পুই। কৃষ্ণ ভক্তি তম্নবি হরে কৃষ্ণ সুকৃতী ব্রাহ্মণা উরে হংলরে—হিঃ কনানো······অসিদি? ময়াম্না খুম্মি—তম্বনা ব্রাহ্মণগী চাক (লুক) থাংথোকখিবা (চাখিবা) অঙাং অহুগী ময়াম্বা বিশ্বরূপ কায়বক্নি হায়কনে। মঃ অনি তাবদা তীর্থবাসী ব্রাহ্মণা—"ধন্য মাতা পিতা ধন্য" নংবু পোকপা গুরুজন লাইবক কৈদ্রা কোনগে লাও। বিশ্বরূপনা ব্রাহ্মণগী চরণ শোক্তা কক্লুংচরকই—ঈয়ায়া ভাংনবদগী ঐহাকসু তাজরে, অপরাধ খিবিক নিঙ্গাইবু থাকপিয়ু। জগৎ পেংথবিরিবা ব্রাহ্মণি, অতিথীগী সেবা

ফংজবা মঙ্গলনি। লাইবক থিবনা অপরাধী কংগ্রেদো, তাজবদা বিশ্বরূপকী থম্মোই কায়রে জ্ঞান লৈতবা অঙাংনি থন্দুনা নুংশিবিয়ু. ব্রাহ্মন্না করিগুম্বদা চরা হেনগ্রবদি, শাগ্রবদি করম্না লৈহৌরগনি। মাংলে মাংলেদকো ব্রাহ্মণ, মঙাও থিগ্রবা ইনাও নিমাইসে অমুক্তদি চানবিয়ুগবা হায়তুনা বিশ্বরূপনা হঙ্গৎচরি।

বিশ্বরূপকী না তারগা সুকৃতী ব্রাহ্মন্না হায়রকই—ঐদি য়াম্না চম্বা যাত্রিকনি, ফল মূল জল অফংবা অন্ন চপ মান্নে কৃষ্ণদা কৎপা প্রসাদী। মতম অসিদা জগন্নাথ মিশ্রদো কোক্তা খুৎ হাপ্তুনা—"হা ধিক! হা কৃষ্ণ!" শোন্দুন লৈখরে। বিশ্বরূপনা মথুৎ অনি লোন্নতুনা অমুকসু হন্না হায়জরকই ব্রাহ্মন্দা—জীবশিংবু চানবিবা শ্রীগুরুগী শক্তমনি। অরাবা পুম্বা থাদোকপিতুনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎলবা প্রসাদী ফংবিগ্রবদি······লৈহৌরিবা ঐখোই খাইগী নিংঙমহৌদবা হায়বদু লৈজররোই। অসুম্না বিশ্বরূপনা ব্রাহ্মণগী চরণ শোক্লা প্রার্থনা তৌজগ্রে।

বিশ্বরূপ ভক্তি দেখিয়া. বলেন সুকৃতী ব্রাহ্মণ।
তুমি পাক করিলে, সে সবার সন্তোষ সাধু সাধু হা কৃষ্ণ ॥

সুকৃতী ব্রাহ্মন্না হায়—"স্থান উপস্কার-রন্ধনের সামগ্রী······বলিয়া স্নান চলি লেন।" হান্নগুম্না পুনরপি থৌরাং লোইতুনা স্নান তৌতুনা ব্রাহ্মণ অদু লুক হৌখরে, লুক লোইরে তুলসী পত্র তারে, তাঙ্গাসিদা মিশ্রনা মচা নিমাইবু থিরি······। শচীরাণীনা উরে খংলে নিমাই থিরক্লে হায়বা। নচা ইবুংঙো নিমাই তুমখরে থুম্মি শচীমাতানা। ফরে অতুদি শচীরাণী, ঐনা মপান্দা লৈরগে থোং

ঙাক্লগেকো……নখোইনা মাবু কোইশিন্দুনা চেকশিন্না শেন্নরো। অসুম্না থোং পুনা হাপ্লগা "ভাল ভাল এই যুক্তি হয়" ব্রাহ্মণগী নাক্তা জগন্নাথ মিশ্র চৎখ্রে।

রাজরবা মনাইগী পুর্ণ দর্শন ফংহল্লগে খল্লে……, ইবুংঙোগী ইচ্ছানা মীয়াম পুম্বা তুমখরে. কচ্চরিবা মনাইগী নাক্তা লেংবিরক্লে "যে স্থানে আইলেন শ্রীশচীনন্দ সেই স্থানে।" ব্রাহ্মন্না—মাংলে মাংলে……, হায়না লাউরে নিদ্রানা শুমখিবনা কনাস্নু তাখিদরে, ইবুংঙোনা তাকপিরকই—হে ব্রাহ্মণ ! নং অসি ভক্তনি ঐগী। ঐগী মন্ত্র শোন্দুনা ঐবু লাউ কৌবনা ঐ লাকপনি। ঐবু উজগে নিংজবা মতম কুইখরে নিংজরকপগী মহৈহু পিরগে ঙসিদি। তাংলবা ঐগী মুত্তিসে নংনা য়েংজরো দর্শন ফংজরো হৌগৎলো।

তীর্থ বাসী ব্রাহ্মণ সুকৃতীনা অহানবদা মবুংঙো দর্শন ফংজবদা "দেখে দ্বিজ পরম অদ্ভুত শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম চতুর্ভুজ রূপ" পাম্বোম মরিনা লৈতেংবা শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম থোনবা উহনবি। অনিশুবদা "দ্বি ভুজ বরদ কৃষ্ণ" দর্শন ফংহনবি।

এক হস্তে নবনীত আর হস্তে বেণু,
নাচিয়া দুই হস্তে প্রভু মুরলী বাজায়।
শ্রীবৎস কৌস্তুভ বক্ষে শোভে মণিহার,
শিখি পিচ্ছ শোভে শিরে।
হাসিয়া দোলায় দুই নয়ন কমল,
বৈজয়ন্তী মালা গোলে দোলে মকর কুণ্ডল।

শ্রীচরণে মত্ত নুপুর,
গোপ গোপী গাভীগণ চতুর্দ্দিকে দেখে।
করিয়া সমুদ্র প্রভু শ্রীগৌরসুন্দর,
পুণঃ পুণঃ মুর্চ্ছা বিপ্র যায় ভূমি তলে।
পুণঃ উঠে মহাকুট হলে,
কম্প স্বেদ পুলকে শরীর স্থির নহে।
নয়নের জল যেন গঙ্গা নদী বহে,
দেখিয়া হাসিয়া প্রভু বলে, শুন শুন বিপ্রবর।
অনেক জন্মে তুমি কিঙ্কর আমার,
আমি দেখা দিলাম তোমারে।
দাস বিনু অন্য না দেখে প্রকাশ॥

---

কৈশ্বর রূপ দর্শন পিবিরে, ফুইনা হৌবা নোংগী কুচুনা ফজবা রূপ, মুরলীনা সখা সখী, বখী বন্নাও কৌরকপা। থবাক্তা কৌস্তুভ মণিনা ভানবা, শ্রীচরন্দা নুপুরনা রুনু ঝুনু····রুনু ঝুনু···· হায়না তান থাতুনা জগোয় শারিল্লা। শ্রীচরণগী নখ পরেংনা মাইকৈ তরা ভাল্লিবা, মপান্দা নত্তনা থম্মোই ফাউনা ভানবিবা। মণি মুক্তাগী পরেংনা ইংনা লংনা কণ্ঠদা নিংথিজরিবা। তীর্থ বাসী কয়াবু পেন্না দর্শন পিবিরিবা। কল্প বৃক্ষগী মথোংদা রত্ন মত্ন মণিগী সিংহাসন্দা, শ্রীমতি রাধিকানা ওইদা থোগল্লিবা। পশু পক্ষী কয়া কয়ানা চোংভা, তেনবা অমদি কোকিলশিংনা তালপা লোইননা মুংশিরবা পঞ্চন সুরদা কুহু কুহু···হায়না খোংলিবা।

মনাই সুকৃতী ব্রাহ্মণগী নিংজবা পুন্নমক অধাকপা লৈতনা পূর্ণ দর্শন কংহনবিথি। প্রেমগী কৃপানা ফংডমদ্রবা থিবিক পিবিগ্রে, অস্থুন্না ফংডমদ্রবা কৃপা থৌজাল কংজরবদা প্রেম সুখনা রাধে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ শোল্লমবদগী লৈমাই কত্তা রাঙ্কহনা (তাথরগা) কুথরে।

শ্রীগৌরাঙ্গনা মনাই সুকৃতীবু কৌনখৎপিগ্রে। ব্রাহ্মণনা হিক্লা হিক্লা কপ্লহনা শ্রীমূর্ত্তিবু য়েংজে পোকপগী মহৈ য়াম্লে খন হরাওজরি পেঙ্গরি। মবুংডোগী শ্রীচরণ কোন্দুনা শকচে শোম্লে হরি নামবু। জগোয় শাই, চোংই ফল্লি অঙাওবগী পান্দমগুম অমুকসু কপচরি। মতাং সিদা য়েংবদা নুংশিবিরহনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা তাকপিরকই—হে ব্রাহ্মণ! ঐগী রাবু তাঁরো নহাক মপোক কয়ারকী অচানবা ভক্তনি। নংদি ঐতবু ফংগে তাঙ্গরকপনি, মমাংগী মপোক্তা নন্দগী শঙ্গাইদা নংবু ঐনা উহনব্রবনি, যশোদাগী নাক্তা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা নহাক্না অতিথী ওইহনা লাক্লগা চাক (লুক) হৌহনা ঐগী মন্ত্র শোন্দুনা কংথি। মিত্তা পি তারগা অনিরক হন্না কংপদা নহাক্না ঐবু থংখিদে। অহুমলক শুবদা ঐগী মূর্ত্তি উংথি (পিথি) নংনা কংপা অম্ল (চাক) ঐনা পাম্না লৌখিবনি। ভুসি অমুক নংঙোন্দা পিরিবসিনি। অহুনা হে ব্রাহ্মণ! নহাক ঐগী মপোক কয়াগী ইনাই ভক্তনি অসিনা মরম ওইহনা উরিবসিনি। ভক্ত নত্তবনা উরোই ফংবা। মীঙোন্দা হায়দোকলুগনু নপুন্সি তেনগনি। বৃন্দাবনগী যশোদাগী মচানি গুসি শচীগী মচা ওইররবনি কলিগী পাপকী মৈথুনা মমনা লৈরবসিদা সঙ্কীর্ত্তন্না মুমিৎ ওইহনা ঙাল্লবদা ভক্তগী নিংজবা থিবিক থুংনবা শ্রীরাধাগোবিন্দগী প্রেমদা

তাউরমগে, ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনা ফংখিদ্রবা প্রেমনি কলি জীবদা পিরগে লাকপনি ঐদি……। অন্সুম্মা তাকপিরম্মগা হান্নগী মফম শয্যাদা চংহুনা পোথাগ্রে, যোগ মায়াগী শক্তিনা কনানসু থংখিদে।

মবুংঙোগী ফংঙমদবা কৃপা ফংজরবা ব্রাহ্মণ সুকৃতী অহ মুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউখিহুনা প্রসাদী পেম্মা ফংজগ্রে। হরাওনা জগোয় শাই, শ্রীগোপাল দেবনা জয় ওইরে…জয় ওইরে…হায়না লাউর-লাউরহুনা চোংই। অহবু হায়দোকস্নু হায়রম্ব। (তাকলম্ব।) অহুমদি মথম্মোইদা চেংনা থমজে সুকৃতী ব্রাহ্মণ অহুনা।

মুংঙাইবগী অহিং হৌগ্রে, শ্রীগৌরাঙ্গ দর্শনগীদমক গঙ্গাদা স্নান তৌখরে। শচীরাণী জগন্নাথ মিশ্রদগী বিদায় লৌরে, ভীক্ষা মাধুকুরী চংনবা নবদ্বীপ মাইকৈ পাঙথরে সুকৃতী ব্রাহ্মণ। কনা থংবা ঙমদ্রবা প্রভুগী গুন্নি, থৌজাল লৈবা ভক্তশিংতনা ফংগদবনি। অসিগুম্বা নামবু তাজরবশিংহুদি যমগী থৌরি ককনি। অকাউবা লৈতনা নিংজ-শোঙ্গবতনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী শ্রীচরণ সেবা ফংগনি। নবদ্বীপ্তা শ্রীগৌর নিত্যাই অনিনা মুমিৎ থা ওইহুনা ঙান্নোইবিররে, বৃন্দাবন দাসনা থুরুমজহুনা শ্রীচরন্দা চৈতন্য ভাগবত ঙশুববু কচ্চরি। হরে কৃষ্ণ ইতি—

—:(০):—

# অথ প্রাত কৃত্যম্ সংক্ষেপঃ

## প্রাতঃ স্মরণ

ওঁ তদ্বিষ্ণোঃ পরমং পদং সদা পশ্যন্তি সূরয়ঃ।
দিবীব চক্ষুরাততম্॥ ১

## প্রাতঃ কৃত্যঃ

ব্রহ্মা মুরারি স্ত্রি পুরান্তকারী,
ভানুঃ শশী ভূমি সুতো বুধশ্চ।
গুরুশ্চ-শুক্রঃ শনি-রাহু-কেতু,
কুর্ব্বন্তু সর্ব্বে মম সুপ্রভাতম্॥ ২
লোকেশ চৈতন্য ময়াধি দেব,
শ্রীকান্ত বিষ্ণো ভবদাজ্ঞয়ৈব।
প্রাতঃ সমুত্থায় তব প্রিয়ার্থং,
সংসার-যাত্রা মনু বর্ত্তয়িষ্যে॥ ৩

## গুরু ধ্যান

প্রাতঃ শিরসি শুক্লাব্জে দ্বিনেত্রং দ্বিভুজং গুরুম্।
প্রসন্ন বদনং শান্তং স্মরেত্তন্নাম পূর্ব্বকম্॥ ৪

---

মীওইবা ঐখোইনা অয়ুক তুম্বা হৌগৎলকপদা স্বর য়েংগনি, ওই য়েং মুম্না য়েংহুনা যাত্রা তৌগ্রবদি, অমুক হন্না যাত্রা তৌদ্রবস্নু মুমিং অহুমগীদি য়ারে। যাত্রা মন্ত্র থিগনি, নিংজবা দেবতা (লাই) নিংশিংজগনি.শোনগনি। মুমিং মুমিংবী থুরুমগনি, মথংদা গুরু ইমা-ইপা, দেবা-দেবী থম্মোই মুংদা চেংনা থুরুমজগনি নিংজগনি। অমুন্না গুরু ইমা-ইপা দেবতানচিংবা পুন্নমক নিংজরবা তুংদা পৃথিবী লৈপাকপু অহমলক খুংনা শোক্তুনা লাইবক কৎকনি থুকমগনি।

(ক) সমুদ্র মেখলে দেবি পর্ব্বতে স্তন মণ্ডলে।
বিষ্ণুপত্নি নমস্তুভ্যং পাদ স্পর্শং ক্ষমস্ব মে॥ ৫

(খ) আয়ুর্ব্বলং যশো বর্চ্চ ধর্ম্ম প্রজ্ঞা বসূনি চ।
ব্রহ্ম প্রাজ্ঞাঞ্চ মেধাঞ্চ ত্বন্নো দেহি বনস্পতে॥ ৬

(গ) উত্তিষ্ঠন্তু সুরা সর্ব্বে যক্ষ গন্ধর্ব্ব কিন্নরাঃ।
পিশাচা গুহ্যকাশ্চৈব মল মূত্রং করোম্যহং॥ ৭

---

(ক) সমুদ্রনা খ্বাংলাক ওইরিবী, চীংশাংনা কোইনা থবাক্লম ফজবিনি বিষ্ণুগী পত্নিনি। ঐগী খোং (পাদ) না শোকপবু ডাকপিয়ু হে দেবী! হে ইমা! "ওঁ প্রিয়দত্তায়ৈ নমঃ" খুৎনা লাইবক অহুমলক কৎলগা স্বর য়েংতা লৈরগা য়েৎনা, ওইদা লৈরগা ওইগা খোংনা মালেমদা শোক্কনি। মথংদা তুলসী মখোংদা দেবা দেবী লৈ খনগনি ঙসিগী মঙ্গল পিনবিয়ু মিগনি। সূর্য্য (নুমিৎ) থুরক্‌ জগনি।

(খ) দন্ত কাষ্ঠ (চির্নি শেংনবা পৈয়া) য়ানা চিক্লগা অস্তুম্না পুক্লিংদা খন্না খন্না শেংগনি—হে বনস্পতি! ঐগী পুন্সি, পাঙ্গল, মিংচৎ, ধর্ম্ম প্রজ্ঞাবুসু ব্রহ্ম জ্ঞানচিংবা ফংহনবিয়ু। অস্তুম্না ঈশিং থুক্লোক ১২না চিন [illegible] অমদি [illegible] তাগনি।

(গ) থুবাক অহুমলক থুরগা [illegible] লাই [illegible] মল মূত্র (মসুৎ) চংগনি। [illegible] হকচাংদা [illegible] কোৎ [illegible] ১ [illegible] অমুক্ত [illegible]।

মন্তব্য—স্বর য়েংতা [illegible] শোংমাইজিং, [illegible], শগোলসেন নি। স্বর ওইদা লৈনবা—নিংথৌকাবা; [illegible], ইরাই নি। [illegible]।

## গঙ্গা স্নান মন্ত্র (জল শুদ্ধি)

(ঘ) ওঁ গঙ্গে চ যমুনে চৈব গোদাবরি সরস্বতি।
নর্ম্মদে সিন্ধু কাবেরি জলেঽস্মিন্ সন্নিধিং কুরু ॥ ৮

(ঙ) বিষ্ণু পাদার্ঘ্য সম্ভূতে গঙ্গে ত্রিপথ গামিনি।
ধর্ম্মদ্রবীতি বিখ্যাতে পাপং মে হর জাহ্নবি ॥ ৯

(চ) শ্রদ্ধয়া ভক্তি সম্পন্নে শ্রীমাতর্দ্দেবি জাহ্নবি।
অমৃতে নাম্বুনা দেবি ভাগীরথি পুনীহি মাম্ ॥ ১০

(ছ) ওঁ সদ্যঃ পাতক সংহন্ত্রী সদ্যো দুঃখ বিনাশিনী।
সুখদা মোক্ষদা গঙ্গা গঙ্গৈব পরমা গতিঃ ॥ ১১

---

(ঘ) গঙ্গা. যমুনা, গোদাবরি, সরস্বতি, নর্ম্মদা, সিন্ধু, কাবেরি তীর্থ পুম্নমক ঐনা স্নান তৌরিবা অসিদা লাকপিয়ু। (ঙ) বিষ্ণুগী পাদদগী পোকখিবনি, ময়োল অহুম শিনবা থুংবীনি, ধর্ম্মগী শক ওইনা চেল্লিবীনি হায়রি। ঐগী পাপ মাংহনবিয়ু হে জাহ্নবি! (চ) থাজবনা ভক্তি ফংহনবিয়ু, ঐগী অয়াম্বা পাপ কোকপিয়ু। নম্বাকী অমৃত ওইবা ঈশিংনা মতম পুম্বদা দেবি জাহ্নবি! ঐহাকপু শেংহনবিয়ু। (ছ) খুরুমজরি খুদক্তা পাপ কয়া কোকহনবী খুদক্তা অরাবা মাংহনবী, খুদক্তা নুংঙাইবা পিবী মুক্তিসুসু ফংহনবী। গঙ্গা হায়বসিমক্তা অথোইবা গতি ফংহনবীনি।

অম্পুম্না স্নান তৌরগা প্রনাম মন্ত্র শোনগনি—"ওঁ সদ্যঃ পাতক সংহন্ত্রী সদ্যো দুঃখ বিনাশিনী……॥" থাজবগা লোইননা শেংনা হকচাংব স্নান তৌবনা অথোইবনি।

## রাম তর্পণ

(ক) ওঁ আব্রহ্ম ভুবনাল্লোকা দেবর্ষি-পিতৃ-মানবাঃ।
তৃপ্যন্তু পিতরঃ সর্ব্বে মাতৃ-মাতামহাদয়ঃ॥
অতীত কুল-কোটীনাং সপ্ত-দ্বীপ-নিবাসিনাম্।
ময়া দত্তেন তোয়েন তৃপ্যন্তু ভুবন-ত্রয়ম্॥ ১২

## লক্ষ্মণ তর্পণ

(খ) ওঁ আব্রহ্ম স্তম্ব পর্য্যন্তং জগৎ তৃপ্যতু॥ ১৩

## পিতৃ স্তুতি

(গ) ওঁ পিতা স্বর্গঃ পিতা ধর্ম্মঃ পিতা হি পরমং তপঃ।
পিতরি প্রীতিমাপন্নে প্রীয়ন্তে সর্ব্বদেবতাঃ॥ ১৪

## প্রণাম মন্ত্র

ওঁ পিতৃগণেভ্যো দিবি যে চ মূর্ত্তাঃ,
স্বধা ভুজঃ কাম্য-ফলাভিসন্ধৌ।
প্রদান-শক্তাঃ সকলেপ্সিতানাং,
বিমুক্তিদা যেহনভি-সংহিতেষু॥ ১৫

---

(ক) ব্রহ্মাদগী হৌরুনা লোক মরোমগী মমাদা লৈরিবা দেবতা ঋষি পিতৃ মানব অমসুং মাতৃ মাতামহনচিংবা মিবিক সমস্ত দ্বীপ তরেৎকী মনুংদা লৈরিবশিং, ঐনা থাদরিবা ইশিংনা মমোল সমস্ত-মক পেনবিয়ু। (শ্রীরামনা কৎখিবা তর্পণনি)। (খ) ব্রহ্মাদগী হৌরহুনা অচৎ-চত্তবা লৈরিবা মী লাইং পিতৃ পুম্বা পেন্নবিরো। (লক্ষ্মণনা কৎপা তর্পণনি)। (গ) ইপানা স্বর্গনি ধর্ম্মনি অপ্রোইবা

তপনি। পিতৃ মাতৃ খিবিন্না পোক্লবদি দেবতা পুম্বনা পেল্লি হায়রি। ইমা ইপাগী অমসুং পুম্বনা পেল্লিদা তনজবিনবা, মচা ওইবা কয়ানা হেক কচ্চরকপা তর্পণনা "স্বধা" হেক্তা হায়বদা স্বর্গদগী লাইগী মুত্তি ওইদুনা মচাশিংগী মখুত্তগী লৌদুনা চাই। মখোইবু "স্বধা ভুজ" হায়না কৌই। মানা মানা অপাম্বা ইরন (লন-থুম) পুম্বা পিবি, মরম অসিনা পিতৃ ওইবা ইমা ইপা অমসুং লাইশিংবু লুনা নিংজবা পেলহনবা থুদিং লেম্না মাংদে হায়বসিনা নিতিগী তর্পণ কৎকনি।

—:(০):—

## অথ সূর্য্যার্ঘ

ওঁ নমো বিবস্বতে ব্রহ্মন্, ভাস্বতে বিষ্ণু তেজসে।

জগৎ সবিত্রে শুচয়ে, সবিত্রে কর্ম্ম দায়িনে॥

ইদমর্ঘ্যং ওঁ নমো ভগবতে শ্রীসূর্য্যায় ভট্টারকায় নমঃ॥ ১৬

### প্রণাম

ওঁ জবাকুসুম সঙ্কাশং কাশ্যপেয়ং মহাদ্যুতিম্।

ধ্বান্তারিং সর্ব্ব পাপঘ্নং প্রণতোঽস্মি দিবাকরম্॥ ১৭

---

অন্ধকার লাইরী মশক (অহোন্) ওইবা অমম-অন্ধকারগী মশক ওইরবা সূর্য্যগী (নুমিৎকী) ইদিং পুজোক জরেৎ কৎকনি হায়রি।

জবাকুসুমগুম্না উংজানবা কাশ্যপ মুনিগী মপারি, মঙাল য়াম্না নিংথিবা (ওইরিবা)। অমঙবগী য়েক্লবা মিথোনবা, পাপ কয়াবুসু কোকপিরা দিবাকরবু সূর্য্যদেববু (নুমিৎ কৌববু) খুরুমজে।

## কাম গায়ত্রী

ক্লীঁ কামদেবায় বিদ্মহে পুষ্প বাণায় ধীমহি তন্ন অঙ্গ প্রচোদয়াৎ ॥

## জল গায়ত্রী

ওঁ জলবিম্বায় বিদ্মহে পুষ্প বানায় ধীমহি তন্নো জল প্রচোদয়াৎ ॥

## তুলসী স্নান মন্ত্র

ওঁ গোবিন্দ বল্লভাং দেবীং জগৎ চৈতন্য কারিণীম্।
স্নাপয়ামি জগৎ ধাত্রীং বিষ্ণু ভক্তি প্রদায়িনীম্ ॥ ১৮

## প্রণাম মন্ত্র

ওঁ বৃন্দায়ৈ তুলসী দেব্যৈ প্রিয়ায়ৈ কেশবস্য চ।
বিষ্ণু ভক্তি প্রদে দেবি সত্যবত্যৈ নমো নমঃ ॥ ১৯

## তুলসী চয়ন মন্ত্র

তুলস্য মৃত নামাসি সদা ত্বং কেশব প্রিয়া,
কেশবার্থে চিনোমি ত্বাং বরদা ভব শোভনে।
ত্বদঙ্গ-সম্ভবৈ পত্রৈঃ পূজয়ামি যথা হরিম্,
তথা কুরু পবিত্রাঙ্গি কলৌ মল বিনাশিনি ॥ ২০

---

খুত্তা ঈশিং হাপ্লগা কাম গায়ত্রী অসি শোল্লগা থক্নি। জল গায়ত্রী শোল্লগা জল (ঈশিং) শোল্লগা লাল্লগনি। তুলসী চাইথরনি তুলসী চাইথবগী লেম্বা ঈশিং থরদং থক্নি মথংদা তুলসী খুরুমজনি, তুলসী মনা, তুলসী পত্র হেকপদা—তুলস্য মৃত নামাসি সদা······॥ মন্ত্র অসি শোল্লগা মশা হেকহৌদনা খুদেক্না) চেকশিনা লেকনি;

## বিল্বপত্র চয়ন মন্ত্র

(ক) পুণ্যবৃক্ষ মহাভাগ মালূর শ্রীফল প্রভো।
মহেশ পূজনার্থায় ত্বৎ পত্রাণি চিনোম্যহম্ ॥ ২১

## অথ তিলক

(খ) কেশবানন্ত গোবিন্দ বরাহ পুরুষোত্তমঃ।
পুণ্যং যশস্য মায়ুষ্য তিলকং মে প্রসীদতু ॥ ২২

(গ) কান্তিং লক্ষ্মীং ধৃতিং সৌখ্য মায়ুষ্য তিলকং মম।
দদাতু চন্দনং নিত্যং সততং ধারয়াম্যহম্ ॥ ২৩

---

হৈখাগোক হেরুবা মন্ত্রনি, মনা ও লোংবা শেগাইদবা খল্লগা হেকনি শেগাইবা মনাদি কৎপা য়াদে। তুলসী পত্র (মনা) কৎপদি লোংনা অতুবু হৈখাগোক মনাদি উপনা কৎকনি। কৎপগী নিয়মদ খুপী খুনিংথৌ অনিনা মখোক পায়রগা হৈখাগোক অমদি তুলসী মনা কৎকনি। লৈদি খুপী খুৎয়াই অনিনা পায়রগা মতোন্না লাইদা ওনশিনগনি। তুলসী ১০৮গী পরেংদি খুৎ য়েৎ ওই অনিনা পায়রগা কৎকনি। হৈখাগোক লৈ তুলসী পুন্নমক চন্দন চাইগনি।

(চন্দন থিনবদা মন্ত্রশিং অসি নিংশিংনা নত্রগা শোম্না থিনগনি)

১। ললাটে কেশবায় নমঃ—লাইবক্তা কেশব হায়রুনা থিনগনি।
২। নারায়নায় উদরে নমঃ—পুক্তা (খোদোদা) নারায়ন হায়না ”
৩। বক্ষস্থলে মাধবায় নমঃ—থবাক্তা মাধব হায়রুনা থিনগনি।
৪। কণ্ঠে গোবিন্দায় নমঃ—খৌরিদা গোবিন্দ হায়না থিনগনি।
৫। বিষ্ণবে দক্ষিণ পার্শ্বে নমঃ—য়েৎকী খ্বাংদা বিষ্ণু হায়না ” ।
৬। বাহৌ মধুসূদনায় নমঃ — ” পাম্বোদা মধুসূদন ” থিন্নি।

৭। স্কন্ধে ত্রিবিক্রমায় নমঃ—খেকী লেংবান্দা ত্রিবিক্রম হায়না "
৮। বামপার্শ্বে বামনায় "—ওইগী খাজা বামন হায়না থিনগনি।
৯। বামবাহৌ শ্রীধরায় "— " লায়েদা শ্রীধর " থিনগনি।
১০। স্কন্ধে হৃষীকেশায় "— " লেংবান্দা হৃষীকেয় " "।
১১। পৃষ্ঠে পদ্মনাভায় নমঃ—নক্লদা পদ্মনাভ হায়না থিনগনি।
১২। কট্যাং দামোদরায় "—তুংগী খাংদা দামোদর হায়না থিন্নি।
১৩। তৎ প্রক্ষালন তোয়েন বাসুদেবায় মূর্দ্ধনি নমঃ }—লবাইদা বাসুদেব হায়না থিন্নি।

শাপা চাম্বগী ঈশিং লবাইদা হাপকনি, গুরু ভজন, প্রণালিকা ভজন সেবা, শ্রী আম্নাগী নাম……। ভক্ত সখী মঞ্জরী, রাধা-গোপীনাথ, কুঞ্জ সেবা, মন্ত্রি নৈনবা থিরগা চন্দন ভজন তৌগনি।

* * * * * *

## প্রাত আচমন মন্ত্র

সূর্য্যাশ্চ মেতি মন্ত্রস্য ব্রহ্ম ঋষিঃ প্রকৃতিশ্ছন্দ,
আপো দেবতা আচমনে বিনিয়োগঃ।
ওঁ সূর্য্যশ্চ মা মন্যুশ্চ মন্যুপতয়শ্চ,
মন্যুকৃতেভ্যঃ পাপেভ্যঃ রক্ষন্তাম্।
যদ্রাত্রিয়া পাপ মকারিষং মনসা,
বাচা হস্তাভ্যাং পদ্ভ্যা মুদরেণ শিশ্না।
রাত্রি-স্তদ-বলুম্পতু. যৎ কিঞ্চি দুরিতং ময়ি
ইদমহং মামমৃত যোনৌ সূর্য্যে জ্যোতিষি
[পরমাত্মনি] জুহোমি স্বাহা॥ ২৪

## সূর্য্যো পস্থান মন্ত্র

ওঁ উদুত্য মিত্যস্য প্রস্কণ্ব ঋষি গায়ত্রী ছন্দঃ,
সূর্য্যো দেবতা সূর্য্যো পস্থানে বিনিয়োগঃ ॥

ওঁ উদুত্যং জাতবেদসং দেবং বহন্তি কেতবঃ।
দৃশে বিশ্বায় সূর্য্যম্ ॥ ২৫

ওঁ চিত্র মিত্যস্য কৌৎস ঋষি ত্রিষ্টুপছন্দঃ,
সূর্য্যো দেবতা সূর্য্যো পস্থানে বিনিয়োগঃ ॥

ওঁ চিত্রং দেবনা-মুদগা-দনীকং,
চক্ষু মিত্রস্য বরুণস্যাগ্নেঃ।
আপ্রা দ্যাবা পৃথিবী অন্তরিক্ষং,
সূর্য্য আত্মা জগতস্তস্থুষশ্চ ॥ ২৬

গায়ত্র্যা বিশ্বামিত্র ঋষির্গায়ত্রী-ছন্দঃ,
সবিতা দেবতা জপোপ-নয়নে বিনিয়োগঃ ॥ ২৭

## অথ গায়ত্রী পদ্ধতি

ওঁ ভূ র্ভুবঃ স্বঃ, তৎসবিতু-র্বরেণ্যং, ভর্গো দেবস্য ধীমহি।
ধিয়ো-য়ো-নঃ প্রচোদয়াৎ ওম্। ইতি সপ্তব্যাহৃতি ॥ ২৮

---

সূর্য্যো পস্থান মন্ত্র অসি থিদুনা তেজ শক্তি নুমিৎকুম ওইমবা হায়জগনি। গায়ত্রী অয়ুক্তদি—বিশ্বামিত্রনা ঋষিনি, গায়ত্রীনা ছন্দনি, নুমিৎনা দেবতানি অমসুং জপ তৌবনা বিনিয়োগ নি ইশাদা তিল্লে থংগনি।

## ব্রহ্মাগী ধ্যান মন্ত্র

(ক) নভৌ রক্তবর্ণং চতুর্ম্মুখং দ্বিভুজং অক্ষ-সূত্র-কমণ্ডলু-ধরং হংস বাহনস্থং ব্রহ্মাণং ধ্যায়ন্ ॥ ২৯

## শ্রীবিষ্ণুগী ধ্যান মন্ত্র

(খ) হৃদয়ে নীলোৎ-পল-দল-প্রভং চতুর্ভুজং শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম-ধরং গরুড়া-রূঢ়ং কেশবং ধ্যায়ন্ ॥ ৩০

## শম্ভুগী ধ্যান মন্ত্র

(গ) ললাটে শ্বেতবর্ণং দ্বিভুজং ত্রিশূল-ডম্বরু-করম্, অর্দ্ধ-চন্দ্রবিভূষিতং ত্রিনয়নং বৃষভা-রূঢ়ং শম্ভুং ধ্যায়ন্ ॥ ৩১

## প্রাতঃ গায়ত্রী ধ্যান

ওঁ কুমারীমৃগ্ বেদযুতাং ব্রহ্মরূপাং বিচিন্তয়েৎ।
হংসস্থিতাং কুশ হস্তাং সূর্য্য মণ্ডল-সংস্থিতাম্ ॥ ৩২

---

ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমদি শম্ভুগী ধ্যান মন্ত্র শোনগনি নত্রগা নিংশিংগনি অর্থদি—স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতালগী মশক ওইরিবী, অচৎ-চত্ত মশক ওইবী, মরোল অহুমগী মশক ওইবী। জন্ম, মৃত্যু, দুঃখগী স্বরূপ মাংহনবী, নিংদবা শোন্দবা য়াত্রবী। তেজনা প্রাণগী শক কংহনবী অন্তর্য্যামী পরং ব্রহ্মবু নিংজরি। অয়ুক্তা ঋগ্ বেদ ওইরিবা ব্রহ্মগী শক ওইবী, কাংগু তোংলিবী কুশ পায়বী সূর্য্য মণ্ডলদা লৈরিবী। গায়ত্রী নিংজরি, বর পিনবী দেবী ব্রহ্ম মন্ত্র শক ওইবী হে গায়ত্রী! ব্রহ্ম যোনি শক লৌবী ছন্দ মাতা পোকপীবু খুরুমজরি লেংবি-রক্লো কৌজরি। সপ্তব্যাহৃতি গায়ত্রী—ওঁ ভূ র্ভুবঃ স্বঃ শোনগান।

## আবাহন মন্ত্র

ওঁ অ য়াহি বরদে দেবি ত্র্যক্ষরে ব্রহ্মবাদিনি।
গায়ত্রি চ্ছন্দসাং মাত র্ব্রহ্মযোনি নমোঽস্তু তে ॥ ৩৩

## গায়ত্রী

ওঁ ভূ র্ভুবঃ স্বঃ, তৎসবিতু-র্বরেণ্যং, ভর্গো দেবস্য ধীমহি।
ধিয়ো-য়ো-নঃ প্রচোদয়াৎ ॥ ৩৪

(১০৮ লক নত্রগা ১০ রক জপ তৌগনি. শোল্লগা ব্রহ্মাতেজ ফংগনি। অস্নুম্না অথং-অহৈশিংনা পালন তৌগনি।)

## গায়ত্রী বিসর্জ্জন মন্ত্র

ওঁ মহেশ-বদনোৎ-পন্না বিষ্ণো-হৃদয়-সম্ভবা।
ব্রহ্মণা সমনু-জ্ঞাতা গচ্ছ দেবি যথেচ্ছয়া ॥ ৩৫
ওঁ যদক্ষরং পরিভ্রষ্টং মাত্রাহীনঞ্চ যদ্‌ভবেৎ।
পূর্ণং ভবতু তৎ সর্ব্বং ত্বৎ প্রসাদাৎ সুরেশ্বরি ॥ ৩৬

## মধ্যাহ্ন গায়ত্রী ধ্যান

ওঁ মধ্যাহ্নে বিষ্ণুরূপাঞ্চ তার্ক্ষ্যস্থাং পীতবাসসম্।
যুবতীঞ্চ যজুর্ব্বেদাং সূর্য্য-মণ্ডল-সংস্থিতাম্ ॥ ৩৭

---

মতৌ অস্নুম্না মথং মথং চথরকপনা জপ লৌইরগা ঈশিং য়েৎকী খুত্তা হাপ্লগা—মহাদেবগী মিত্তগী পোকপী, বিষ্ণুগী থম্মোই-দগী পোকলকপী, ব্রহ্মাতনা নিংথিনা থংখিবী লেংবিরসি হে দেবি! অস্নুম্না শোল্লগা ঈশিংদু লৈপাক্তা তাহনগনি। অরেম্বা কোক্তো হাপকনি, য়েৎ থংবা নাকোংদা খুপী মরুনা শোকনি।

## সায়ং গায়ত্রী ধ্যান

ওঁ সায়াহ্নে শিব রূপাঞ্চ বৃদ্ধাং বৃষভ বাহিনীম।
সূর্য্য-মণ্ডল-মধ্যস্থাং সামবেদ সমাযুতাম্॥ ৩৮

## মধ্যাহ্ন সন্ধ্যাং আচমনং

ওঁ আপঃ পুনন্ত্বিতি মন্ত্রস্য বিষ্ণুঋর্ষি রনুষ্টুপ্ ছন্দ,
আপো দেবতা আচমনে বিনিয়োগঃ॥

ওঁ আপঃ পুনন্তু পৃথিবীং পৃথ্বী পূতা পুনাতু মাম্।
পুনন্তু ব্রহ্মণস্ পতির্ব্রহ্ম পূতা পুনাতু মাম্।
যদু-চ্ছিষ্ট মভোজ্যঞ্চ যদ্বা দুশ্চরিতং মম।
সর্ব্বং পুনন্তু মামাপো হসত্যঞ্চ প্রতিগ্রহং স্বাহা॥ ৩৯

## সায়ং সন্ধ্যাং আচমনং

অগ্নিশ্চ মেত্তি মন্ত্রস্য রুদ্র ঋষিঃ প্রকৃতি শ্ছন্দ,
আপো দেবতা আচমনে বিনিয়োগঃ।

ওঁ অগ্নিশ্চ মা মন্যুশ্চ মন্যু পতয়শ্চ,
মন্যু কৃতেভ্যঃ পাপেভ্যঃ রক্ষন্তাম্।
যদহ্না পাপ মকারিষং মনসা,
বাচা হস্তাভ্যাং পদ্ভ্যা মুদরেণ শিশ্না।
অহস্তদ বলুম্পাতু. যৎ কিঞ্চি দুরিতং ময়ি।
ইদমহং মামমৃত যোনৌ সত্যে জ্যোতিষি
[পরমাত্মনি] জুহোমি স্বাহা॥ ৪০ ইতি সন্ধ্যা সমাপ্তা॥

মন্তব্যঃ—অহল-লমন ওইরবশিংগীদি অম্লুন্না সন্ধ্যা লোইরগা, প্রণালিকা ভজন-নচিংবা লোইরগা ইষ্টদেব পূজা পাঠ-নচিংবা লোম্নগা প্রণাম তৌহ্না সেবা লোমগনি, অয়ুক্কী নিয়ম শোইগ্রবদি মধ্যাহ্ন মতম লৌগনি। করিগুম্বদম্লু মধ্যাহ্ন মতমদম্লু ওমখিদ্রবদি সায়ং সন্ধ্যা তৌহ্না নোংমত্থগী সেবা লোমগনি। মতাং অসিদা নোংমগী সন্ধ্যা নিয়ম সেবা তঙাই ফদবা থরদং লৌজবা লোদজরে।

—:(০):—

# সময় প্রদীপঃ

## চন্দ্র শুদ্ধিঃ

সপ্তমো-পচয়াত্তস্থ-শ্চন্দ্রঃ সর্ব্বত্রশোভনঃ।
শুক্লপক্ষে দ্বিতীয়স্তু পঞ্চমো নবমঃ শশী॥
সপ্তাস্ত চন্দ্রে ধ্রুব মর্থলাভঃ।
ষষ্ঠে তৃতীয়ে ধন ভোগ মায়ু॥
পুত্রার্থ সৌখ্যং দশমে শশাঙ্কে,
একাদশে সর্ব্ব সুখানি সন্তি॥ ১

---

জন্ম রাশিদগী ৭, ৩, ৬, ১০, ১১, ১, শুবদা লৈবা চন্দ্র অত্থ শুক্ল কৃষ্ণ অনিমকী ফৈ। অসিদম্লু নত্তনা শুক্ল পক্ষদদি ২, ৫, ৯, শুবদা লৈবা চন্দ্র অত্থম্লু অফবা ফল পি। ৭ শুবদা অমম্লুং জন্ম রাশিদা চন্দ্রনা লৈরগা শেল ফংই। ৬, ৩, শুবদা লৈরগা মরল পুন্সি চাওখংলি। ১০ শুবদা লৈরগা মচা মরলগী নুংঙাইবা ফংই অত্থগা ১১ শুবদনা হিরম পুম্নমক্তা নুংঙাইবা ফংই।

## ঘাট চন্দ্র

(ক) জন্মভূত প্রহ্বা নেত্র রস দিগ্ বহ্নি সাগরাঃ।
বেদ সিদ্ধি শিবাদিত্যা ঘাট চন্দ্রাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥

(খ) ঘাট চন্দ্রে কৃতা যাত্রা ব্রতোদ্বাহাদি মঙ্গলং।
ক্লেশায় মরণায়ৈব গর্গাচার্য্যেণ ভাষিতম্ ॥ ২

## বামবেধ শুদ্ধিঃ

শিত শনি কুজ জীবর্কাস্ত ইন্দুর্নরানাং,
ব্যয় সুখ নবমস্থো-হপীষ্ট-দা তাহথ তেষাম।
খ-সুত নিধনর্গ-স্থেষ্ট্য পুত্রার্থ গোহপি,
প্রথিত শুভ ফলং স্যাদ্বাম-বেধেন শুদ্ধিঃ ॥ ৩

---

মেষগী ১, বৃষগী ৫ শুবা, মিথুনগী ৯ শুবা, কর্কটকী ২ শুবা, সিংহগী ৬ শুবা, কন্যাগী ১০ শুবা, তুলাগী ৩ শুবা, বৃশ্চিকী ৭ শুবা, ধনুগী ৪ শুবা, মকরগী ৮ শুবা, কুম্ভগী ১১ শুবা, মীনগী ১২ শুবা, হায়রিবশিং অসিদা লৈবা চন্দ্র অদু ঘাট চন্দ্রনি।

মেষগী ১, বৃষগী ৮, মিথুনগী ৭, কর্কটকী ৯, সিংহগী ৬ শুবা, কন্যাগী ৩, তুলাগী ৪, বৃশ্চিকী ২, ধনুগী ১০, মকরগী ১১ শুবা, কুম্ভগী ৫, মীনগী ১২, মখোয়শিং অসিদা লৈবা কেতু অদু নুপীশিংগী ঘাট চন্দ্র ওই নুপীশিংনা যাত্রা তৌফদে। ঘাট চন্দ্রদা যাত্রা, নঁগুণ-থাংবা, যজ্ঞ, বিবাহ (লুহোংবা) কর্ম্ম কয়াশিং পাঙথোকহৈদে।

চন্দ্রশুদ্ধি ওইরবদি তারাশুদ্ধি থিরুবগী কান্নদে ময়মদি চন্দ্র হায়বসিনা মপুনি অমসুং তারাশুদ্ধিনা মনাইনি। মপুনা য়ারবদা মনাইনা শাওবদি অরেম্বনি।

## চন্দ্র দোষ শান্তি

শ্বেতং বাসং সিতা ধেনুঃ শঙ্খো বা ক্ষীর পুরিতঃ।
দেয়ো বা রাজতশ্চন্দ্র-শ্চন্দ্র দোষোপশান্তয়ে ॥ ৪

## তারা শুদ্ধিঃ

জন্ম সম্পদ্বিপৎ ক্ষেমঃ প্রত্যরিঃ সাধকো বধঃ।
মিত্রাতিমিত্র সংজ্ঞাশ্চ নবতারাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥ ৫

## তারা দোষ শান্তিঃ

(ক) বিপত্তারে গুড়ং দত্মাৎ শাকং দত্মাৎ ত্রিজন্মনি-
প্রত্যরৌ লবর্ণং দত্মান্নিধনে তিল কাঞ্চনম্ ॥ ৬

---

চন্দ্রগী দোষ কোকনবগীদমক মওং থাইনা—১। ফি অঙৌবা অমা, ২। যণ অঙৌবী অমা, ৩। শঙ্গোম থন্না হাপ্না শঙ্খ নত্রগা লুপানা থা (চন্দ্র) অমগী মওংদা শারগা বিষ্ণুদা কৎকনি।

জন্ম, সম্পৎ, বিপৎ, ক্ষেম, প্রতরি, সাধক, বধ, মিত্র অমসুং অতিমিত্র হায়রিবশিংসি নবতার কৌই। জন্ম অসিদগী মথং মথং মশিং অহুম থিগনি। মফম খুদিংদা তারা অহুম্না ওইগনি।

বিপৎ, বধ, প্রতরি, থোকপা তারা অজু ফত্তবনি। থবক্কী মথল নাইনা জন্ম তারাসু ফত্তবা চিংনৈ (লৌনৈ)। বিপৎ তারাদা চিনি অঙাংবা, জন্ম তারাদ ইষ্টাং মনা-মশিং, প্রতরি তারাদা থুম, বধ তারাদা থোইদিং অমসুং সনা বিষ্ণুদা কৎকনি।

(খ) ন কৃষ্ণপক্ষে শশিনঃ প্রভাব স্তারা বল স্তত্র বিচারনীয়ম্।
বিদেশ সংস্থে বিকলেচ পত্যৌ সর্ব্বানি করোতি নারী ॥ ৭

## রাশি যথা (১২)

সপ্তবিংশতি ভৈর্জ্যোতিশ্চক্রং স্তিমিত বায়ুগং।
তদর্কাংশো ভবেদ্রাশিঃ নবক্ষ চরণাঙ্কিতঃ॥ ৮

রাশি ১২ নি—

১। মেষ, ২। বৃষ, ৩। মিথুন, ৪। কর্কট,
৫। সিংহ, ৬। কন্যা, ৭। তুলা, ৮। বৃশ্চিক,
৯। ধনু, ১০। মকর, ১১। কুম্ভ, ১২। মীন।

## নক্ষত্র ২৭

১। অশ্বিনী ২। ভরণী ৩। কৃত্তিকা ৪। রোহিণী
৫। মৃগশিরা ৬। আদ্রা ৭। পুনর্ব্বসু ৮। পুষ্যা
৯। অশ্লেষা ১০। মঘা ১১। পূর্ব্বফল্গুণী ১২। উত্তরফল্গুণী
১৩। হস্তা ১৪। চিত্রা ১৫। স্বাতী ১৬। বিশাখা
১৭। অনুরাধা ১৮। জ্যেষ্ঠা ১৯। মূলা ২০। পূর্ব্বষাঢ়া
২১। উত্তরষাঢ়া ২২। শ্রবণা ২৩। ধনিষ্ঠা ২৪। শতভিষা
২৫। পূর্ব্বভাদ্রপদ ২৬। উত্তরভাদ্রপদ ২৭। রেবতী।

---

(খ) কৃষ্ণপক্ষগী থাদি ক্ষীণ ওইরকপনি মরম অতুনা মতম অতুগীদি তারা শুদ্ধি য়েংগদবনি। (কৃষ্ণাপঞ্চমী দগী শুক্লাচতুর্থী কাওবা অসি ক্ষীণচন্দ্রনি) মরমদি মপুরোইবনা লংকৈদা চখোকথ্র-বদা মুপীনা থবক অপুম্বা তৌনৈ (অতুগুম)।

## নক্ষত্র ২৭ কী দেবতা (লাই)

১। অশ্বিনীগী দেবতা—অশ্বিনী কুমার ২। ভরণীগী দেবতা—যম
৩। কৃত্তিকাগী " —অগ্নি ৪। রোহিণীগী " —ব্রহ্মা
৫। মৃগশিরাগী " —চন্দ্র ৬। আর্দ্রাগী " —শিব
৭। পূনর্ব্বসুগী " —অদিতি ৮। পুষ্যাগী দেবতা—বৃহস্পতি
৯। অশ্লেষাগী " —সর্প ১০। মঘাগী " —পিতৃগণ
১১। পূর্ব্বফল্গুণীগী " —যোনী ১২। উত্তরফল্গুণী —অর্য্যমা
১৩। হস্তাগী " —সুমিৎ ১৪। চিত্রাগী দেবতা—ত্বষ্টা
১৫। স্বাতীগী " —সুংশিৎ ১৬। বিশাখাগী " —শক্র
১৭। অনুরাধাগী " —মিত্র ১৮। জ্যোষ্ঠা " —ইন্দ্র
১৯। মূলাগী " —রাক্ষস ২০। পূর্ব্বাষাঢ়াগী " —তোয়
২১। উত্তরষাঢ়া " —বিশ্ব ২২। শ্রবণাগী " —বিষ্ণু
২৩। ধনিষ্ঠাগী " —বসু ২৪ শতভিষাগী " —বরুণ
২৫। পূর্ব্বভাদ্রপদকী —অজপাৎ ২৬। উত্তরভাদ্রপদকী—অহিবধ
২৭। রেবতীগী দেবতা—পুষ্যা।

## সাধিপ করণ ৭ অমসুং মখোইবু পুবা লাই

১। বব করণগী লাই—ইন্দ্র ২। বালব করণগী লাই—ব্রহ্মা
৩। কৌলব " লাই—মিত্র ৪। তৈতিল " লাই—অর্য্যমা
৫। গর করণগী লাই—পৃথিবী ৬। বনিজ " লাই—লক্ষ্মী
৭। বিষ্টি করণগী লাই—যম।

## কালাশুদ্ধিঃ (বর্জ্জয়েৎ)

গুর্ব্বাদিত্যে গুরৌসিংহে নষ্টে শুক্রে মলিম্লুচে।
যাম্যায়নে হরৌ সুপ্তে সর্ব্ব কর্ম্মাণি বর্জ্জয়েৎ ॥

অনিষ্টে ত্রিবিধোৎপাতে সিংহিকা সুনু দর্শনে,
সপ্ত রাত্রং ন কুর্ব্বীত যাত্রোদ্ব'হাদি মঙ্গলং ॥

এক রাত্রং পরিত্যজ্য কুর্য্যাৎ পাণিগ্রহং গ্রহে।
প্রয়াণে সপ্ত রাত্র্যস্ত ত্রি রাত্রং ব্রতবন্ধনে ॥

অতিচারং গতে জীবে বক্রেচাস্ত মুপাগতে।
ব্রতোদ্বাহৌ ন কুর্ব্বীত জায়তে মরণ ধ্রুবং ॥ ৯

---

বৃহস্পতিগা রবিগা রাশি অমত্তুদা নত্রগা নক্ষত্র অমত্তুদা লৈমিন্নববু গুর্ব্বাদিত্য যোগ কৌই। বৃহস্পতিনা সিংহ রাশিদা লৈবা মতমদা শুক্রনা বাল বৃদ্ধ সন্ধ্যা অস্ত ওইবদা, দক্ষিণায়ণদা অমসুং হরিশয়ন্দা অফবা তানবা থবক তৌফদে। গ্রহ চিকনবা, থরাম্মিচাক সমৈ পানবা থোকপা অসিনচিংববু (দিব্য উৎপাত), য়ুহারাবা, বজ্র তাবা-নচিংববু (ভৌম উৎপাত), মাইপৈ চাকপা, শঙ্গ ইশেল পাইবা-নচিংববু (অন্তরিক্ষ উৎপাত), জাৎ অহুম অসি অমত্তুং তৌবদা চন্দ্র গ্রহণ অমসুং সূর্য্য গ্রহণ তৌবদসু বিবাহ মঙ্গলগী থবক লুখিৎ তরেৎনি ফাওবা থাদোকনি।

বৃহস্পতিনা অতিচারী ওইরবদা, বক্র তৌবদা বৃদ্ধ সন্ধ্যা অস্ত বাল্য ওইবদা যজ্ঞ (মগুণ থাংবা, না-হুৎপা) বিবাহ লুহোংবনচিংবা অফবা কর্ম্ম পাঙথোকইহদে শিবগা মান্নবা ফল ফংই।

## বার বেলা

রবৌবর্জ্জ্যং চতুঃ পঞ্চ সোমে সপ্ত দ্বয়ন্তথা।
কুজে ষষ্ঠ দ্বিতীয়ঞ্চ বুধে পঞ্চ তৃতীয়কং ॥
গুরৌ সপ্তাষ্টমঞ্চৈব ত্রিচত্বারি ভার্গবে।
শনাবাদ্যঞ্চ ষষ্ঠঞ্চ শেষঞ্চ পরি বর্জ্জয়েৎ ॥ ১°

---

দিবা নত্রগা রাত্রিমানবু দিপনি-না য়েনবদা থুংবা মতম অহুবু যামার্দ্ধ নত্রগা ক্ষণ হায়না কৌই।

| | | | |
|---|---|---|---|
| নোংমাইজিংগী | —৫ গুরকপা | নিংথৌকাবগী | —২ গুরকপা |
| লৈপাকপোকপগী | —২/৩ " | য়ুমশকৈশাগী | —৩ " |
| শগোলশেনগী | —৭ " | ইরাইগী | —৩ " |

থাংজগী অহানবা, ৮ গুরকপা মতমবু দিবাগী কালবেলা কৌই।

| | | | |
|---|---|---|---|
| নোংমাইজিংগী | —৬ গুরকপা, | নিংথৌকাবগী | —৪ গুরকপা |
| লৈপাকপোকপগী | —২ " | য়ুমশকৈশাগী | —৭ " |
| শগোলশেনগী | —৮ " | ইরাইগী | —৩ " |

থাংজগী অহানবা, ৮ গুরকপা মতম অহুবু কালরাত্রিনি।

নিংথম অমদি কালেন অনিগী মুমিৎ থোকপা অমসুং তাবা পুংফম খরা খরা খেৎনৈ। হায়রিবা নোংমাইজিংগী ৫ গুরকপা অহু অফবা কর্ম্মশিংগী যাত্রা তৌফদে। অসুম্না মুমিৎ মুমিৎ অহুগী পুংফম, অয়ুক ওইরবসু মুমিদাং ওইরবসু অহুগুম্বা পুংফমহু ফত্তে। হায়রিবা পুং মতমশিং অহুবু কালবেলা অমদি বারবেলা কৌই। শগোলশেনদি মুমিৎ য়ুংবা পুং ১২দগী ২/৩ দগী হৌরগা কালবেলা মথং মথং বারবেলা ওইগনি, থাংজদি নোংমদা ৪রক শেংদে।

## বার (নুমিৎ) অতুগী পুজা তৌবদা হায়গদবা

১। নোংমাইজিং —রবিবার (সূর্য্যবার) রবিবাসরে হায়গনি।
২। নিংথৌকাবা —সোমবার (চন্দ্রবার) সোমবাসরে "
৩। লৈপাকপোকপা—মঙ্গলবার (কুজ) মঙ্গলবাসরে "
৪। য়ুমশকৈশা —বুধবার (বুদ্ধ) বুধবাসরে "
৫। শগোলশেন —বৃহস্পতিবার বৃহস্পতিবাসরে "
৬। ইরাই —শুক্রবার ((ভৃগু) শুক্রবাসরে "
৭। থাংজা —শনিবার (মন্দবার) শনিবাসরে "

অসুম্না নুমিৎ নুমিত্তুগী মতুং ইন্না খেৎনবা লৈবনা হায়গনি।

—:(o):—

## শুক্লা-কৃষ্ণা তিথি—১৫

১। প্রতিপদ সঙ্কলপ তৌবদা—প্রতিপদি তিথৌ হায়গনি।
২। দ্বিতীয়া " " —দ্বিতীয়ায়ান্ " "
৩। তৃতীয়া " " —তৃতীয়ায়ান্ " "
৪। চতুর্থী " " —চতুর্থ্যান্ " "
৫। পঞ্চমী " " —পঞ্চম্যান্ " "
৬। ষষ্ঠী " " —ষষ্ঠ্যান্ " "
৭। সপ্তমী " " —সপ্তম্যান্ " "
৮। অষ্টমী " " —অষ্টম্যান্ " "
৯। নবমী " " —নবম্যান্ " "
১০। দশমী সঙ্কলপ তৌবদা—দশম্যান্ তিথৌ হায়গনি।

১১। একাদশী সঙ্কলপ তৌবদা—একাদশ্যান্ তিথৌ হায়গনি।

১২। দ্বাদশী " " —দ্বাদশ্যান্ " "

১৩। ত্রয়োদশী " " —ত্রয়োদশ্যান্ " "

১৪। চতুর্দ্দশী " " —চতুর্দ্দশ্যান্ " "

১৫। পঞ্চদশ (পুর্ণিমা) " —পুর্ণিমায়ান্ " "

১৬। অমাবস্যা (থাশী) " —অমাবস্যায়ান্ তিথৌ হায়গনি।

পানথংলকপনা শুক্লে পক্ষে শিথরকপনা কৃষ্ণে পক্ষে হায়গনি। নোংমদা তিথি অনি চংনরক্লবদি—প্রতিপদি দ্বিতীয়া প্রবেশ তিথৌ অস্থ্যা প্রয়োগ তৌগনি হায়গনি। চংলকপা মতম থংলবদি মতম অদুদা সঙ্কলপ তৌত্না কর্ম্ম পাওথোকনি।

পোকপা শিবা চপ মাইম্ন মতমশিং পুংফম অদুদা চংকলইবা তিথিদা কোষ্ঠী ইবনা শিবগীস্থু মতম অদুদা ওইররিবা তিথিদা মাসিক শ্রাদ্ধ শোনগনি। মরম অসিনা থাগী মৃত্যু তিথি লৌবনা সম্বৎসর শ্রাদ্ধস্থু মৃত্যু তিথিদা উৎসোব কৎকনি। ওম্লগা পিণ্ডদান তৌবস্থু হাই।



## বিবাহ সময়

চতুর্দ্দশ্যষ্টমী চৈব অমাবস্যা চ পুর্ণিমা পার্ব্বণ্যে তানি,
রাজেন্দ্র রবি সংক্রান্তি রেব চ।
স্ত্রী তৈল মৎস্য সম্ভোগী রৌরবং নরকং ব্রজেৎ ॥ ১১
ঋতুমতীনাং স্ত্রীণ্যং ষোড়শ দিবসে গর্ভাধানং সামান্যং ॥ ১২

---

থা পানথংলকপগী শিথরকপগী চতুর্দ্দশী অনি অষ্টমী অনি পুর্ণিমা অমদি অমাবস্যা থুংপাইগী থা লোপ্পা মুমিৎপু রবি সংক্রান্তি কৌই। মুমিৎশিং অসিদা নুপা নুপী একশয্যা (নকনফমে) ফত্তে। হকচাংদা থাও অহিংবা তৈরগা, শা ঙা চাবা সম্ভোগ ওইরবদি রৌরব কৌবা নরক তাই শাস্ত্রনা হায়রি। বিবাহ কর্ম্মদ লৌবা য়াদে, নুপা নুপী অনিগী মমা মপা ওইবলিংগী কুম (মপোক মুমিৎ) অসিদম্ব করিগুম্বদা জীব চংবা থোক্লবদি অহল-লমন পুন্সিরোই, নত্রগা পোক্লকলিবা অঙাং পুন্সি তেনবা নত্রগা ছিন্ন (শোইনাইবা) ওইগনি। মরম অসি লৈবনা য়াম্না চেকশিনগদবা ওই হায়রি।

নুপা পোকদবা মুমিৎশিং—নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, শগোলশেন। নুপী শিংগী কোক লুবা (চাকথুম চংবা) মুমিৎশিং—৬/৮/১০/১২/১৪/১৬ হায়রিবা মুমিৎশিং অসি য়েংগনি খনগনি।

নুপী পোকদবা মুমিৎশিং—নিংথৌকাবা, ইরাই, য়ুমশকৈশা, নুপীশিংগী চাকথুম চংবা মুমিৎশিং—৫/৭/৯/১১/১৩/১৫ থংগনি। থাংজ অমসুং য়ুমশকৈশা মুমিত্তি তঙাইফদনা থাদোকনি। পুন্সি পাঙল নয়েং ভাগিংঙাইনি নপুংসক 'ক্লীব' ওইগনি।

মথক্কী নিয়মশিংদা চিংনবা থোক্লবদি থা অহুমগী মনুংদা শুভ-দিনদা পুংসবন তাবা মুমিত্তা পুংসবন যজ্ঞ তৌরবদি মচা মুপা পোক্কনি। অহানবা গর্ভদা মচা মুপা ফংবদি ধন্ধনি হায়রি।

গর্ভ লৈক্রে হায়রবদি থা মঙা চংলকপদা অফবা তিথিদা চন্দ্র-শুদ্ধি ওইবা মুমিত্তা ঘাত চন্দ্র ওইদবা মুমিত্তা পঞ্চামৃত কংলগা গর্ভিনী ওইরিবী মুপীতুদা পিথক্কনি। পঞ্চামৃতদি গর্ভ লৈরকপা খুদিং থক্কনি, পঞ্চামৃত কৌবদি—শঙ্গোম অনৌবা, শঙ্গোম অফস্বা, ঘী, খোইহি, চিনি অকেংবা (চিনি অঙৌবা) হায়রিবা মখোই মঙা অসিবু পঞ্চামৃত হায়না কৌই অস্নুমা থংগনি।

বৈষ্ণব ওইবা মীশিংনা মচা মুপা নত্রগা মচা মুপী বিবাহদা, য়ুম শঙ্গাবদা, মচাগী নামকরণ (মিং থোনবা) দা, চুড়াকরণ নারেং-নাহুৎ (শম কোকপা) দা, মচা মুপা পোক্লবা পুংসবন কর্ম্মদা নত্রগা সীমন্তোন্নয়ন সংস্কারদা অমদি মচা পোক্লে তাবদা, খোই কক্রিভৈদা জাত কর্ম্ম, নান্দী মুখ শ্রাদ্ধ শোনগনি দ্বিজনা। মরমদি মীওইবা ঐখোইনা অফবা ফংহল্লকপা, লল-থুম ফংহল্লকপা বিন্ধা পিরকপা পুন্সি-মুংশাঙ পিরকপসি পিতৃশিংগী থৌজাম্মা ফংহনবিরকপনি। ঐ ঐগী কর্ম্মগী ফল হায়বস্নু লৈ মরম অসিনা ইমা ইপাবু লাইনি খন্না পূজা তৌগনি হায়রি শাস্ত্রনা।

নামকরণং—মচাগী মমিং থোনবা হায়বসি হেক্তা থোক্সনগদবা নত্তে মরমদি—য়ুম শেংবা নোংঙানবা মুমিত্তা পূজা অর্চ্চা শ্রাদ্ধ-নচিংবা লোইরগা পাঙ্গিনা পিরকলিবা ময়েক হায়বদি কুঠিদা ইবা ময়েক অহৌবা অহুদগী শ্রী ··· মিং অনি ইরগা মথক্তা ঘীগী থাউমৈ

ঙ্গনি থান্দুনা নামকরণগী মন্ত্র শোজগা শ্রীবিষ্ণুদা কৎকনি, হোবেন মৈ অমা মুংগ্নবা চেমকৌরবা (ইখিবা মিং) অহু মৈ করনা চাক্লিডৈ মতমদা অঙাংগী মপানা, মমাগী তুম্পাক্তা পুম্নিবা মচাগী ন্যাকোংদা, নুপী ওইরগা ওইগী ন্যাকোংদা, নুপা ওইরগা য়েৎকী ন্যাকোংদা— ওঁ শ্রী ...... হায়বা মিং অসি হায়রগা মচাগী ন্যাকোংদা ভপ্পা ভপ্পা কানহনা (হায়হনা) মচাগী মমিং থোনগনি হায়রি। মিং থোনবা মতমদা ময়েক লালহন্নোই। অর্থ থোক্পা ফজবা ইংবা খল্লগা মিং থোনবনা, হয়েং তুদা অফবা ওইরকনি থায়বা, লৈবনা মখল মঙা তরা থনগনি। নামকরণ তৌবা শোইগ্রবদি, মথং ত্রিশিংনা ১০১ দগী মথং মথং নুমিৎ ১১২ শুবদা নামকরণ পাঙথোক্কনি।

অন্নপ্রাশনং—চউম্বা নুপা ওইরগা থা ৬ শোইগ্রগা থা ৮ শুবদা নুপী ওইরগা থা ৫ নত্রগা থা ৭ শুবদা পাঙ্জিনা পিবা অন্নপ্রাশন তাবা অফবা নুমিৎশিং অমদি পুংকম, শাস্ত্রনা পিরম্বা নিয়ম ঙাক্তুনা পূজা তৌহনা অঙাংদা চাক ইংগনি অঙাংগী মপানা মমানহুয়াই। অনুম্না নিয়ম চুম্না অন্নপ্রাশন পাঙথোক্লবদি অঙাংহু অথোইবা ওই, করিগুম্বা পুংকম শোইগ্রবদি অঙাং অহু য়াম্না শাংনা চাক চাদে। শিংলংয়াংই মপাঙল য়াংলি। নোংমগী অহল-লমনা মন্ত্র শোন্দুনা চাক চখোম ৫ দং ইনগ্রবদি চাগ্রবদি মহাক পুন্সি শাংলনি, অফবা মীওই (অঙাং) হায়বহু ওইরনি হায়রি শাস্ত্রনা।

চুড়াকরণ—চহি ২দগী পুং থরদং ওইরবসু হৈল্লবা চন্দ্র তার- শুদ্ধি ওইবা থা পাম্নথংলকপা মতমদা ফৈ। অহুবু পাঙ্জিনা পিবা মতোপ্পাক নুমিৎ তাদবা, ঘাতচন্দ্র তাদবা নুমিত্তা অঙাংহুগী ফর্গদবা রবিশুদ্ধি ওইবা নুমিত্তা চুড়াকরণ তৌগনি হায়রি শাস্ত্রনা।

নিংথৌবাব্য, যুমশকৈশা, শগোলশেন অমসুং ইয়াই হায়রিবা নুমিৎশিংদা অঙাংগী অহানবা শুম কোক্পা হৈ। অঙাংগী মপোক নুমিত্তা শম কোকপদি থমখিগি, চুমগী শুম করুপ্পন্থ য়াদে অমাওবা ফত্তবা ফল ফংগনি। মাগী নাগী হায়রুম্নিবা পিরম্নিবা মুনিৎ অমদি থা, চহিদা পাওথাকপা দশ কর্ম (কর্ম ১০) বু মুখ্য কর্ম কৌই। নুমিৎ থা, চহি হেনগ্রগা থৌবা কর্মদি গৌণ কর্ম কৌই।

—:(o):—

মমত্তব্যঃ— চূড়াকরণগী মরমদা চেকশিন্নদবা হিকম— মচা অহু মতম চানা চূড়াকরণ তৌহৌদবদগী অমুকন্থ অঙাংগী মমাগী গর্ভ লৈরে (থা ৩ শুখুরে) মতম অহু কাওবদা চূড়াকরণ লৈরবদি য়াই। অহুগী তুংদদি য়াররোই. অঙাং অনি শুরে অহুদস্থ অঙাং চূড়াকরণ তৌহৌরে। মমা থা লেপ্লে চিংনরে অহু ওক্লরবদি অঙাং অনিহুগী অয়াবা অমা চূড়াকরণ তৌনি তৌহৌরবদি অহুমশুবা। অঙাং মহু মমাগী তুম্পাক্তা থম্নগা মপ্পানা লং অনিখক্তনা অঙাংগী মনা হুৎকনি নুপী ওইরগা ওই থংবদা হাম্না, হুপা ওইরগা য়েরা হায়া হুৎকনি। অসুম্না কর্মহু পাওথোক্লবদি বড়কর্ণ (না তুরুক) হায়বগী দোষ মহু কোকলি নত্রগদি না ওরক্কী দেযন। অঙাং অহুমগী মমুংদা অমা নত্রগা মমা অমদি মপা মৃত্যু শিবা, থোকনি হায়রি জ্যোতিষ শাস্ত্রনা। জন্ম তিথিদস্থ জন্ম নক্ষত্রদস্থ কর্ণবেধ (না হুৎপা) জন্মবাবদস্থ য়াদে চেকশিনগনি। অহুবু বড়কর্ণ না হুৎখিদবগী দোষ মতাংশিদদি অহুম শুবা অঙাহুগী মবমদদি দোষ লৈতে হায়রি, জ্যোতিষ শাস্ত্রনা য়াম্না চেকশিনগনি হায়রি

বিত্তারম্ভ লাইরিক তম্বা হৌবা তৌহৌন্ত্রবদি হয়েং মৌদা নিংবা কাইবা থোকলকই। অঙাংগী চহি মঙা চংলবদি অফবা (দোষ অকাইবা) লৈতবা শুভদিনদা বিত্ত্যারম্ভ মুমিৎ তাবদা মচাগী বিত্তারম্ভ তৌগনি য়াম্না চেকশিন্না ঘাতচন্দ্রনচিংবা দোষ লৈতবা, চন্দ্রতারা শুদ্ধ ওইবা অফবা তিথিদা— নোংমাইজিং, ইরাই, শগোলশেন মুমিত্তা বিত্তারম্ভ য়াই। শগোলশেন মুমিৎ ওইরগা য়াম্না হেন্না ফৈ ইরাই নত্রগা নোংমাইজিং ওইরগা ময়াই ওইনা ফৈ অতৈ মুমিৎ থাংজা লৈপাকপোকপদি কান্নদে বিত্তা শি য়ুমশকৈশা নিংথোকাবদি বিত্তা মাঙই হায়রি।

কর্ণবেধ, বিত্তারম্ভদি ষষ্ঠী-পূজাসু দশ সংস্কারগী মনুং চন্দে ইচাগী ফননবগী অঙাংগী মমা মপানা মচা শেমগৎপা তৌদবা য়াত্রবা কর্ম্মনি চেকশিনগনি নত্রবদি অফবা ওইগনদে।

উপনয়ণ নগুন থাংবা— ব্রাহ্মণ পোকপা মুমিত্তগী গর্ভগী থা হাপ্লগা চহি তরেৎ হেল্লবা (শুরবদি) চহি নিপান চংলবদি উপনয়ণ নগুন থাংলগনি। ক্ষত্রিয়না চহি ৯, ১১ শুরবা বৈশ্যগী চহিনা ১২ শুবদা নগুন থাংবা মতমনি। অতৈগীদি চহি ১২—২৪ ফাওবদা জাতিগী হৌনবি উপনয়ণ তৌগনি বেদনা হায়রি। হায়ত্রিবা চহি অসিদগী হেন্দোক্লবদি, দ্বিজাতিনা সাবিত্রী পতিত ওইরে থংনগনি। চহি ১৬, ২১, ২৪ য়ৌপ্রবদি, প্রায়শ্চিৎ তৌদনা উপনয়ণ তৌবা য়াত্রে হায়রি জ্যোতিষ শাস্ত্রনা। অত্যাচার হৌনদবা লমচৎ নত্তবা ওইপ্রবদি কর্ম্মশিংমু মতৌ মান্নবা ওইরগনি হায়রি। চেকশিন্না হোৎনগনি মীথোই মীহেনবা কংনবা মথংদা দীক্ষা তৌগনি।

## রাশি ১২গী মন্থংদা

### ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্রা, থায়বা

(ক) ব্রাহ্মণগী কাংবু—মীন, বৃশ্চিক, কর্কট হায়রিবশিং অসিনি

(খ) ক্ষত্রিয়গী " —সিংহ, তুলা, ধনু, মখোইশিং অসিনি।

(গ) বৈশ্যগী কাংবু—মিথুন, মেষ, কুম্ভ, কাংবুশিং অসিনি।

(ঘ) শূদ্রগী কাংবুশিং—বৃষ, মকর, কন্যা, হায়রিবশিং অসিনি।

## নক্ষত্র ২৭কী মন্থংদা

### নর, রাক্ষস, দেব, থায়বা

(ক) নরগী কাংবু—২, ৪, ৬, ১১, ১২, ২০, ২১, ২৫, ২৬।

(খ) রাক্ষসগী " —৩ ৯, ১০, ১৪, ১৬, ১৮, ১৯, ২৩, ২৪।

(গ) দেবগী কাংবু—১, ৫, ৭, ৮, ১৩, ১৫, ১৭, ২২, ২৭।

* উদাহরণ—লঙ্কেশ্বর রাবনবু রাক্ষস (হিংচাবা) হায়রিবসিনি।

---

নরগী কাংবু—২ ভরণী, ৪ রোহিণী, ৬ আর্দ্রা, ১১ পূর্ব্বফল্গুণী, ১২ উত্তরফল্গুণী, ২০ পূর্ব্বাষাঢ়া, ২১ উত্তরষাঢ়া, ২৫ পূর্ব্বভাদ্রপদ, ২৬ উত্তরভাদ্রপদ মখোইশিং অসি নরগী কাংবুশিংনি খংনগনি।

রাক্ষসগী কাংবু—৩ কৃত্তিকা, ৯ অশ্লেষা, ১০ মঘা, ১৪ চিত্রা, ১৬ বিশাখা ১৮ জ্যোষ্ঠা, ১৯ মূলা, ২৩ ধনিষ্ঠা, ২৪ শতভিষা।

দেবগী কাংবু—১ অশ্বিনী, ৫ মৃগশিরা, ৭ পুনর্ব্বসু, ৮ পুষ্যা, ১৩ হস্তা ১৫ স্বাতী, ১৭ অনুরাধা, ২২ শ্রবণা, ২৭ রেবতী।

## অথ রাজযোটক যোগঃ

একরাশৌচ দম্পত্যোঃ শুভং স্যাৎ সমসপ্তকে।
চতুর্থে দশমেচৈব তৃতীয়েকাদশে তথা॥
মরণং নাড়ীযোগেচ কলহং ষষ্ঠাষ্টমে রিপুস্ত্রির্ব্বা।
অনপত্যতাত্রি কোণে দ্বির্দ্বাদশেচ দারিদ্র্যং॥ ১৩

বরু অমসুং কন্যা জাৎ অমত্তা, ওইরবদি যুম্না ফৈ। জাৎ অমমম ওইরবসু ময়াই ওইনা ফৈ কন্যা.না রাক্ষস (হিংচ বগী কাংবু) বরনা নরগণ (মীওইশিংগী কাংবু) ওইরবদি বর অহু পুন্সি তেল্লি। বরনা রাক্ষস, কন্যানা দেব, ওইরবদি মথোই অনি মতম পুম্নমক্তা থংনৈ য়েংনৈ। মুপা অমসুং মুপী অনি রাশি অমত্তা ওইরবদি ফৈ, নক্ষত্রসু রাশিসু মান্নরবদি য়াম্না ফৈ। মুপাগী রাশিদগী মুপীগী রাশিনা ১০ শুবা অমদি ৩ শুবা, ১১ শুবদা ওইরবদি রাজযোটক কৌই। রাশিদদি তোংঙাল্লগা অমসুং নক্ষত্রদু অনত্তা ওইরবদি বিবাহ ফজে। ১। মেষ, ৩। মিথুন, ৫। সিংহ, ৭। তুলা, ৯। ধনু, ১১। কুম্ভ হায়রিবা রাশিশিংবু বিষম সংজ্ঞা কৌই। ২। বৃষ, ৪। কর্কট, ৬। কন্যা, ৮। বৃশ্চিক, ১০। মকর, ১২। মীন রাশিবুনা সম সংজ্ঞা কৌই।, নাড়ীযোগদা বিবাহ তৌরবদি মৃত্যু ওই। কন্যাগী রাশিদগী য়েংবদা বরগী রাশিনা ৮ (অষ্টম) ওইরবা অমদি বরগী রাশিদগী য়েংবদা কন্যাগী রাশিনা ৬ (ষষ্ঠী) ওইরবদি বর কন্যা অনি থংনৈ অমসুং মৃত্যু ফাওবা ওই। মুপাগী, মুপীগী, রাশি অমসম ওইরবা ৯ (নবম) অমসুং ৫ (পঞ্চম) মফমদা ওইরবদি মুপী অহুগী মচা পুন্সি তেল্লি অমসুং ২ (দ্বিতীয়)

অমসুং ১২ (দ্বাদশ) ওইরবদি দারিদ্র্য দোষ ওই। বরগী রাশিদগী কন্যাগী রাশিনা ৫ (পঞ্চম) দা ওইরবদি লুহোংলিবা কন্যা মৃত্যু ওই, ৯ (নবম) ওইরবদি মপুরোইবা নিংবী অমসুং মচা পোকপী ওই। ২/১২ (দ্বিদ্বাদশ) ওইরবা মিলন্দা বরগী রাশিদগী কন্যাগী রাশিনা ২ (দ্বিতীয়) শুবদা ওইরবদি লল-থুম মায়হৈ অমসুং ১২ (দ্বাদশ) শুবদা ওইরবদি কন্যা পুত্রবতী (মচা পোকপী) অমসুং মপুরোইবা নিংবী ওই। বর অমসুং কন্যাগী জন্ম নক্ষত্র অদু শুদ্ধ ওইরবা রাশি অনি অদুগী অধিপতি অমত্তা ওইরবা, মিত্র ওইরবা, রাশি অনি বর্ণ্য ওইরবা অদু ওইরবসু অরি নব পঞ্চক অমসুং অরি দ্বিদ্বাদশ মিলন ওইরবসু বিবাহ য়াই। অরি ষড়ষ্টক থোকপদি থাদোকখি। কন্যাগী রাশিদগী বরগী রাশিনা ৮ (অষ্টমী) শুবদা বরগী রাশিদগী কন্যাগী রাশিনা ৬ (ষষ্টী) শুবদা ওইরবদি অরি ষড়ষ্টক যোগ ওই।

মথক্তা হায়খিবা যোগ পুয়মক অদু লাই পুয়মকসু থাদোকই, বরনা—১। মেষ, ৩। মিথুন, ৫। সিংহ, ৭। তুলা, ৯। ধনু, ১১। কুম্ভ রাশিশিং। কন্যান—২। বৃষ, ৪। কর্কট, ৬। কন্যা, ৮। বৃশ্চিক, ১০। মকর, ১২। মীন হায়রিবশিংসি পরুদে।

মমাংঙৈদা শিবগী বিবাহগী মতমদা মহাদেবগী রাশি নক্ষত্র খংদ্রবদা ঘট পত্রা রাশি নক্ষত্র শারগা হিমালয়দা হায়রম্মি। মতম অদুদা রাশি নক্ষত্র খংদ্রবদি ঘট পত্রনা মখাদা ইরিবা নিয়ম মতুং-ইন্না রাশি নক্ষত্র শাগদব ন। নিয়ম—বট মনা ২৭ তা নক্ষত্র ২৭ ইরগা চফু অমগী মনুংদা থমগনি, মতুদা চহি ৫ শুবী কুমারী অমনা চফু মনুংদগী বট মনা অমা লৌখৎকনি। বট মনা অদুদা ইরিবা

নক্ষত্র অহুনা মখোং তেক্লবদি মহ্ কন্যাগী রাশিনি অমসুং মখোং অহুম তেক্লবদি বরগীনি। মখোং অনি তেক্লগা মথক থংবনা বরগীনি মখা থংবনা কন্যাগী অমসুং মখোং তেক্তবা ওইরবদি বর কন্যা অনিগী রাশি ওইগনি শাস্ত্রনা হায়রি।

থংহৌদনা অরি ষড়ষ্টক থোকপদা বিবাহ তৌরবদি মখাগী পোৎশিং অসি দান তৌগনি। ষড়ষ্টক ওইরবদি ষণ অমোম অমা অমসুং লাবা ১ কংকনি নব পঞ্চক ওইরবদি লুপা শেনসেংগী পাত্র, ২/১২ (দ্বিদ্বাদশ) ওইরবদি কি অমা দান তৌগনি।

কন্যাগী তুমা শুদবা চহিদা, মপোক থদগী থা অহুম থাদোক্লগা অমসুং তুমা শুবা চহিদা অহানবগী থা অহুমগী মনুংদা বিবাহ কৈ, তুমা শুদবা অমসুং তুমা শুবা চহিদা বিবাহ তৌরবদি কন্যা অহু লুপ্রা ওই, তৌইগুম্বসুং গর্ভ মাসদগী য়েংবদা তুমা শুবা চহিদা বিবাহ ওইরবদি কন্যা অহু নপুরোইবা নিংবী ওই। কন্যাগী চন্দ্রশুদ্ধি বরগী রবিশুদ্ধি কৈ, বিবাহ তৌগ্রিডৈদা লৌন-লৈনগ্রিডৈ অফ-ফত্তা বিচার তৌগনি। মরম অসিনা হয়েং কত্তবা থোক্লবদি কনানস্থু অরাবা পুবিরোই।

কর্ণবেধ, বিবাহ, নগুন থাংবা, পুংসবন, চউম্বা, চূড়াকরণদা দশযোগ ভঙ্গ দোষ অসি থাদোক্লনি। রবিনা বৃহস্পতিগী গৃহদা চংলক্লবা শুরুনা রবিগী গৃহদা বৃহস্পতিনা সিংহ রাশিদা লৈরবদি চহিহুদা বিবাহ তৌবা য়াদে।

—ঃ সম্পূর্ণম্ ঃ—

# শ্রীনরোত্তম দাসকী প্রার্থনা

রাধাকৃষ্ণ প্রাণ মোর যুগোল-কিশোর।
জীবনে মরণে গতি আর নাহি মোর॥
কালিন্দীর তীরে কেলি-কদম্বের বন।
রতন-বেদীর উপর বসাব দুই জন॥
শ্যাম-গৌরী-অঙ্গে দিব চুয়া-চন্দনের গন্ধ।
চামর ঢুলাব কবে হেরিব মুখচান্দ॥
গাঁথিয়া মালতী-মালা দিব দোঁহার গলে।
অধরে তুলিয়া দিব কর্পূর-তাম্বুলে॥
ললিতা-বিশাখা-আদি যত সখীবৃন্দ।
আজ্ঞায় করিব সেবা চরণারবিন্দ॥
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-প্রভুর দাসের অনুদাস।
নরোত্তম দাস করে এই অভিলাষ॥

---

রাধাকৃষ্ণ যুগোল-কিশোর অনিনা ঐগী থরাইনি। হিংগলিবৈঙ ঐগীদি অতোপ্পা লম্বী অমা লৈত্রে শিরবস্তু চপ্ ম্নান্নে। কালিন্দী যমুনাগী মপান্দা কেলি-কদম্বগী উমং লৈ। মহুদা রতন-বেদী থক্তা রাধাকৃষ্ণ অনি লেংশিনহনগনি। রাধাকৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গদা চুয়া-চন্দনগী মনম কৈদৌঙৈ তৈগনি। চামর হুমহুনা কৈদৌঙৈ থোগল্লগনি। কৈদৌঙৈ নিংথিবা মাইথোং য়েংজগনি। মালতী-মালা লেংলহুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী ওক্তা কৈদৌঙৈ হুকনি। কর্পূর হাপ্পবা

তাম্বুল-পান কৈদৌঙৈ শ্রীমুখদা ইনগনি। ললিতা-বিশাখা নচিংবী সখী লৈরিবী খিবিক্কী য়াথংন। শ্রীচরণ সেবা কৈদৌঙৈ তৌগনি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-প্রভুগী মনাই, মনাইত্বুগীস্থু মনাই ওইরিবা নরোত্তম দাসনা অভিলাষ অসি তৌজরি।

হরি হরি! কৈদৌঙৈ ঐগী য়াইফবা মুমিৎ ওইগনি। হরাওতয়াম্না মুংঙাইনা সেবা তৌগনি। মণ্ডলী শারগা রাধাকৃষ্ণ অনিনা খুৎকা খুৎকা পায়নরত্বুনা হঙ্গৎ হন্দা জগোই শাত্বুনা কোইনা কোইনা চৎপা, মত্বু য়েংত্বুনা মুংঙাইনা মতম কৈদৌঙৈ লেনগনি। গোবর্দ্ধন গিরিবরদা লৈবা তল্লগা পোত্থানবা শংদা রাইকান্নুবু চেপহ্বনগনি। নরোত্তম দাসনা হায়জরি—মতম লৈবা খিবিক্তা শ্রীচরণ সেবা তৌবা অসি ঐগী ওইজবা পিনবিয়ু।

বৃষভান্নুগী গ্রামদা আহিরী গোপগী সঙ্গাইদা নিংঙোল ওইনা কৈদৌঙৈ পোক্লগবা। যাবটতা কৈদৌঙৈ ঐগী লুহোংবা (বিবাহ) ওইরগবা। মত্বুদা কৈদৌঙৈ লৈরগবা, সখীশিংনা লৈরিবত্বুগী খ্বাইদগী হেন্না মুংশিবী......মথোইত্বুগী মরক্তা খ্বাইদগী অথোইবী অত্বুগী সেবা মফমত্বুদা কৈদৌঙৈ ফংলগবা। মহাক্না থৌজানবিত্বুনা রাধাকৃষ্ণগী ঙাংঙানবা থুয়া-খাদা পুশিনবিত্বুনা ননাই (ঐ) বু কৎপিরগবা। ঐগী আশা কৈদৌঙৈ মহে য়াল্লগনি থুংলগনি। বৃন্দাবন্দা রাধাকৃষ্ণ অনি অত্বুগা মাইকৈ মরিদা লৈবী সখীশিংবু কাইনথংদা ঐনা সেবা ফংজবা ওইগনি। যন্ত্র মখল-মখা কয়াশিং পায়রত্বুনা, পুক্লিংগী অনিংবা অমগা য়াওনা কৈদৌঙৈ য়েংজগনি। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী থা মানবা মাইথোং অত্বু উরগা চাক্লবা

ইমিৎ অসি ইংগনি, কৈদৌঙৈ ঐগী মিত্তা পিগী ঈচেল শিন্থরক্কনি। বৃন্দাগী য়াথং ফংহুনা রাধাকৃষ্ণ অনিগী নাক্তা চৎপা……অসিগুম্বা মওংবু কৈদৌঙৈ ঐগী ওইরগনি। শ্রীরূপ মঞ্জরী সখীনা ঐহাকপু গত্তি লৈত্রবীনি হায়না উরহুনা ঙাংঙ্রানবা চরণ অনিহুদা কৈদৌঙৈ থম্বিরগবা। নরোত্তম দাসনা পুক্নি-দা খঞ্জরি—কৈদৌঙৈ *প্রিয়নর্ম্ম সখীশিংনা ঐহাকপু মনাই-দাসী ওইহনবিরক্কবা।

যাবট গ্রাম শ্রীমতী রাধিকাগী মপুরোইবগী ময়ুমনি, গোপগী য়ুমদা নিংঙোল ওইনা পোক্লগা যাবট গ্রামদা শ্রীমতী রাধিকাগুম্না গৃহিণী (য়ুমগী নুপী) ওইরবদি শ্রীমতী রাধিকাগী সেবা ফংবা ঙমগনি হায়বগী আশানা "যাবটে আমার এ পাণি গ্রহণ হবে" হায়না শ্রীলনরোত্তমনা হায়জরি প্রার্থনা কচ্চরি।

পুরুষ দেহ (নিপা ওইবগী হকচাং) থাদোক্লগা কৈদৌঙৈ নুপী ওইরগবা। রাধাকৃষ্ণ অনিগী শ্রীঅঙ্গদা চন্দনগী থৌগল কৈদৌঙৈ ফংলগবা। ইখুৎ অসিনা চিংহুনা চূড়া পুঞ্জহুনা নবগুঞ্জা-মালা কোইনা য়েৎশিনজরগবা। লৈ থিবিক্লা পরেং লেংহুনা শ্রীঅঙ্গদা কৈদৌঙৈ লৈতেংজরগবা। নাপু মচুগী থাংচেৎনা সখীশিংগা লোইননা শ্রীঅঙ্গদা থোঞ্জরগবা। নরোত্তম দাসনা হায়জরি।

---

শ্রীমতী রাধিকা বৃষভানু নিংথৌগী মচা নুপীনি। মহাক্না লৈবা গ্রাম (খুঙ্গং) অহুবু "বৃষভানু-পুর" হায়বদি—গ্রাম অসিগী মমিং "বর্ষাণ" কৌই। নর্ম্মগী অর্থস্থ প্রিয়নি অহুনা *প্রিয়নর্ম্ম হায়বদি শ্রীমতী রাধিকাগী অচানবা সখীশিং মঞ্জরীশিংবুনি খঙনগনি।

ধন মোর নিত্যানন্দ পতি মোর গৌরচন্দ্র
প্রাণ মোর যুগোল-কিশোর।
অদ্বৈত আচার্য্য বল গদাধর মোর কুল
নরহরি বিলাসই মোর॥
বৈষ্ণবের পদধূলি তাহে মোর স্নান-কেলি
তর্পণ মোর বৈষ্ণবের নাম।
বিচার করিয়া মনে ভক্তিরস-আস্বাদনে
মধ্যস্থ শ্রীভাগবত-পুরাণ॥
বৈষ্ণবের উচ্ছিষ্ট তাহে মোর মন নিষ্ঠ
বৈষ্ণবের নামেতে উল্লাস।
বৃন্দাবনে চবুতরা তাহে মোর মন ঘেরা
কহে দীন নরোত্তম দাস॥

---

নিত্যানন্দনা ঐগী লম্নি, গৌরচন্দ্রনা ঐগী প্রভুনি, যুগোল-কিশোরনা ঐগী থরাইনি। অদ্বৈত আচার্য্যনা পাঙ্গল্নি, গদাধরনা ঐগী শাগৈনি, নরহরিনা ঐগী বিলাসনি। বৈষ্ণবশিংগী খুয়া উফুন্দা ওন-থোইনা শাল্লজরিবনি, বৈষ্ণবশিংগী মিংনা ঐগী তর্পণনি। পুক্কিংদা বিচার তৌদুনা ভক্তিরসবু আস্বাদন তৌবদা শ্রীভাগবত পুরাণনা-মধ্যস্থ ওইরিবনি। বৈষ্ণবশিংগী লুখাক অতুদা ঐগী পুক্কিং লপল্লে, বৈষ্ণবকী নামদা হরাওজে। বৃন্দাবনগী চবুতরাদা ঐগী পুক্কিংনা কোইহিনথরে. তোল্লবা নরোত্তম-দাসনা হায়জরি।

নিত্যানন্দনা চহি ২০ শুবা ফাওবা তীর্থ কোইরুরগা কোন্থংদা বৃন্দাবনদা থুংলরে। মতম অতুদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী গুরু ঈশ্বরপুরী বৃন্দাবনদা লৈরম্মি। নহা ওইবা সন্ন্যাসী অমা অঙাওবা অমদৌনা কৃষ্ণবু থিরি হায়বা তারহুনা মহাক্না নিত্যানন্দবু কৌরগা হায়রকই—হে সন্ন্যাসী পাথং! নং মফমসিদা কোইচৎ চৎলিব্বা করিগীনো? নহাক্কী কহ্নাই দি নবদ্বীপতা শচী রাণীগী সঙ্গাইদা পোকখ্রে চৎলো অতুনা মহাক্না নংবু ঙাইহুনা লৈরি।

ব্রা অসি তাবদা নিত্যাই থুনা নবদ্বীপ মাইকৈ পাংখ্রে চৎখ্রে, মতৌ অসুম্না নন্দন আচার্য্যগী য়ুম সঙ্গাইদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা লেংহুনা নিত্যানন্দগা উন্নখি। মখোই অনি উন্নখিবদগী অমুক থাদোক্নদ্রে। মীনা হায়নরে—নিত্যাই গৌর মচিন-মনাও অনিনি অমনা অমদগী হেন্নবা (থেন্নবা) লৈতে। নিত্যাইনা হরি নাম প্রচার তৌবা হৌরক্নে, মতম অতুদা নবদ্বীপতা জগাই-মধাই কৌবা শাথিরবা পাষণ্ড অনিথক্না অত্যাচার য়াম্না তৌরম্মি।

ময়াই কারবা থক্ল-চারগা লমজাওদা কোইচৎ চৎলম্মি, য়ুমগী মৌশিংনা মখোইবু উরগা লাপ্না লাপ্না চেনথোক্নরম্মি। বৈষ্ণবপু উরবদি মখোইনা আক্রমণ তৌই। মহাপ্রভুগী ইঙ্গিতগী নিত্যাইনা জগাই-মধাই অনিদা হরি নাম পিগে হায়না চৎলম্মি। মখোইনা নিত্যানন্দবু উবদা আক্রমণ তৌরম্মি অতুগা চফুনা লংহুনা (থাহুনা) নিত্যানন্দগী কোক ঈ তপ্ তপ্ তাহল্লম্মি। অতু ফাওবদা নিত্যাই করিগুম্বা পাখৎপা অমত্তা লৈতনা, মশাদা শোক্লিবহু করিমতা হন্না য়েংদনা জগাই-মধাইদা নিত্যাইনা হায়রকই—বাপু! য়েখিবহুগাদি

য়ৈগ্রে মতুদা ক্ষতি অমত্তা লৈতে, হরি নাম শোল্লু, লাউ নখোইনিবু কোনগে। অসিগুম্বা নিত্যানন্দগী ফিভম কায়দবা উবদা পাষণ্ড ওইরিবা অনিতুগী পুকচেল ওল্লে। কোম্বংদদি মখোইতু পরম ভক্ত অমমম ওইখি নিত্যানন্দ নিংবা থুংখি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সন্ন্যাসী ওইতুনা হরি নাম প্রচার কয়া তৌরক্লে। মাগী তুং ইন্দুনা মাগী পার্ষদশিংগী মরক্তা অয়াম্বা মীনা সংসারদা রাগ পোক্লক্তরে। গৃহস্থ ধর্ম্মদা মী পুম্নমক থাজরক্তবা অস্থুম অস্থুম ওইরক্লে। মহাপ্রভুনা উরে—চেল্লিবা ঈচেল অসি হোংদ্রবদি দেশগী মঙ্গল কাইরকপা তারে। অতুন দ মাগা চপ্ মান্নবা মী অমগী মতৌ উদ্রবদ অতোপ্প। অমনদি মী ময়ামবু শুম্নাৎপা ওল্লোইদৌরে। মরম অতুনা মহাক্না নীলাচলদা লৈবা মতমগা নিত্যানন্দগী মখুৎ অনি পায়তুরতুনা হায়রকই—ভাই। জীববু উদ্ধার তৌনবা হায়তুনা নহাক পোক্লকপনি, জীবগী মঙ্গলগী নহাক বিবাহ তৌরো। মীনা উজ্জশন্নু বিবাহ তৌরবসু ধর্ম্ম মাংদে। অসি হায়রতুনা নিত্যানন্দবু বিবাহ তৌনবা থেম্নম্মি।

নিত্যানন্দদি বিবাহ তৌনিংলমদে, অতুবু মহাক্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী য়াথংবুদি হিক্তোকনিংলমদে। নিত্যাইনা গৌড়দেশতা হল্লক্লে। সপ্ত গ্রামগী সনা লল্লোনবা অমগী শাগৈদা পোকপা উদ্ধারণদত্ত হায়বতু নিত্যানন্দগী পরম ভক্ত ওইবা সখা অমনি। মহাক্না মহাক্কী মুংশিরবা মরুপ উদ্ধারণদত্তবু পুরগা কালানাগী মনাক্তা লৈবা অম্বিকাদা থুংলরে। ইখণ্ড থণ্ডহৌদনা লম্বীদা সূর্য্যদাস পণ্ডিতকা নিত্যাইগা উন্নরে। মহাক্না নিত্যাইবু ময়ুমদা

পুতুনা চৎখ্রে। সূর্য্যদাসকী গৃহিণীনা নিত্যানন্দগী রূপ য়েংবদা শুম্হৎতুনা মাগী বিবাহ য়াৱবী মশক-ফজরবী মচানুপী নিত্যানন্দদা থাজনিংলম্মি (পিনিংলম্মি)।

শাগৈ-নাতৈ অমদি লমচৎ-শাজৎ খঙদবা মী অমদা করম্না মচানুপী পিরূগা মীনা নোকুথিগনি হায়না ইকাইখিবদগী মচানুপীবু কন্যাদান তৌবা ভৃমনদরে। নিত্যানন্দসু সূর্য্যদাসকী সঙ্গাইদগী বিদায় লৌরতুনা উদ্ধরণদত্তগা গঙ্গা মপান্দা বাস তৌরে উনরে।

মনৈথংদা নিত্যানন্দগী শক্তি মতিক-মগুণশিং মুন্না খঙলতুনা সূর্যদাসকী মচানুপী জহ্নবী কন্যাদান তৌরে। নিত্যানন্দ য়ুম পাল্লে গৃহিণীগা লোইননা খড়দহদা চতুনা বাস তৌরুরে অমসুং মফম অদুদা শ্যামসুন্দরগী সেবা প্রকাশ তৌখি। নিত্যানন্দগী নুপী (গৃহিণী) অনি শুই, বসুধা অমসুং জাহ্নবী কৌই। বসুধাগী গর্ভদা বীরভদ্র কৌবা মচানিপা অমগা গঙ্গা কৌবী কন্যা অমগা মচা অনি পোকখি। জাহ্নবীনা রামভদ্র হায়না কৌবা নিপামচা অমা য়োকই পুম্না নিত্যানন্দগী মচা গহুমনি।

নিত্যানন্দনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু তিরোভাব ওইগ্রবগী তুংদসু মতম পুম্নমক্তা অন্তরদসু বাহ্নিরদসু মহাপ্রভুদবু দর্শন তৌজখ। শোক ১৪৫৬ শুবদা নিত্যানন্দ তিরোভাব ওইখ।

---

শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না সেবক অমদি সেব্য অনিমক্নি। শ্রীকৃষ্ণগী সেবক তত্ত্ব অসিনা শ্রীবলরাম ওইনা থোরকপনি। মরম অদুনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতনা হায়রি—ভক্ত-অভিমান মূল শ্রীবলরামে।

বলরামনা মওং মখল-মখাদা কৃষ্ণগী সেবা তৌই, অহানবদা মহাত্মা স্বয়ং ওইনা ব্রজদা অতুগা দ্বারকা মথুরাদা সঙ্কর্ষণ ওইনা লৈতুনা মতম পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা হাকথেংননা তৌই। কৃষ্ণগী নারায়ণ স্বরূপপু সাক্ষাৎ সেবা তৌই। শ্রীবলরামনা নিত্যানন্দ ওইনা আবির্ভাব ওইবনি। শ্রীকৃষ্ণনা ওইরকপা চৈতন্য মহাপ্রভুবু নিত্যানন্দনা ভক্তি কয় তৌখি, মাগী য়াথং পাওথোকখি, অসিগুম্বা নিত্যানন্দনা নরোত্তমগী বলনি। নিত্যানন্দবু বল ওইনা লৈরগা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা (ওইগদৌরিবনি) ফংজরকদৌবনি।

অদ্বৈত আচার্য্য বল—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনা ঐগী পাঙ্গল ওইরি। জগৎ কর্ত্তা মহাবিষ্ণুনা মায়াগী পাম্বৈনা ব্রহ্মাণ্ড অসি শেম্মি, মহাবিষ্ণু অতুগী অবতারনি ঈশ্বর অদ্বৈতাচার্য্য অসি।

পতি মোর গৌরচন্দ্র—শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা মপু ওইরি শ্রীলনরোত্তমনা মনাই ওইতুনা সেবা তৌগদবদি শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা জীব থুদিংদা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী নামবু শোল্লু নিংউ হায়রম্মি। মরম অতুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু পেন্নবা সেবা তৌবা তারবদি পোকপদগীনা শিবা ফাওবা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী নামবু থরাই ওইনা থমগদবনি। হায়বদি শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিধু সেবা তৌতুনা মতম লেনগদবনি। জীবশিংনা নোমলিবা গুরিবা পুম্নমক শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগীদমক্তনি হায়না নোম-থোৎপা তাই। মরম অদুনা মথক্কী পদদা "রাধাকৃষ্ণ প্রাণ মোর যুগোল-কিশোর" রাধাকৃষ্ণ যুগোল-কিশোর অনিনা ঐগী থরাইনি হায়রিবনি।

হরের্ণাম হরের্ণম হরের্ণামেব কেবলং ।
কলৌ নাস্তেব নাস্তেব নাস্তেব গতিরণ্যথা ॥

---

হরি নামতনা অথোইবনি, লৈত্রে কলিদা অতোপ্পা উপায় অমমুক । হন্না হন্না অহুন্নক হায়রি—অহানবা হরি নামনি । ভানিশুবা গুণ কীর্ত্তন্নি শ্রীমদ্ভাগবত সেবানা । অহুমশুবনা লীলা পুং কর্ত্তাণগা লোইননা শোল্লিবনা । অহুম অসি পুন্না কৎলবদি শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সেবা ফংলে হায়রি ।

শ্রীগৌরাঙ্গ ঃ—বৈবস্বত মনু ২৮ শুবা কলি যুগ ওইরকপা ১৪ শুবা শতাব্দিগী চহি ৭ শুরকপদা ভাগীরথী গঙ্গা মপান্দা লাইবক ফনা নিংথিরবী শচী গর্ভ সমূদ্রদা চন্দ্রগ্রহন তৌবা পুর্ণিমাদা শ্রীগৌরাঙ্গ অবতার ওইখি পোকখি ।

গুণ পুম্বনা পূর্ণ ওইরবা অহুগুম্বা মুমিত্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়বা মিংথোল গুরু ভারনীনা শ্রীকৃষ্ণ নাম অসিমক লোইননা অবতার তৌবিখিবা ফংহনবিখিববু থুরুমজে । মরমশিংনা হরে কৃষ্ণ হায়বা তারক ব্রহ্ম নাম অসিগা লোইনরবা খোঞ্জেল অসিমক নিলখি । শ্রীগৌরাঙ্গনা জন্ম ওইবা মতাংদা অসিগুম্বা হরি নাম লোইনরবা শ্রীকৃষ্ণ হায়বা শব্দ (খোঞ্জেল) লোইননা অবতার তৌরকপনস্থু মরম ওইহুনা মানা মানা তৌজবা পাপ পুণ্যনা পুন্দুনা লৈরবা জীবশিংবু শ্রীচৈতন্যদেবনা চৈতন্য জ্ঞান পিবিরক্কুনা সংসার ঈপাক্তা লুপ্লবা জীব ফংওমত্রবা প্রেম ফংহনবিরকপা শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা হরি নামনা ফংহনবিরক্কুনা লানবিবা মহাক্লি ।

**গদাধর্ মোর্ কুল**—গদাধর্ পণ্ডিতনা ঐগী শাগৈনি হায়বদি ঐগী লান্নকমনি। গদাধরনা করম্না শাগে নত্রগা লান্নফম ওইগ-দৌরিবনো হায়রবসি গদাধর পণ্ডিতকী স্বরূপ মশক খংলগাদি হায়বা ওমগনি। অহুনা শ্রীমন্ মহাপ্রভুগা শ্রীগদাধর পণ্ডিতকা লৈরম্বা স্বরূপ মওং অহু ত্রশেংনা খণ্ডনবা তৌবা তারে।

নবদ্বীপ লীলা অমদি ব্রজ লীলা অনিসি স্বরূপকী হায়রবদি করিমত্তা খেন্নদে। লীলা অনি অসি ঈচেল অমত্তগী শরুক অনি ওইরতনি। শ্রীকৃষ্ণনা অনিংরা অমগীদমক লীলা কোংবিখিবতুগী নিংবা থুংবদি ব্রজদা হৌখি অতুগা নবদ্বীপতা মপুং ফাখিবনি। কৃষ্ণনা শ্রীমতী রাধিকাগী মাদন কৌবা মহাভাবপু মশাদা পুরহনা গৌর ওইখিবনি। মাদন হায়বা মহাভাবসি শ্রীমতী রাধিকা নত্তনা অতোপ্পা কনা অমদা লৈত্রে অহুনা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি—"এই প্রেম দ্বারা নিত্য রাধিকা একলি। আমার মাধুর্য্যামৃত আস্বাদে সকলি।"

নবদ্বীপ লীলাদা শ্রীমতী রাধিকাগী প্রেম রস স্বরূপ অসিদি শ্রীগদাধর পণ্ডিত গোস্বামীনি। শ্রীমতী রাধিকাগী দক্ষিণা-নায়িকাগী ভাব অহু শ্রীগদাধরদা ফোংদোকই। শ্রীকৃষ্ণবু আলিঙ্গন তৌহুনসু লৈবা অহুগা তোঙানবা মুর্ত্তি অমসু লৌহুনা শ্রীগদাধর পণ্ডিত ওইনা লৈরিবসি যোগ মায়াগী শক্তিননি। শ্রীকৃষ্ণগী সুখতনা স্বরূপ ওইরিবী শ্রীমতী রাধানি, অহুগা রাধাগী প্রেমগী মখা কৃষ্ণনা পোল্লি, অহুগা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা অমনা অমবু থাদোকনদে।

মতম পুম্নমক্তা শ্রীলনরোত্তম দাসনা নিজরি। করি নিরি? প্রেম ভক্তি ফংগে হায়না নিজরি, করম্বা নরোত্তমনা নিরি? মনাই ওইনা লৈগদবা নরোত্তম দাসনা নিজরি। জীবদি শ্রীকৃষ্ণগী দাসনি, মীনাই হায়বসি করিনত্তা মনিং তৌবা ঙমদে। মপুনা তৌ তৌ হায়বত্নদা তৌরিবনি। প্রেম ভক্তি ফংগে হায়রগা নত্রগা নিজগে হায়রগা ফংজবা অমদি নিজবা হেক য়াবা নত্তে। মপু ওইরিবা শ্রীভগবান্না নিবা য়ারে হায়না ঈঙ্গিং পিবিরবা হায়বদি—কৃপা তৌরবদা নিজবা য়াগদৌরিবনি। য়াম্না তোয়না চৎচরিবা নোল্লুক-চরিবা নরোত্তম দাসনা ঙাইজরি। ভক্তি ফংজগে হায়মা নিজগদবা মতাং মতম য়ৌরে হায়না শ্রীভগবান্না তাকপিরকদবা য়াথং অত্নবু। অত্নদি য়াম্না দীন (অতোনবা) ওইনা প্রার্থনা তৌবা তারে।

চৈতন্যনা হায়রম্মি—"তৃণাদপি সুনীচেন তরোরিব-সহিষ্ণুতা অমানিনা মানদেন কীর্তনীয়ঃ সদা হরি." 'নাপিদগীসু হেন্না তোম্বনা মান ইকাই-খুম্নবা লৈতবা মী অমা ওইনা অহুগা অতোপ্পবুদি মান তৌত্নুনা মতম পুম্নমক্তা হরি নাম শোনগদবনি।' অম্নুম্না তত্তনা শোল্লগা পুক্নিংগী অমকপা অমোৎপা হায়বদি—সংসারগী অপাম-মুংশি কোক্লত্নুনা হরি ভক্তিয়োমদা ওনশিনবা ঙম্লকদৌরিবনি।

ভক্তি মথল কয়ামক্লম লৈরি মত্নুদি— শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, মধুর অসিনচিংবা অসিনি, দাস্য ভাব অসিনা ইতোন-তোম্বুবা ভাবনি। মসিদগী মথং মথং কাখৎখিবত্নুনা মধুর ভাব (শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম) য়োগদৌরিবনি। শ্রীলনরোত্তনা মশাবু থল্লি য়োগে হায়না য়োরবদা দাস্য ভাব ফাওবা মঙাই মত্নমকম্নু য়োদ্রি।

শ্রীবাস—

(ক) সঙ্কীর্ত্তণ রসাবেশং সর্ব্ব সৌভাগ্য ভাবিতং।
স্মরামি ভক্তরাজং হি শ্রীবাসং শ্রীগৌরপ্রিয়ং ॥

(খ) শ্রীবাসায় বিদ্মহে নারদায় ধীমহি তন্নো শ্রীবাস প্র...

---

শ্রীমহাপ্রভুগী লীলাদি শ্রীবাসনচিংবা ভক্ত পঞ্চ তত্ত্ব... অংশনি নিত্যসিদ্ধ পরিকরনি। সাধন সিদ্ধ ওইরবা জীব... করগী মমুং চনবা য়াই। হায়বদি—কৃষ্ণ গুরু ভক্ত শক্তি প্রকাশ, কৃষ্ণ হায়বদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুনা হায়খ্রবনি।

শ্রীবাস পণ্ডিত শ্রীনারদ ভক্তগী শায়ন অবতার ওইবা নিংজরি চংজরি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা য়াম্না কৃপা... মনাই শ্রীনারদ য়াওব্রবদি শ্রীকৃষ্ণগী লীলা পূর্ণ ওইদে। শ্রীচৈতন্যদেবগী লীলাদসু অহল ওইরবা য়াম্না খং-হৈরবা ... শ্রীবাস য়াওব্রবদি প্রভুগী লীলাদা পূর্ণ ওইনবগীদমক ভক্ত শ্রীবাস ওইরি চংজরি। নরোত্তম ঐগী কর্ম্মদি কা হেন্না শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিগী শ্রীচরণবু গোইদ্রিং মরুগী তঙ্খাই অম- হায়বদি—করিমতসু সেবা তৌরক্রি রাগগী মরমসু খং স্বরূপ, সনাতন, রূপ, রঘুনাথ, ভট্ট অনি, ভূগর্ভ, শ্রীজীব, ... মখোই পুম্বসিগী মখোং থম্বালহু করিমতসু সেবা তৌহৌদ্রে. ঐখোয় নিত্যসি সাধক সেবা থুংগদগে। "গৌর-গোবিন্দ-লীলা ... গলয়ে শিলা না ভূবিল তাহে মোর চিত।" শ্রীগৌর-গো... লীলাগী বারি তাবদা নুংসু শোদোকুনা মহি চেল্লি হায়রি




—: সম্পূর্ণম্ :—

## লাইরিক ফংফম :—

১। শ্রীশ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা, ইম্ফাল।
২। জ্ঞানদা সংস্কৃত মহাবিদ্যালয়ঃ ইম্ফাল।
৩। অইবা শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মাগী য়ুম
(শিংজমৈ, রাইখোম লৈকাই)।

---

## ফোংগ্রবা লাইরিকশিং :—

১। নিত্য পূজা পদ্ধতিঃ —
২। দ্বিতীয় নিত্য পূজা পদ্ধতিঃ —
৩। নিত্য কর্ম্ম পদ্ধতিঃ —
৪। তৃতীয় নিত্য পূজা পদ্ধতিঃ —
৫। শ্রীমদ্ভাগবতম্ দশমঃ স্কন্ধঃ ভ্রমরগীতম্
৬। সাবিত্রী ব্রত কথা —
৭। কথা ত্রয়ম্ লক্ষ্মীষ্টক, বিনন্দ, ভাগবত
৮। দশ কথা (রান্নী তরা) —
৯। পঞ্চ কথাঃ (রান্নী মঙা) —
১০। শ্রীমদ্ভাগবত গোপীগীতম্ —
১১। ভীষ্মস্তুতি-বিষ্ণু পুরাণ —
১২। শ্রীদাম চরিত —